# মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী

## ( অহানবা শরুক )



খোম্জিনদুনা ইথোক্চবা

**কব্রম্বম্ নীলকান্তসিংহ**

# মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী

( অহান্‌বা শরুক্ )

খোম্‌জিন্‌দুনা ইথোক্‌চবা
কব্রম্বম্ নীলকান্ত সিংহ।




পান্থোইবী পাব্লিকেসন, আসাম্
ময়নারবন্দ ।

**Manipuri Fungawari** (Ahanba saruk)
A Collection of 23 Manipuri Folk Tales
Edited by-Kabrambam Nilkanta Singh.
Moinarbond.P.O.Gossaipur.
Cachar,Assam. Pin-788030.
Phone-03842-281243.
Mbl-0-9435170891

অহানবা ফোঙবা ঃ- ২০০৬ ইং।

**পাম্লোইবী পাব্লিকেসন্, আসাম্**
লিংখৎপা নুমিৎকা মরী লৈননা পাঙথোকপা
থৌরমদা লাইরিক্ অসিগী মায়খুম্ হাঙদোকপীখি ।

পাম্লোইবী পাব্লিকেসন্. আসামগী
মায়গৈদগী কব্রম্বম্ সুকান্ত সিংহনা ফোঙ্জবা।

কোপী মশিং ঃ-১০০০।
মখুম ঃ- কব্রম্বম নীলকান্ত সিংহ ।
মখুম অপাবা ঃ লুপা ৭৫/
মখুম অথাবা ঃ- লুপা ৯৫/

হক পুন্নমক ঃ- খোম্জিনদ্না ইথোক চবগীনি।
খুমন প্রিণ্টার্সনা ,ময়েক শাগৎপা ঃ কব্রম্বম সুকান্ত সিংহ।
ঃ- ক্ষেত্রিময়ুম কুঞ্জবিহারী সিংহ।

নম্ফম ঃ- মোইরাংথেম্ গ্রাফিক্স. কাছাড়. আসাম্।



"কৎচেবা"

সাহিত্যবু থরায়েনি খঞ্জরম্বা
সাহিত্যগী কলাকার ওইবীরম্বা
লবুক্তোংবম্ রঘুমণি শর্ম্মাগী
মফম্‌দা নোল্লুক্‌চবগা লোয়্‌ননা
"মণিপুরী ফুঙ্গারারী (অহান্‌বা শরুক্ )"
মিংথোঞ্জবা লাইরিক্‌সি কৎচরি।

# কব্রম্বম নীলকান্তগী লাইরিক্সি পারুবদা পুক্লিংদা ফাওরক্পা খরদং

"লৌক সাহিত্য হায়বসিগী লনাই মপু লৈতে। হৌরক্ফম থিবা ৱায়; কনানা করম্বা মতমদা হৌদোক্লম্বনো হায়বা ঙমদে।" হায়বসি পুন্নমক্না অদুমক য়ানরবনি। লোক সাহিত্য কদায়বু কৌবগে হায়বসিগী মতাংদা খেন্নবা মত খরা লৈনরবসু মথক্কী ৱাফম অসিমদি পুন্নমক্না য়ানরে। অদুগা অমুক্সু ফুঙ্গা ৱারী হায়বসিনা সমাজ অমদা কয়া চাউবা মফম অমা কাল্লিবগে হায়বসিসু ঐখোয়না খঙনরবা ঙাক্তনি। ৱারী লিংবুল কয়াবু চিন্থাং য়ৈনা মফম মতম চানা মচা মগু ওইবা কয়াদা মথঙ্ থোঙবা অহললিংনা লিনরক্পা অমসুং মদুনা লৌরিবা অঙাংশিংদা ৱাখল লৌশিং, লমচৎ - শাজৎ, ৱাঙাং - শাঙা" অমসুং থকশি খাসিগী মরু ওইবা অমসুং চঙখোনবা তম্বীরম্মী। লৌরিবা অঙাংশিংবু অফবা মাইকৈদা শেম্বানবগী খ্বাইদগী লায়বা পাম্বে অমা ওইনসু ফুঙ্গা ৱারীনা লৌরি হায়বদা হায়মনবা থোক্রে।

লোক সাহিত্যগী খ্বাইদগী মমল্ য়াম্না লৌনরিবা চিন্থাং য়ৈনা লাক্লিবা ফুঙ্গা ৱারী অসিনা ঐখোয়গী লমদম অসিদসু অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লি। জাতি অমগি পুন্সিগি মশক, চনরোল কয়াবু হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা ইরায় লায়না তাক্লবা হোৎনরিবা ফুঙ্গা ৱারীনা লৌরিবা থৌদাং অসি য়েংলুরগা নীলকান্তনা পুথোরক্লিবা লাইরিক্ অসিগীদমক মহাকপু থাগৎতবা ঙমদে। মীতৈ শিংগীদমকতি ফুঙ্গা ৱারী হায়বসি য়াম্না লৈখ্রে। হান্নদা মখল্ কয়া থায়দোক্করমদ্রবসু মতমগী মতুং ইন্না ফাগীগী, শা - উচেক্কী, লৌনম্ নমথাক্কী, শা - ঙা ওনখিবগী, যাদু মন্ত্রগী, পাউরৌ - পাউতাক হায়বনচিংবা মখল্ কয়া থায়দোরকলে। অসিগুম্বা মখল্ কয়াগী ফুঙ্গা ৱারীশিং ঐখোয়গী লৈরি। লাইরিক্ অসিদসু মখল্শিং অসিদা থায়দোক্লুনা থম্বা য়াবা ৱারী ঙাক্তনি। মসিগীদমক্ ৱানা থিজিন্দুনা পুথোকপগীদমক নীল্কান্তবু থাগৎলি। অমুক্কা হেন্না কাছার লমদমগী অসিগুম্বা লাইরিক্ অমা হৌগৎলকলিবা অঙাংশিংগীদম্ক খল্লগা পুথোরক্লিবা অসিগীদমক শ্রীনীলকান্ত পুন্নমক্না থাগৎপীফম্ থোকই।

লাইরিক্ অসিনা হৌগৎলক্লিবা অঙাশিংদা অমসুং মথঙ্ থোঙবশিংদসু পুন্না কান্নবা অমসুং নুংঙাইবা মপুঙ্ ফানা পীফগনি থাজে। অইবগী অতৈ লাইরিক্ কয়াসু মথং মথং পুথোরক্খিনি আশা তৌই।

তাং ৩/৭/০৬ ইং
নিংথৌকাবা

ডঃ খুন্দোংবম্ গোকুলচন্দ্র
এক্স জেনরেল সক্রেটারী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

# অইবগী মরমদা ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী " মীংথোনবা শ্রী কব্রম্বম্ নীলকান্ত সিংহগী লাইরিককি মণিপুরী ফোকলোর নৈনবগী লমদা ফোকলোরগী ডেটাগীদমক যান্না মরুওইবা লাইরিক ওইগনি। লাইরিক অসিগী মণিপুর মপানদা মণিপুরগা য়ুমলোন্নবা লমদম অমা ওইরিবা আসাম রাজ্যগী বরাক তম্পাক্তা থুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মীশিং য়ামজদ্রবা মণিপুরীশিং অসিনা অহল লমন হাক্তক্তগী চীনথাংদা মীরোল অমদগী অমদা মথং মথং লীনদুনা লাকলিবা ফুঙ্গাৱারীশিংসি অইবসিনা খোমজিল্লদুনা ইথোক্লগা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকলি। মণিপুরী জাতিনা তম্পাকসিদা লোন মান্নদবা, ধর্ম্ম তিন্নদবা , ফিজেৎচাকচা খেন্নবা মীওই কাঙলুপ কয়াগা তোংনা তিন্নদুনা লৈজরবসু মশাগী ওইবা লোকসাহিত্যগী শকলোনশিং অদুদি ঙসি ফাওবা লমদমসিদা অদুমকলেঙদনা অমসুং মাংহন্দনা লৈরি হায়বদুসু লাইরিকসিগী ফুঙ্গাৱারীশিং অসিনসু তাকলি।

শ্রী কব্রম্বম্ নীলকান্ত মণিপুর মপানগী মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস অমদি শৈরেং লাইরিক কয়ামরুম ফোঙলবা মশক নাইরবা কবি অমসুনি। মহাক্কী অকনবা হোৎনজমনদগী অমুক মথাতানা মণিপুরী লোকসাহিত্যগী শকলোনশিংদাফুঙ্গাৱারীগী লাইরিক্লচিংবা ফোঙদোকরকইবসি থাগৎনিঙাইনি। অইবগী হোৎনকনবা অমসুং লাইরিক ইবগী থৌনা অসিনা মতুংদসু অসিগুম্লবা লাইরিক কয়াসু ফোঙলকখিগনি হায়বগী থাজবসু থমলি।

শ্রী হাওবম ননীকুমার সিং
সিনিয়র লেকচরর
আসাম ইউনির্ভাসিটি, শিলচর
মণিপুরী বিভাগ।

# ৱাহৈ খরদং

ফুঙ্গাৱারী ফোক্‌টেলস হায়বসি মীওইবা কাংলুপ্‌না মালেম্‌সিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরক্লবা মতম্ চহী কয়াদগী চীঙ্খাংদা লীনদুনা লাক্লবা চীনবুং ৱারী কনানা করম্বা মতম্‌দা পুথোক্‌খিবনো হায়বা ঙমদবা মীরোল্ অমদগী মীরোল্ অম্‌দা মথং মথং লীনদুনা লাক্লবা তাবদা পঙনুংতা নুংঙাইবা ৱারীগী মশক্‌নি মসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইপনধৌ করম্বম্ কহ্নাইবাবু, ইপন্ খেমামযুম্ লালসিংহ অমদি ঐগী ইয়াম্বা কুমারধনন্‌চিংবা ঐখোয় লৈকাইগী ইপা ইপন্ কয়াগী মনাক্তা ফমদুনা মখোয়গী সেবা কয়া তৌরক্‌খি। মখোয়শিংনা লীবিরম্বা ফুঙ্গাৱারীশিং অদু ঐনা ফাহৌবশিং কয়া অদু ইথোক্‌চবনি, মসি ১৯৮৬ ইংদা ফোঙ্‌গে খনজবনি, মতম্ অদুদা উপন্যাস অমসু ইদুনা লৈবা অদুদা ঐগী মরুপ মপাং কয়ানা উপন্যাস অসিনা হান্না ফোঙ্‌লসি হায়না হায়বদুদা ঐনা "ঐদি লাইরবা মচানি" মিংথোনবা উপন্যাসনা হান্না ফোঙবা তাখি।

হন্দক্তি ঐগী নুংশিরবা ইনাউ সরাংথেম সমরেন্দ্র, মোইরাংথেম্ শীতল্‌জিৎ, অমদি এন্, দি, হোদাম্বা, কুঞ্জলাল্ য়েন্দ্রেম্বম্ , মখোয় মরিনা ঐগী কুইনা তাবুনুংদা তাদুনা লৈরুরবা ফুঙ্গা ৱারী অসি ফোঙনবা কন্না তকশিল্লকখি, ইনাউশিংতা নত্তনা ঐগী ইয়াম্বা লাইশোম গুলাপ, মোইরেংজম দেব (সুৱাম) মরুপ এল, শ্রুতিকুমার, নেপ্রম্ মায়া দেবী, মখোয় কয়ানসু কন্না তকশিল্লকখি, থোইদোক্ হেন্দোক্না মণিপুরদগী লৈখিদ্রবা লবুক্তোংবম্ রঘুমণি শর্ম্মা ঐত্তোনা হিংলিঙৈদা খরা থুনা ফোঙনবা তাকপীরম্মী।

ফুঙ্গাৱারীগী মনুংদা য়াউরিবা সাহিত্যগী মচাক কয়াবু ঐ নৌহৌনা খিবুবদা পাক্‌চাউনা লৈরম্বা থেংনৈ, মদোম্‌দা থোইনা য়েংলুদনা অহল্ লমনশিংনা লীবিরম্বা খরদু ঐনা তুংগী হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা খরা খজিক কান্নবা ফংগদ্রা হায়বগী ৱাখল্‌দা পায়খৎচরুবনি। মনিপুরী ফুঙ্গাৱারী (অহানবা শরুক) লাইরিক্ অসি সাহিত্য নৈনরোইশিং অমদি অপাবশিংগী মফম্‌দা নোল্লুক্লা খুৎশিন্নজবি।

ঐগী নুংশিজরবা মরুপ্ ডাঃ খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র, ডাঃ হাওবম্ নোনিকুমার অনীনা চিল্লবা মতমবু কায়থোক্‌পিদুনা লাইরিক্ অসিগী মরম্‌দা ৱাহৈ খরদং ইবিরক্‌খিবগীদমক ঐনা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন্ তোনশিনজবে।

অরোইবদা ঐগী ইচানিপা করম্বম সুকান্ত ঐগী ইনাউ ক্ষেত্রিমযুম্ কুঞ্জবিহারী অনীনা কমপুটরদা ময়েক্ শাদুনা লাইরিক্ অমা ওইরক্‌খি। লাইরিক অসি পুথোক্‌পদা শরুক্ য়াবদা ৱাবিখিবা প্রেসকী মপুরুসু থাগৎচরি।

করম্বম নীলকান্ত সিংহ।

## য়াওফম্

# নুপীমচা অপিখক্কী ৱারী

থাযনা মমাঙৗেদা খুঙ্গং অমদা মতৈ মনাউ অমা লৈরম্মী। মখোয় অনীগী মচা নুপী অমখক্ পোক্লম্মী। অঙাং অদু পোকপদা য়াম্না পীক্লকই হায়দুনা অপিখক হায়না কৌখি। অঙাং অদুগী মরাইবক থিবা হায়ববু য়াম্না পিক্লিঙৈ কাবোক্ কাবোক্ চৎপা হৈরক্পা মতম্দা মমা মপা অদু সংসারদগী বিদায় লৌরগা অশিবগী লৈবাক্তা খোংদাখি। লৈখিদ্রবা মমা মপানা অঙাং অদুগীনি হায়না থম্লম্বা হায়ববু লৌ খরা অমনে, ইংখোল অদুনে, উট্ হনুবা অমনে, চেং-ফৌ খরগা অসিদগী হেনবা করি অমত্তা থম্লমদে। অঙাং অদু য়োক্পি থাক্পিনবা মরী মতা অমত্তা লৈরমদে। মরম্ অদুনা লৈকাই অদুগী মীশিংনা নোংমগী পালী ওইনা অঙাং অদু য়োক্লম্মী। লৈকাইগী মীশিং অদুনা লৌ অমদি ইংখোল্ লৈরম্বা পুম্নমক্ নোংমা নোংমগী খরা খরা চাবদা লোইরবা মতম্ অদুদদি অঙাং অদু পুংকক্ চাউরে। মীশিং অদুসু মচা মশু লোইনা লৈনবা ঙক্তনিনা কনানসু মাবু পীজ পীথক্ তৌবিদ্রে ।

নোংমগী চাক্ চারা অমগীদমক অঙাং অসিনা ৱানা থিদুনা চাবা তাখি। কনানসু পীজনিংদ্রবনিনা মীগী চাক্ থোংবা ফি-শুবা ফৌ-শুবনচিংবা কন্না হোৎনদুনা মহাক্ চাউরক্লে। চাউরক্লবা অদুদদি মফম্ কয়াদা কোয়না চৎপা হৌরক্ই। কনাগুম্বগী ময়ুম্দা মানা থুংলুবা মফম্ খুদিংদা থবক্ ইনখাং শুবা লোইরগা ''ঐগী ইমা ইপা অসি লম্দম্ কৈদা লৈবগে'' হায়না হংবদা ''নঙগী ইমা ইপা অনী অদু অশিবগী লৈবাক্তা চৎখি'' হায়না হেক্ হেক্ হায়বি. অদুদগী অঙাংনা মখোয়গী অশি লৈবাক্ হায়বদু কয়ামুক্ লাপ্পগে হায়না হংঙি, অসি নত্তনা অতোপ্পা করি অমত্তা হংখিদে। অসুম্না অসুম্ লাক্পনা ইনাক্খুনবা মতৈ মনাউ অমগী ময়ুম্দা অপিখক্লা থুংখি।

"ঐহাক্ মতম্ খরদং লৈজগে চাক্ থোংবা ফি-শুবা ঈশিং শোক্পা ফৌ-শুবনচিংবা ঐনা হৈজবা থবক্ লোইনা শুজগে" হায়রবদা ইনাক্খুন্বা মতৈ মনাউ অদুনা অঙাং অদু থল্লসি হায়্দুনা থখীরে।

নোংমদি অঙাং অদুনা মমান্নবী খরগা য়াম্না নুংঙাইনা শান্নরিঙৈদা ময়ুমগী থবক্শিং অদু কাউখিদুনা সন্ধ্যা য়াচংবা মতম্ ওইরক্লবা অদুদা অঙাংনা খঙনিং নিংশিংলক্তুনা "এ! ঐদি করম্না তৌগনি হৌজিক্কী চাক্ থোংনবা ঈশিং অমতা লৈহৌদে। ইংখ্রবা মতম্ অমদি থেংখ্রবা অসিদা ঐনা করম্না ঈশিং শোক্পা চৎকনি" খন্না খন্না চঙলক্পদা মতৈ মনাউ অদুনা অপিখকপু ফুগনি হায়্না ঙাইদুনা লৈরম্লে।

অপিখক্ হেক্ উবদা চৈবা হৌরক্ই "নমা নপা মশক্ খঙদবা মফম্ মরাং খঙদবা মচা, নঙ্ কদায় চৎলুই। ঈশিং শোক্পা চৎলু হায়দুনা ফুবদা অঙাং অদু কিমন্দুনা বালটিন অনী অদুগা পাবোৎ চৈ অদুগা পুদুনা লোক্নুং অদুদা ঈশিং শোকপা চৎলি। মতম্ অদু ইংলবা ৱাক্চিংগী উন্না পুম্ঙৌ ঙৌনা তাবা মতমনি। অঙাং অসিনা চৎকদবসি অরাইবা থবক্তী নত্তে। মখুত্তা শিংজং মচা অমা পায়রগা য়াম্না ৱানা ঈশিং অদুগী মনাক্ য়ৌরে। শিংজং অদুনা ঈশিংগী ইমায়্দা থানা কুপ্তুনা লৈরিবা উনশিং অদুবু থুগায়রে অদুগা বালটিন অনী অদুনা ঈশিং শোক্রে। য়াম্না ৱানা পুদুনা য়ুমলোম্দা লাক্রে, অদুবু অৱাবা অমনা য়ুম্ য়ৌগদবা খরদা ঙাইরবা অদুদা উগী উরা অমদা মখোঙ্ অদু খুদি থিদুনা তুরে। বালটিন্গী ঈশিং অদু লোইনা হৈদোকখ্রে। করিগুম্বা ঈশিং অমা ফাউবা য়াউদ্রে। অঙাংনা খল্লক্ই "ঐনা হৌজিক্ তৌগদৌবসে করিনো অমুক্ চৎতুনা শোক্লুবসু ঙমগনি হায়্বা থাজদ্রে অদুগা করিগুম্বা ঈশিং পুদনা চৎলে, মতৈ মনাউনা ফুরনি" খন্দুনা অমুক্ চৎলে অদুবু মফমদু য়ৌবদি ঙমদ্রে, খরা চৎলগা অঙাং অদু উনগী মথক্তা তুথখ্রে অমুক্ হৌগৎতুনা চৎপগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে। কনাগুম্বা অমনা অঙাং অসিগী অৱাবা উবিদে। নোংপোক্ মায়গে লোম্দা নাইতোম্ থোক্লিবা থাজনা ইংনা তপ্না থোক্লক্পদা মালেম লৈমগী লৈমায়্দা কনাগুম্বা জীব অমত্তসু উবা ফংলমদে অদুবুঁ পিক্লিবা নুপীমচা অমখক্তংদি কনা খঙদা কনা উদনা উন্না কুপ্লবা লৈমায় অসিদা য়াম্না ৱানা খাঙলি, অঙাং অসিবু থাজনা উবদা মতেং পাংলগে খন্দুনা মালেম্ লৈমগী মায়গে তম্না লাক্রে। অদুগা অঙাং অদুদা থাজনা অসুম্না হংলম্মী "হায়! পীক্লিবা নুংশিরবা নুপীমচা, থেংলবা অহিং অসিদা উন্না কুপ্লবা মফম্ অসিদা করি তৌরিবনো?" হায়না হংবদা অপিখক্না অমুক্ "মফম্"সিদা ঐগী ইনাক্তা

লাক্লিবা নঙবু কনানো ?'' থাজনা ''উম্ চুম্মী হংফম্ থোক্ই, ঐসি নোংমদোন্ থক্কী থাজ হায়্বদুনি'' অঙাং অদুনা ''অদু ওইরবদি ঐ করিগুম্বা অমা হংজগে ঐগী ইমা ইপা অনী অদু অশি লৈবাক্তা চৎখি হায়, অশিবগী লৈবাক্ হায়্বা অসিবু কয়া য়াম্না লাম্পগে ঐঙোন্দা অমুক্তা তাক্পীয়ুবা ?'' থাজগী থম্মোইদা য়াম্না নুঙাইতবা অমদি নুংশিবা অমগা লোয়্ননা অঙাং অদুদা হায়রম্মী ''উম্ ঐনা শোয়্দনা তাক্কনি। নঙগী ইমা ইপা অনীদু অশি লৈবাক্তা চৎখি হায়্বা অদুদি নঙোন্দা কনানা হায়্।'' অপিশক্লা ''ঐনা পিশক্ পিক্লিঙৈদগী লৈকাইগী অহল্ লমনশিংনা অশি লৈবাক্তা চৎখি হায়্। মীওই অমখক্তংনা হায়্বা নত্তে ঐনা হংলুবা মীওই খুদিংমক্লা লোইনা হায়্।'' ''ফরে ফরে অদু ওইরবদি'' হায়্দুনা থাজনা মতম্বাক্তা পমদুনা ঙহাক্ লৈরিঙৈগী তাঞ্জা অসিদা কোরৌহন্বা মহাক্সু নোংপোক্ মায়্গৈদগী তরং তরং থোরক্লে। কোরৌহন্বনা লৈমায় মথক্তা লৈনা য়েংলক্পদা থাজ অসিনা তৌরিবদু করিনো মাগী মথৌদি তৌগেদি হায়্দনা, অপিক্পা অঙাং অসিনা কদায়্দগীনো ? হায়্না হংলক্ই-''হায় থাজ! নঙনা পল্লিবা অঙাং অদু কদায়্দগীনো ?'' থাজনা, কোরৌহন্বদা অঙাং অসি মফম অসিদা মদোম্ লৈরম্বনি, মাগীনি হায়্বদা তাইবং পান্বা অসিদা কনাগুম্বা অমা ফাউবা লৈত্রে অদুনা ঐগী ইনাক্তা থম্লগে হায়্দুনা তৌজবনি'' কোরৌহন্বনা থাজদা, ''অঙাং অসি নঙনা পুখিবা য়ারোই, অঙাং অদু ঐগী ইনাক্তা থমগনি।'' থাজনা কোরৌহন্বদা ''অঙাং অসি ঐগা লৈগদবনি মরম্দি থেংলবা অহিংদা ঐনা উবনি অদুনা ঐনা লৌফম্ থোক্ই।'' মখোয় অনী চিন্দা পৌদানদুনা ঙহাক ঙাংনরবা মতুংদা কোরৌহন্বনা ''ফরে ফরে অদুদি নঙ লৌজরো।'' অঙাং অদুনা পুরক্পা বালটিন্ অদুনে পাবোৎ চৈ অদুনে থাজনা পুদুনা নোংমদোন অতিয়া তমখ্রে। করিগুম্বা কনাগুম্বনা ব্লাকচিং থাগী অথেংবা অহিংদা য়েংবিয়ু লৈচিন্না পাতক্ তৌনা থাজগী মায়থোংদা মায়্হিং কাবা উরিবা অদু অপিখক্কী পাবোৎ চৈ অমদি বালটিন্ অদুনি হায়্না হায়নৈ।

অসুম্না অপিখক্লা থা-গী লৈবাক্তা থাজগা লৈরক্পসি চহি ফারক্লে। নোংমা অপিখক্লা থাজদা মমা মপাগী ব্লাফমশিং হায়্বদা থাজনা অশি লৈবাক্তা পুদুনা চৎখি। অশি লৈবাক্তা মমা মপা থিবা ফংদ্রে। মানা অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপাগী মশক্ খংদ্রিঙৈদা শিখিবনিনা মমা মপানসু অপিখক্পু মশক্ খঙখিদ্রে। মমৈথংদা অশি লৈবাক্কী নিংথৌ অদুদা হায়্জবদা নিংথৌনা ফিজং তরেৎ থল্লগা অঙাং অদু মখাদা থল্লগা মমা খুদিংমক্ কৌথোক্লগা হায়রক্ই।

"নখোয় মমা ওইবী পুন্নমক্ অমমম্ তৌদুনা ফিজং তরেৎ অসিগী মথক্তা খোল্লাং অমৃত অদু শুম্থৌ।" হায়না হায়বদা মমা ওইবী পুন্নমক্ অমমম্ তৌনা খোল্লাং শুম্থবদা খ্বায়দগী অরোইবদা শুম্থবা নুপী অদুগী খোল্লাং অমৃত অদু অঙাং মচিন্দা তাখি। অপিখক্কী মমানি হায়বা খঙখি অসুন্না অঙাংনা মমা মপা উনবা অদুদা নুংঙাইখি অম্দি হরাউবগী ওম্খে লৈখিদে। মরাইবক্ থিরবী অপিখক্ মমা মপা উনবা ফংলবসু মমা মপাগা অশি লৈবাক্তা পুন্না লৈমিন্নবা য়াদবনিনা কপ্পা কপ্পা নিংঙম্দা নিংঙম্দা অসুম্ লাক্লে। অসুন্না থাজনা অপিখক্কী মমা মপা শক্লা থা-গী লৈবাক্তা অমুক্ হন্না পুদুনা লাক্লগা থাজগী মচা ওইনা নুংঙাই য়াইফনা লৈখি। ❑

# ঙা ফাবা নিপা

থাম্না মমাঙঙৈদা বরাক্ তুরেল্ মপান্দা তাবা খুঙ্গং অমদা য়াম্না লাইরবা মতৈ মনাউ অনীথক্ লৈরম্মী। মখোয়গী মচা মশু অমতা লৈরম্দে। লাইরবা মতৈ মনাউসি থবক্ শূবা নোম্না কল্লি। চীঙ্দা চৎতুনা শীংচল্লি পাৎতা কুম্দুনা লোংখোল্লি, অমুক্সু লৌ উদুনা য়েংঙি। শূগন্‌বা লাইরবা, চাগন্‌বা য়াঙ্গংবা হায়বদু হেক্ থোক্কই, মখোয় মতৈ মনাউসি। অসুন্না মওং মওং কয়া থবক্ শুদুনা য়েংঙি। অদুবু চাক্ চারা অমা ফাওবা মপুক্ থন্না চাবা ফংখিদে। অসুন্না লেন্দুনা লৈরক্পনা নোংমদি নিপা অদুনা থবক্ পুন্নমক্ থাদোক্লগা বরাক্ তুরেন্দা খোই চোপ্লগা ঙা ফাদুনা লাইবক্ য়েংগে হায়দুনা খোই অমা পুরগা ঙা ফাবা চৎখি। মহাক্না খোই চোপ্তুনা ঙা অসুম্ ফারক্পদা কাইনথংদা ইলিশা অচৌবা অমা থুরে। চাওরবা ইলিশাদু ফারবদুদা নিপাদু হরাউ হরাউ ঙা-শিং অদু পুদুনা কারক্পা মতমদা ইলিশাদুনা হায়রক্কই, "হে নিপা ঐবু থাদোক্উ," ঙা ফাবা নিপা অদুনা ইঙক্ ঙক্লা কোইয়েং কোইয়েং য়েংবদা ওই-য়েৎ, নিং-মাঙ্ কনাসু উদ্রবা অদুদা মহাক্ কাখৎলক্পদি লেপ্তে অমুক্সু হায়রক্কই, "ঐবু থাদোক্উ ঐবু থাদোক্উ" অনীরক অহুম্লক্ শুরবা মতম্দুদা নিপাদুনা ইলিশানা হায়রক্পনি হায়বা খঙলদুনা হায়রক্কই। "হে ইলিশা ঐনা নঙবু করম্না থাদোক্কদৌরিবনো। ঐদি লাইরবনিনা নঙবু পুদুনা কৈথেলদা য়োল্লগা ফংলক্পা পৈশাদুনা চেং হৱাইনচিংবা লৈরগা চাগদৌরিবনি অদুনা ঐ নঙবু থাদোক্পা ঙমলোই।" নিপাদুগী ৱাদু তাবদা ইলিশাদুনা হায়রক্কই। "ঐবু ফাবা মীদা ঐদি হেক্তা নুংঙাইহল্লি নত্রগা ৱাহল্লি, ঐসি খোইদা ফাবা য়াবা ঙা নত্তে অদুবু নঙগী খোইদা থুরুরবনিনা নঙনা অপাম্বা বর অমতং নিউ" হায়না হায়রক্পা অদুদা ঙা ফাবা নিপাদুনা বর নিরক্কই, "ঐগী য়ুম্ শেগাইবদু ফজবা য়ুম্ অমা ওইহনবীয়ু।" ঙা অদুনা "অদুমক্ ওইজরো" হায়দুনা বর পিরক্কই। মহাক্না ময়ুমদা লাক্পদা ময়ুম্ অদু চংফম্ খঙ্ৎখিদে। মহাক্কী নুপীনা কৌশিল্লগা

চংদুনা মখোয় অনী লৈখি। অসুন্না ময়ুম্দি ফজরে অদুবু চাবা থক্পদি মনিং থুঙ্দ্রি, অদুনা মহাক্কী নুপীনা ঙাদুদা বর অমুক্ নিবুনবা হায়রক্ই। ঙাদু অমুক্ ফাবা চৎলে, ঙাদু অমুক্ ফারে, ঙাদুনা হায়রক্ই, "ঐবু থাদোক্উ ঐনা নঙ্বু নপুন্সি চুম্পা চাবা থক্পা ওক্লবা পোৎ অমা পীগে ঐবু থাদোক্উ।" অসি হায়রক্লবদা নিপাদুনা "ফরেদুদি ঐ নঙ্বু থাদোক্লগে পোৎ অদু পীরো।" ঙাদুনা হায়রক্ই, "ঐগী ইমৈ পায়্দুনা নিক্উ" নিপাদুনা ঙাদুগী মমৈদু পায়্দুনা নিকপদা ঙাদুগী মচিন্দগী খুদোপ্ য়াই-ওইবা অমা তারক্লে ঙাদুনা হায়রক্ই "নঙ্না থোক্হন্নিংবা পোৎ খুদোপ্'সি লংবদা থোরক্কনী।" খুদোপ্ য়াই-ওইবদু ফংলবদুদা নিপাদুনা ইলিশাদু ঈশিংদা অমুক্ থাদোক্লল্লগা খুদোপতু পুদুনা ময়ুমদা লাক্খি। ময়ুম্ য়ৌরবদা মহাক্কী নুপীনা হায়রক্ই। "করিনো ঙা ফাগনী হায়দুনা চৎখ্রগা ঙাদি অমত্তা পুরক্তদুনা নশা নতোম্তা লাক্ইবা করিগীনো।" নুপীদুগী ৱাদু তাবদা নিপাদুনা হায়রক্ই। "ইবেম্মা হৌজিক্তী করি অমতা চিংনরগনু ঐখোয় অনী নুঙাইরগদবনি পুন্সি চুম্পা চাবা থক্পা ৱাৎলরোই" হায়্দুনা ৱারী পুম্বা লীরবদা ফরে অদুদি খুদোপ্ অসিগী চাং য়েংলশি হায়্দুনা "খুদোপ অদুদা সনা লুপা খরা থোকউ," হায়দুনা হুন্বদা মমল য়াম্লবা সনা লুপা ময়াম অমা থোরক্লে। অসুন্না মখোয় অনী পৈশা পায়বা ইনাক্ খুনবা অমা ওইরে। অসুন্না চাবা থক্পা করি অমত্তা ৱাত্তনা লৈরকপনা নোংমদি নুপীদু ৱাখল অমা তৌবকই। "ঐখোয়গী থংনরিবা য়ুম্সিদি লাইরবনা পৎতৎলি। অদুবু নিতী নুমিৎ খুদিংগী চারবস্ চাদ্রবস্ মচানে মশুনে ৱা ৱা হরাউনা নোক্তুনা লৈ। অদুবু ঐখোয়দি চাবা থক্পা করি অমত্তা ৱাত্তে হায়বদ্-মঙাই, নোংমতসু অসুন্না হরাউনা নোক্তে। ঐখোয়গীসু ইচানিপা অমত্তা ফংজরবদি" হায়্দুনা নুপীদুনা নুংঙাইতনা লৈবদু নিপাদুনা উবদা "করি তৌরবগে নঙ্না অদুক্ ৱাখল নুংঙাইতনা লৈবিবদি" হায়্দুনা হংলকপদা নুপী অদুনা কপ্লা কপ্লদুনা হায়রক্ই। "য়েংঙু থংনরিবা লাইরবা য়ুম্সিনা মচানে মশুনে নুমিৎ খুদিংগী চারবসু চাদ্রবসু হরাউনা নোক্তুনা পাল্লি। অদুবু ঐখোয়দি কদাই চাবা থকপা ৱাত্তরে হায়দুঙাই নোংমতসু অসুন্না নোকত্রি। ঐখোয়গী অৱাৎপা অমদি লৈ" হায়দুনা কপ্লকপদা নিপা অদুনা "করি ৱাৎলিবগে হায়রু ননিং থুংহন্গনি" হায়রক্ই। অদুদগী নুপীদুনা হায়রক্ই, "ঐখোয়গীসু মখোয় গুম্না নোক খেদুনা লৈনবা ইচানিপা অমতা নঙগী ইলিশাদুদা হায়জদুনা নিরক্উ" হায়রবদা নিপাদুনা ফরে অদুদি হায়দুনা খোই অমা পুদুনা ইলিশা ফাভম্ অদু তান্না লাক্লে মহাক্না খোইদু চোম্পদা ইলিশাদু অমুক ফারে,

ইলিশাদুনা হায়রক্ই। ''নহাক্কী করি অমুক্ ৱাৎতুনা ঐবু ফাবিবনো?'' নিপাদুনা হায়রক্ই, ''হে ইলিশা ঐখোয় চাবা থক্পা ৱাৎতরে, অদুবু অৱাৎপা অমা লৈরে। ঐখোয়গী ইচা অমত্তা য়াওদে, মরমদুনা ইচানিপা অমতা পীনবীয়ু'' হায়রক্ই। ইলিশাদুনা ''ফরেদুদি নচা নিপা অমা ফংজরো'' হায়দুনা বর পীরক্লে। নিপাদু ইলিশাগী বর ফংলবদুদা ঈশিংদা অমুক্ থাদোক্লম্লগা ময়ুম্দা লাক্লে। মহাক্না ময়ুম্ য়ৌরক্পদা মাঙ্গোন্দা মহাক্কী নুপীদুনা মচানিপা অমা পম্দুনা শান্নদুনা লৈরম্লে। মতম্ কুইনগী মতুংদা অঙাং অমা ফংলবদুদা মখোয় অনী হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। অসুম্না লৈরক্পনা নোংমদি মখোয় ৱাখল্ অমা অমুক্ তৌরক্লে। ঐখোয়না নুংঙাইরিবা অসিগী মথক্তা ঐখোয়গীনি হায়দুনা শগোল্ শামু মীনাইনা চিংবা কয়া লৈরবদি অমুক্ হেন্না নুংঙাইগনি হায়দুনা নিপাদু খোই অমুক্ পুরদুনা ইলিশা ফাবা লাক্লে। মহাক্না খোইদু অসুম্ চোম্পাদা ইলিশাদু অমুক্ ফারে। ইলিশা অদুনা হন্দক্তি করি অমুক্ ৱাৎলে হায়দুনা হঙলক্পদা নিপাদুনা হায়রক্ই। ''হে ইলিশা হন্দক্তি ঐগীনি হায়দুনা মিনাই খরগা শগোল্ শামু খরংগা পীনবিয়ু হায়রক্ই। নিপাদুগী ৱাদু তাবদা ইলিশা অদুনা খল্লক্ই। ''হে মী ইবা পীরিমখৈ অপেন্বা কৌবা লৈতে। নঙদি খঙলম্লোই, ইলিশা হায়বা ঙা-সি পং-ফাতা ফাবা য়াবা ঙা নত্তে। করিগুম্বা ইলিশা খোইদা থুদুনা ফারবদি ঙা ফারিবা মীদু শিবা নত্রগা য়াম্না লাইরবা অৱাবা নংঙি হায়বসে নঙদি খঙদমানে,'' ইলিশা অদুনা নিপাদুদা লৌনম্ তৌদুনা হায়রক্ই নঙনা অনিংবা পুম্বা থুংজরো। নিপাদুনা ইলিশা অদু ঈশিংদা থাদোক্লম্লগা ময়ুমদা হনখি। নিপাদু চৎখ্রবা মতুংদা ইলিশা অদুনা পীরিমখৈ, পেন্বা নাইদে হায়দুনা শাউরদুনা নিপা অদুদা হান্না গুম্না অমুক্ লাইররো হায়দুনা শাপ তৌখি। নিপাদু ময়ুমদা লাকপদা মহাক্কী ময়ুম্ অদু থিবা ফংখিদে অকোন্বদা মহাক্কী নুপীদুনা শেগায়রবা য়ুম্ অমদগী কপ্লা কপ্লগা মপুরোইবদু কৌশিল্লকই। মহাক্কী ফজরবা য়ুম্ সনা লুপা খুদোপ্ য়াই-ওইবা পুম্নমক্ মাঙখ্রে। অঙাং অদুসু সংসারদগী বিদায় লৌখিরম্মী, অসুম্না মখোয় হান্নগী শেগায়রবা য়ুম্দুদা হান্না গুম্না লাইরদুনা লৈখি। য়াম্না চানিংলবদি লেক্কুনা তোকই হায়বা অদু থোকখি।❑

# বিধিনা তম্বা

থাম্না মমাঙ্‌ঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মতিক মগুণ য়াম্না লৈবা মনাই মশন ব্রাত্তবা মহাক্কী কোনুং অদু কয়ামুক য়াম্না ফজৈ হায়বদা হায়নিংঙ্গ্রই লৈতনা ফজবা হিরা, মণি মুক্তা মমল য়াম্লা য়াম্লবা নুংতনা শাবা অয়ুক নুমিদাং পুমঙান ঙানবা কোনুংনি। অদুবু অঙকপা অমনা কোনুং অদুগী সনথোঙ্গী ওই য়েৎ নাকল অনীদা পুখ্রি অনী লৈ। পুখ্রি অমদা নোংমগী সনাগী থম্বাল অমমম শাৎলি। পুখ্রি অমদনা থরো, থম্বাল লৈ মখল কয়া শাৎলি। অকোইবদা হৈকোল লৈকোল কয়ামুক নীংথিনা হৌবগে হায়বদা শিংথাদুনা লোইবা ঙম্না নত্তে। য়েংলু য়েংলুবদা মিৎফম হোংনিংদ্রবা নুংগী মুর্ত্তি কয়া, য়েংখি য়েংখিবদা য়েংনিংদুনতা লৈনিংবা অসিমা ব্রাৎলি হায়নিংঙ্গাই লৈতবা কোনুংনি। অদুক নুংঙাইখ্রবা নিংথৌসি মরাইবক থিবনা মমিৎতা মচা অমত্তা উদবা মরম অদুনা নুংঙাইফম খঙদে, মচা ফঙনবগীদমক লাই পীংদুনা ইরাৎ পুজা কয়া তৌরি, তীর্থ কয়া চৎলি, দান কয়া তৌরি অদুবু কান্নবা ফংখিদে।

নোংমা নুমিৎ অমদি বিধি কৌবা লাইনা মাগী মনাই অমদা হায়রম্মী "নহাক চৎলু আদা উরিবা কোনুং অসিগী সনথোঙ মপান্দা পুখ্রি অনী লৈরিবা অসি উব্রা ? পুখ্রিসিদা সনাগী থম্বাল অমা শাৎলিবসি হেক্লগা ঐঙোন্দা কৎলু" হায়বদা বিধিগী মনাই অদুনা অয়ুক অঙনবদা লাক্লগা পুখ্রি অদুদা কুমথরগা মপুদা তাক্লমদনা সনাগী থম্বালদু হেক্কে হায়না তৌবা মতম অদুদা নিংথৌ অদুসু ফনা কুইরে ঐগী পুখ্রি অনীদু য়েংদবা ঙসিদি য়েংবু য়েংলুগে হায়দুনা পুখ্রি তম্না লাকপদা নিপা অদুনা সনাগী থম্বাল হেক্কে তৌবদু থেংনরে। নিপা অদুদা নিংথৌনা "মহাশয় নহাকপু কনানো? মপু তাক্তনা সনাগী থম্বাল অদু হেক্কে হায়না তৌরিবদি করিগীনো?" হায়বদা নিপা অদুনা পাউখুম পিরকই, "মহারাজ ননাই ঐবু ঙাকপিগনি, ঐহাক স্বর্গদগী লাকপনি বিধি কৌবা লাইদুগী মনাইনি। ঐগী গুরু দেবনা সনাগী থম্বাল অসি হেক্লগা কৎলু হায়।

ঐনা মহারাজ্‌তা হায়রগা হেক্চগদবনি অদুবু মহারাজ্‌তি তুম্বা হৌরমখিরোই, হৌদোক্চগদবসু মহারাজকী তুম্বা কায়খিগদ্রা খঙদুনা হৌদোক্চহৌদ্রে। অমরোম্‌দনা ঐগী গুরুদেব্‌কী সেবা মতম্‌ হৌখিগদ্রা খনবদগী ননাই ঐনা মহারাজ্‌তা তাকচহৌদ্রে ঐবু ঙাক্‌পিয়ু।" নিংথৌনা "ফরে ফরে অদু ওইরবদি হেক্চরো।" অদুদি বিধি কৌবা লাইসি মহাক্কবু তমখ্রবদি, হায়খ্রবদি ইখ্রবদি ***"বিধির লিখন না যায়ে খন্দন"*** নোংদম্বগী থৌশিল্‌ কন্নানসু খেতোক্‌পা কক্‌পা ঙমদে হায়না হায়নৈ। মহাক্কী মনাই ওইবনিনা নহাক্‌ শোয়দনা খঙলমগনি, ঐহাক্‌সি ঙসি করি য়েঙ্ঙাং চাগনি নঙনা খঙলবদি অমুক্তং হায়রম্মু। হায়বদা, নিপা অদুনা সনাগী থম্বাল্‌ অদু হেক্লগা নিংথৌগী মরাইবক্তা মুন্না য়েংলগা হায়রক্‌ই, "মহারাজ ননাই ঐনা য়েংজবদা ঙসি অসিদি মহারাজনা হাগদবা লুক্‌তি চক্রিং অদুগা য়েঙ্ঙাংদি চাররোই অদুবু ঙামু তোঙ্গং ওইনা হাবিবা তারে মহারাজ।" হায়রল্লগা ঐ চৎলে হায়না চৎখ্রে। বিধিগী মনাই অদুগী ব্রা তাবদা নিংথৌ অদু নোকনিংবা অমা থম্মোইদা পোল্লম্মী, নোকফেৎ তৌরগা থল্লক্‌ই, "ঙসি অসিদি ঐনা য়াম্না পামজবা চেং তুলশি ধন্যাগী চাক্‌ অদুগা য়েঙ্ঙাংনা ঙরাং ঐনা শাদানবদা ফারকপা শজি অদু শেল্লগা ঐগী মহারাণীনা থোংলগা চাগদৌরিবা অদুবু বিধিগী মনাইনা ঐবু চাক্‌ চক্রিং অমদি ঙামু তোঙ্গং চাগনি হায়বা," নোক্ল নোক্লগা খোংকাপ্‌ অমা অনী থাংলক্‌ই।

মায়গৈ অমরোম্‌দনা মনাইশিংনা "থৎলু থৎলু ফাউ ফাউ" হায়না লাউনরক্‌ই মদু তাবদা নিংথৌ অদু ইঙক্‌ ঙক্লা লাউনরিবা মফম্‌ অদুদা চৎতুনা য়েংবদা ফজখ্রবা শগোল্‌ অমা মনাইশিংনা ফাদুনা লৈরম্বা উরে। মনাইশিংনা নিংথৌ লেংঙক্‌পা উবদা ময়াম পুন্নমক্‌ খুরমখি। মনাই অমনা হায়রক্‌ই, "য়েংবিয়ু মহারাজ শগোল্‌ অসি" নিংথৌ অদু শগোল্‌ অদু উবদা ইঙক্‌ ঙক্‌ই মিৎফম্‌ হোংবা ঙমখিদে। মনাই অমনা হায়রক্‌ই, "শ্রীযুৎ মহারাজ ননাইগী পুন্সিদা অসুক্‌ ফজবা শগোল্‌'সি উদ্রি, ঐথোয়গী কোনুং অসিদা শজিক্‌ চাদুনা লৈরম্বনিনা, কন্নাগুম্বা মীগী ওইরশনু, লাইগীসু ওইরশনু অসুক্‌ ফজবা শগোল্‌'সি ঐথোয়্‌ শ্রীযুৎ মহারাজকী ওইরগদবনি শ্রীযুৎ অমুক্তা লেঙ্খৎপীউ শগোল্‌'সিগী মথক্তা" মনাইশিংনা হায়রবদা নিংথৌসু শগোল্‌ অদু তোংনিংলে। নিংথৌনা শগোলগী মথক্তা কখৎখ্রে, মনাইশিংনা "ওম্মোক্লা ফজখ্রেদা শ্রীযুৎ শগোলদু অমুক্তা থৌবিয়ু" হায়বদা নিংথৌসু শগোলদু থৌদুনা য়েংগে খন্দুনা শগোল্‌ চুপ্‌লি অদু পায়রগা শগোল থৌরে। শগোলদু অহানবদদি তপ্পা তপ্পা চৎলম্মী মদুদগী অসুম অসুম কন্থৎলক্‌না শগোল অদু কোনুংগী চেক্‌পল অদু

লান্দুনা ফন্ লাওনা চোংখ্রে। মদুদগী শগোল্ অদু খাম্বা য়াদদুনা গদক্ গদক্ চেন্‌খিবনা নুংশিৎকী মমাঙ্ থানা চেনখ্রে।

অসোম্‌দসু মনাইশিং অদু ইঙক্ ঙক্লা অঙকপনিদা খন্দুনা, শগোল্ শামুনচিংবা তোংদুনা নিংথৌগী খোঙ্গুল্ লিবা লাক্‌ই। নিংথৌবু শগোল্‌না পুখিদুনা চেনখ্রে। উমং ৱামং কয়া লান্দুনা সন্ধ্যা মতম্ অদুদা শুক্লা মমলবা উমং অমগী ময়ায়্‌দা নিংথৌ অদু থাদরম্লগা শগোল্ অদু মাঙখরে। নিংথৌ অদু ঙহাক ৱাম্বরবা মতুংদা জ্ঞান তারক্লগা য়েংবদা শুক্লা মম্‌লবা উমং অমগী ময়ায়্‌দা লৈরম্লে। করম্না উমং অসি লাম্থোক্কনি খন্‌বদা অৱাবা অমা ওইখি। ঙহাক্ বাখল্ তৌরবা মতুংদা নোংচুপ্ পাংনা মায় ওন্দুনা লাক্‌পনা উমং অদু লাম্থোক্লে। মায়্‌গৈ মরিদা লৈদুনা য়েংবদা শুক্লা মম্‌লবা অহিং ওইবনা করিসু উবা ফংদে। মহাক্লা কদাইদা কদোমদা চৎশিগে খন্দুনা য়েংবদা য়াম্না লাপনা থাউমৈ অমা থান্‌বা মুশি মুশিনা উবা ফংঙি। নিংথৌনা অসুম খল্লি, আদা উরিবা মৈ অসি শোয়্‌দনা মী তাবা খুঙ্গং অমা ওইরমগনি খন্দুনা মৈ অদু তম্না য়েংলগা প্রপ প্রপ লাক্লে। ওম্থোক্লা ৱানা মফম্ অদুদা থুংলে। মহাক্লা শুমাংদা লেপ্লগা ''য়ুম্ অসিবু কনা কনা লৈবগে'' হায়্‌দুনা হংলবদা, য়ুমবু অদুনা থোরক্লগা ''কনা ওইবিরব্‌নো ? থেংলবা অহিংসিদা'' নিংথৌনা হায়্‌রকই ''ঐহাক লৈবাক অসিগী থংনবা লৈবাক্কী নিংথৌনি।'' ৱাফম অসি তাবদা য়ুমবু অদুনা ''মহারাজ'' হায়রগা খুরুম্মী অদুগা লেংশিনবিরকউ লাইরবা ননাইগী য়ুম্‌সিদা করম্ তৌদুনা মফম অসিদা , লৈথোম্ লৈনাংনা লোইরে সনা হকচাংবু, ননাই ঐখোয় সেবা ফংজগে হায়্‌দুনা নিংথৌ অদুগী মখোঙ মখুৎ চামথোকপিরে। লৈজবা ফিদা অমা থাদুনা ফমহল্লে অদুগা খুৎ অনী লোন্নদুনা ''মহারাজ করি সেবা তৌগনি, লুকসু ফঙলমখিরোই, হায়্‌রগা মাগী মচানুপীদা নিংথৌগী চাক থোংহন্নখি। হৈবোই হৈতবোই থোংবনা চাক্তো চেং চঙলে, লাইরবা ইমুং ওইবনা নুমিৎ অদু য়েঙ্খাং থোংনবা করি অমত্তা লৈরম্‌দে, ঙামু অকংবা অমা লৈরম্বা মৈদা লৌরগা পীরে। নিংথৌদি চাক্ লাম্নখিবনা চাক্তো চেং চঙঙি চঙদে হায়্‌দনা চাখ্রে। মহাক্লা চাক্তোক্লগা নিংশিংলক্লে বিধিগী মনাইনা হায়্‌রম্বদু ওম্থোক্লা চুম্‌খ্রেদা!

নিংথৌনা য়ুমবু অদুদা হংঙি ''নখোয়্‌না অসুক থেংলবা অহিং মীচিক মীরাউখোল্ তাদ্রবা মতম্ ফাউবদা করিগী তুম্লমদ্রিবনো ? য়ুম্‌বু অদুনা খুম্মী ''মহারাজ ননাই ঐগী ইচা নিপা অমা ফংজৈ অদুগী ঙসি অসি ষষ্ঠি পূজা নুমিৎ থোক্‌ই।'' নিংথৌনা ''অদু ওইরবদি নুংঙাইরে ঐগী হিপ্পবা ফম্‌দি

থোঙ্‌জিন্ ময়ায়্‌দা ফৈনা থাউ।" য়ুম্‌বু অদুনা "ফগনি মহারাজ" হায়্‌রল্লগা নিংথৌনা হায়্‌বা মতুং ইন্না ফম্ থাবা লোইখ্রে। নিংথৌনা লেংশিন্দুনা চেপ্‌খ্রবা। অদুগী মতুংদা য়ুম্‌বু অদুসু তুম্মা চঙ্খ্রে।

নোংঙাল্লমদাই মতম্ খরা লৈরিঙৈদা বিধি কৌবা লাই অদু লাক্‌ই বিধিনা ইমুংদা চঙ্গে তৌবদা নিংথৌনা লম্বী থক্তুনা হিপ্পুনা লৈবা উরে। করন্না কান্দুনা চঙ্গনি নিংথৌ হায়্‌বসি বিষ্ণুগী অংশনি, খন্দুনা বিধিনা নিংথৌবু হৌদোক্লক্‌ই। নিংথৌ মিকপ্ খংথোক্ থোক্লক্‌ই অদুগা হায়্‌রক্‌ই,"নহাক্ কনানো?" বিধিনা,"ঐহাক্ বিধি কৌবা লাইদুনি।" নিংথৌনা "করি তৌবা লাক্‌পনো?" বিধিনা ঙসি অসি ষষ্ঠি পুজা নুমিৎনি মীওই খুদিংমক্ ঐনা মখোয় মখোয়্‌গী মরাইবক্তা তৌরগদবা থোক্লগদবা অদু হেক্ হেক্ ইবনি। মরম্ অদুনা অঙাং অসিগী মরাইবক্তা ইবা লাক্‌পনি,ঐগী লম্বী থাদোক্‌উ। নিংথৌনা ঐসু খঙ্‌ঙি বিধি কৌবা লাই নহাক্‌সি ঙসি লাকনি হায়্‌বসে, "হে বিধি কৌবা লাই ঐনা খুরুম্‌জরি, অঙাং অসিগী মরাইবক্তা করি ইরম্‌গনি হায়্‌রম্মু অদু ওইরবদি লম্বী থাগনি। নত্রবদি ঐ লম্বী শূকথা থারোই ঐবু ৱারৌগনু।" বিধিনা নিংথৌদা থেম্মী তৌবিগনু মহারাজ, ঐনা ইগদবা অসি কনাদসু হায়্‌দোক্‌পা য়াদে। ঐহাক্ থেংখ্রে নোং ঙান্‌খিবনা হান্‌বা তারে, ঐগী লম্বী থাদোক্‌উ।" নিংথৌনা বিধিদা খুরম্লগা ঐঙোন্দা ৱাফম্ অদু হায়্‌রমদনা ঐ লম্বী থাজররোই। বিধিনা নিংথৌ অসি ঐনা ইগদবা ৱাফম্‌শিং অসি হায়্‌দ্রবদি মহাক্ লম্বী থারোইদৌরে খন্দুনা নিংথৌদা য়েংলগা হায়্‌রক্‌ই,"ঐগী লম্বী থাদোকউ, ঐনা অঙাং অসিগী মরাইবক্তা ইবা লোইরগা ঐহাক হায়্‌রম্‌গে, ইদ্রিঙৈ মমাঙ্‌দা হায়্‌দোকপা য়াদে।" নিংথৌনা হায়্‌রক্‌ই, "হে বিধি কৌবা লাই নহাক্লা ইরম্বদু হায়্‌রমগনি হায়্‌রবদি লম্বী থাদোক্লগে হান্না ৱাশক্‌উ" হায়্‌বদা, বিধিনা, "সত্য সত্যনা শাক্ষি ওইশনু ঐহাক্ শোয়্‌দনা হায়্‌রমগনি" হায়্‌বদা নিংথৌনা লম্বী থাদোক্লে। বিধিনা অঙাং অদুগী মরাইবক্তা ইরম্লবা মতুংদা নিংথৌরোম্‌দা য়েংলগা হায়্‌রক্‌ই, "ঐনা অঙাং অসিগী মরাইবক্তা ইরম্বদি অসিনি, মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎতা কৈনা চাদুনা শিগনি" হায়্‌রম্লগা বিধি চৎখি। ঙহাক্ লৈরগা নোংঙাল্লে ময়াম্ পুন্নমক্ তুম্বদগী হৌগৎনরে। নিংথৌসু ইবু থোক্কদবা থোক্লুরে। অঙাং নুপীমচা অমনা চান্নবা থক্লুবা খরা পূরক্‌ই। নিংথৌনা য়ুমবু অদুদা হায়্‌রক্‌ই "ঐহাক্ করিগুম্বা পোৎ অমা ভিক্ষা ওইনা নিগে, পীগদ্রা ?" নিংথৌগী ৱাফম্ অদু তাবদা, য়ুম্‌বু অদুনা "মহারাজ! ননাই লাইরবা ঐঙোন্দা করি লৈদুনা মহারাজতা করি পীজবা ঙমগনি, অলৈবা

পোৎ ওইরবদি কৎচগে।'' নিংথৌনা ''অরৈবা পোৎনি নহাক্ হান্না ৱাশকউ পীগনি হায়না।'' য়ুমবু অদুনা ৱাশকই, ''হে সত্য সত্যনা শাক্কি ওইশনু ঐঙোন্দা লৈবা পোৎ ওইরবদি শোয়দনা কৎচগনি।'' নিংথৌনা ৱাশক্ অদু তাবদা হরাউরদুনা হায়রকই, ''নহাক্কী নচানিপা ঙরাং ষষ্ঠি পুজা তৌখিবা অঙাং অদু ঐগী ইফম্দা পীরো। ঐহাক্ ইচা অমা ফাওবা পোক্তে অঙাং অসি ঐগী হেক্ পোক্চবা ইচা ওইরগে। হয়েং চাউরগা ঐগী লৈবাক্ অদুগী নিংথৌ ওইহনগে। ঙসিদগী নহাক্সু করি অমত্র ৱাররোই ঐনা ৱাত্তনা পীরক্কনি। য়ুমবু অদু নিংথৌগী ৱা তাবদা মশাদু শোৱাই লাউখি মচাবু পীউ হায়বা অদুদা, অদুবু হায়দোক্খ্রবা ৱাফম্নি, শক্খ্রবা ৱাশক্নিনা মচা নিপা পিশক্ অদু নিংথৌদা পীরে।

নিংথৌনা অঙাং অদু পুদুনা চৎকে তৌবদা লম্বীদা মনাইশিং ময়াম অদু লাক্পা উনরে। মনাইশিংনা মহারাজ অঙাং অসিবু? হায়রকপদা, নিংথৌনা ময়াম্দা য়েংলগা হায়রকই, ''তাও ঐগী ৱাফম্, অঙাং অসি ঐনা হেক্ পোকচবা ইচানি হায়গদবনি, কনাগুম্বনা করিগুম্বা নত্তবা ওইদবা ৱাফম্ ঙাংবা নিংথৌ ঐগী নাকোংদা তারবা, মীওই অদু পুন্সি চুম্পা কৈশুম শঙদা থম্গনি।'' ময়াম পুন্নমক নিংথৌনা মচা লৈতবা ঙসিদি মচা লৈরে হায়দুনা হরাউখি। অঙাং অদু নিংথৌ কোনুংদা পুদুনা লাক্লগা মহারাণীদা পীরে মহারাণীনা চাউনবা য়োক্খি। অঙাংনা চাউরক্লবদা লাইরিক লাইশু, বিদ্যা পুন্নমক্ তমখি। অদুগা চহি ১৮ শুরক্পা অদু ৱাইদা নিংথৌনা অঙাং অদু লুহোংগে থন্খি অদুবু বিধি কৌবা লাইনা হায়রম্বা ৱাফম্ অদুসু কাউদে। মরম অদুনা কৈনা চাবা ঙম্দনবা ঈশিংগী ময়ায়দা কোনুং অমা চাউনা শাখি মচাগী লৈনবা।

লৈবাক কয়া কয়াদা মমৌ নুপী থিবা চৎলি। মমৈথংদা লৈবাক অমগী নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অমগা চাউনা লুহোংলে। মমৌ থিল্লক্পা মতম্দা ঈশিং ময়ায়দা শারিবা কোনুং অদুদা মচাগা মমৌগা থম্মী। কোনুং অদু য়াম্না চেক্শিন্না সিপাই অমগা থোঙ্ অমগা অকোইবা অদুদসু সিপাই কয়া অমসু শঙঙি। মত্রৈ অদুদা লুহোংদুনা পুরক্লিবা রাজকুমারীনা য়ুবরাজতা হঙঙি। ''নহাক্কী পাবুং মহারাজ অসি ঙাউরব্রা? ঈশিং ময়ায়সিদা কোনুং শাদ্রবদি অতৈ মফম্ লৈত্রব্রা দৌনা ? ৱাফম্ অদু তাবদা য়ুবরাজনা নোক্খি, অদুগা হায়রকই, ''পাবুং মহারাজ অসি ঙাওবা নত্তে, ঐগী লাইবক্তা লুহোংবা নুমিৎতা কৈনা চাও হায়বা লৈবদগী ঈশিং ময়ায় অসিদা কোনুং শাবনি। রাজকুমারীনা কৈ হায়বদু করম্ তৌবগে ''ঐদি অমুক্তা উদ্রি ?'' হায়রকই। য়ুবরাজনা কৈগী

মওং অদু তাকই। রাজকুমারীনা কৈগী মওং মতৌ য়েক্কুনা তাক্পিয়ু হায়রকই। যুবরাজনা ঐদি কদাইদা য়েক্কনি য়েকফমসু লৈতে হায়বদা রাজকুমারীনা. "ইমা মহারাণীনা ঐগী চান্নবা হায়দুনা ক্বা অমদি পানা মনা খরা হাপ্লকই." অদুদগী পানা অমা লৌথোক্লগা রাজকুমারীনা যুবরাজতা পীরগা পানা মনাদুদা য়েক্লবা হায়রবদা যুবরাজনা পানাগী মকোক অদু থুদেক্লগা পানা মনাদুদা কৈ য়েক্লগা উৎলে। রাজকুমারীনা "মসিদি ওপ্লোক্লা ফজখ্রেদা মসিদা কবি করিদি ব্রাৎলি য়েক্কদবা". যুবরাজনা হায়রকই. "মসিদা নোয়োলতা ঙায়রে হাপকদবা, রাজকুমারীনা "মদুসু হাপ্পীরো" হায়বদা যুবরাজনা নোয়োল অনীদু হাপ্লুরে। নোয়োল হাপ্পা লোইবগা পানা মনা অদুদগী কৈ ওইনা চোংথোরক্কুনা যুববাজ অদু কৈদুনা চিক্কুনা শিরে। রাজকুমারীনা কৈনা চিক্লে হায়না লাউবদা নিংথৌ অমদি পাত্র মন্ত্রী ময়াম পুন্নমক চেল্লক্কুনা য়েংবদদি যুবরাজ অদু শিদুনা লৈবা উরে। সিপাইশিংনা কৈ অদু হাৎলে। মপা নিংথৌনা কপ্প কপ্পগা হায়রকই "বিধিনা তমখবদি কনানসু ককপা ঙমদে হায়বদু অচম্বা ওইরে।"

নুমিৎ অসিদগী লাই শাবশিংনা নত্রগা ব্রাহ্মণশিংনা লাইগী নোয়োন হাপ্পদা পানা মকোক্লা হাপ্পী মদু মরম অসিদগীনি হায়নৈ। ❑

# হেলোয় অতোম্বী

থাম্না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নিংথৌ অদুগী মচা নিপা অনীখক লৈরম্মী। নোংমদি নিংথৌ অসিনা তুম্বদা মাগী মঙদা স্বর্গগী লাইরেমতোম্বী তরেৎকী অতোম্বী খ্বাইদগী মশক মতৌ ফজরবী অদুনা জগোই শাদুনা লৈবা উবম্মী। নিংথৌসিনা নুংঙাইনা মঙ মঙলিঙৈ তাঞ্জা অসিদা নিংথৌ মচা অতোম্বদুনা করিগুম্বা থবক্ অমগী মপাবুং হৌদোকরকই। নিংথৌদু নুংঙাইনা মঙ মঙলম্বা অদু কাইরবদুদা য়াম্না শাউখি খুদক অদুদা নিংথৌনা মীহাৎপা অনী কৌরগা মচা অতোম্বা অদু পুদুনা চৎখ্রো। অদুগা হাৎতোকউ হায়দুনা অকনবা যাথং তৌরকই। নিংথৌগী য়াথং অদু তাবদা মীহাৎপা অনীদু ইঙক ঙকখি। মপাগী অকনবা য়াথং অদু তাবদা মচা অতোম্বা অদুনা হাযরকই। "পাবুং মহারাজ নচা ঐবু করিগীদমক্তো হাৎকদৌরিবনো কবি লানখিবা যাওবগে। শিরবস্ ইরাল অদুতদি খঙজনিংই" হায়বকই। অদদগী নিংথৌ অদুনা হায়রকই। "ঐনা তুমলিঙৈদা নঙনা হৌদোকরবকপা মতমদুদা ঐ মঙ অমা নুংঙাইনা মঙলি মঙ অদুদা স্বর্গগী লাঈরেমতোম্বী তরেৎকী খ্বাইদগী অতোম্বী অদুনা জগোই শাবা উরম্মী। অদুক্ নুংঙাইববা জগোই অদু নঙনা হৌদোকরক্লনা মঙ কাইরে। নঙ লৈববদি মতুংদস্ অসুম্না অফবা নুংঙাইবা মঙ কয়া কাইরকপা য়াই। মরম অদুনা নঙবু হাৎলগদবনী।" নিংথৌ মচাদু মপাগী অকনবা য়াথং অদু হীক্তোকপা য়াদ্রদুনা মীহাৎপা অনীনা মীহাৎফমদা পুদুনা লাক্লে। অসুম্না মীহাৎফম্ যৌরক্লবা মতমদা নিংথৌ মচাদুনা মীহাৎপা অনীবু য়েংলগা হায়জরকই। "হে মীহাৎপা অনী ঐবু ঙসি নথোয়না হাৎকদৌরিবসি ইপা নিংথৌগী মঙ থুগাইরুবগীনি। অদু গুম্লবা স্বর্গগী লাইরেম্তোম্বী তরেৎকী অতোম্বী অদু শোয়দনা পুরক্লগা ইপা নিংথৌগী মমাঙদা জগোই শাহনগে। নথোয় অনীনা ঐবু নুংশিবীদুনা থৱায় অসিতদি কনবীয়ু" হায়বক্লে। মীহাৎপা অনীদুনা নিংথৌ মচাদুগী মতৌ অদু নুংশিরদুনা মথৱায় কনবীরগে খনখি।

"ঐখোয়না নহাক্পু কন্বীরবনি, অদুগা করিগুম্বা ৱাফম্ অসি নপাবুং মহারাজনা তাখ্রবা খঙ্লবদি ঐখোয় অনীসু শোয়দনা মহারাজনা হাংকনি। মরম্ অদুনা নঙ লৈবাক্সি থাদোক্কুনা থাপ্পা চৎখ্রো" হায়দুনা হায়বদা নিংথৌ মচাদু মথৱায় হিংলবদুদা লৈবাক্তু থাদোক্কুনা চৎখি।

মহাক্না অসুম্ লাক্পনা লৈবাক্ অম্দা থুংলরে। মহাক্না থুংলরিবা থুঙ্গং অদুগী অরোইবদা য়ুম্ অমা উরম্মী। য়ুমদুদা চংদুনা য়েংবদা হেলোয় তরেৎকী খ্বাইদগী অতোম্বী মশক মতৌ ফজরবীদুনা জগোই শাদুনা লৈবা থেংনরুরে। হেলোয় অতোম্বীদুদা নিংথৌ মচাদুনা হায়রক্ই। "ইবেম্মা ঐ অথাম্পা লৈবাক্ অমদগী লাক্পনি, ঙসিগী অহিং অসিতদি ঐ মফমসিদা লেক্চখিগে" হায়রক্পদা মশক্ মতৌ ফজরবা পাখং নিপাদু উবদুদা হেলোয় অতোম্বীদুনা পাম্মনখ্রদুনা মচেশিং উখিনি হায়দুনা নিংথৌ মচাদুবু কনা উহন্দনা থম্খি। অসুন্না লৈরক্পনা নোংমদি হেলোয অতোম্বীদুনা হায়রকই। "হে পাখং ঐ নঙগী সেবা তৌজরগে নহাকপু ইপুবোইবা ওইরগা লৈমীন্নরশি।" ৱাদু তাবদা নিংথৌ মচানা হায়রক্ই। নঙবু ঐগী ইনাই নুপী ওইনা ফংবদি ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু ঐগী করিগুম্বা ৱাশক অমা লৈ। ৱাশক অদু থুংদ্রিঙৈগী ঐখোয় অনী লৈমীন্নবা য়াদ্রি।" মাগী ৱাদু তাবদা হেলোয় অতোম্বীদুনা হংলকই। "করি ৱাশকনো ঐ খংবা য়ারোইদ্রা। ঐনা ঙম্বা থবক ওইরবদি ঐ পাংথোকপা ঙম্নবা হোৎনজগে. ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীযু" হায়রক্লবদা নিংথৌ মচাদুনা "ঐহাক অসি লৈবাক্ অমগী নিংথৌ মচানি। নোংমা ইপা নিংথৌগী মমঙদা স্বর্গগী লাইরেমতোম্বী অদুনা জগোই শাবা উরিঙৈ, তাঞ্জাদুদা ঐনা হৌদোক্লুবদা পাবুংগী মঙ অদু কায়রবদা ইপা নিংথৌনা ঐবু মীহাৎপা অনীদা শিন্নরগা হাৎতোক্লবা থারক্পনি। ঐনা মীহাৎপা অনীদুদা লাইরেমতোম্বী অতোম্বীদু পুরক্কুনা ইপা নিংথৌগী মমাংদা জগোই শাহনগনি হায়জবদা মীহাৎপা অনীদুনা ঐবু নুংশিবীদুনা থাদোক্পিরকপনি। মরম অদুনা ৱাশক মপূং ফাদ্রিঙৈগী ঐ নঙগা লৈমিন্নবা য়াদে অদুগা ঐনা তম্লিবা ৱাফম অসি নঙনা কনা অমত্তদা হায়দোকপা য়াদে। ৱাফম অদু তাবদা হেলোয় অতোম্বী অদুনা হায়রক্ই। "মদুদি করিসু লৈতবা থবকনি। মখোয় অদু ইন্দ্র সোরারেনগী মচানুপীশিংনি। ঐগী অপাইবা ফানশিদা ফম্লগা নঙ মখোয়গী মনাক্তা চত্তুনা নহাক্কী ৱাশক্ থুংনবা হোৎনবা ঙম্গনি। "ফরে অদুদি" হায়দুনা নিংথৌ মচা অদু অপাইবা ফানদুদা ফম্লগা পাইদুনা চৎখ্রে। মহাক্না পাইদুনা লাক্পনা স্বর্গগী লাইরেম্তোম্বী তরেৎনা জগোই শাদুনা লৈরীবা সোরারেন

নিংথৌগী যুমদুদা থুংলরে। নিংথৌ মচাদুনা ফৎজখ্রবী লাইরেমতোম্বী তরেৎকী খ্যাইদগী মশক ফজরবী অতোম্বী অদুনা জগোই অসুম্ শারম্বদগী য়েংথোক্লকপদা লুমদুনা য়েংদুনা লৈরিবা নিপা অদু উরে। জগোই শাবা লোইরবদা নিংথৌ মচা অদুগী মনাক্তা চংলক্তুনা ৱারী শানরবা মতুংদা লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদুনা নিংথৌ মচা অদু কনা উহন্দনা ময়ুমদা পুদুনা লাক্লে। অসুম্না অসুম লৈরকপনা নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। নোংমদি লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদুনা হায়রকই। "হে পাখং নহাকসি ঐগী ইপুরোইবা ওইরগে নঙগী সেবা তৌজরগে।" ৱাফম অদু তাবদা নিংথৌ মচা অদুনা "হে ইবেম্মা নঙনা ঐগী সেবা তৌগে হায়বা অসি ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু ঐগী ৱাশক অমা লৈ. ৱাশক অদু থুংদ্রি ফাউবদি নঙ ঐগী সেবা তৌবা য়াদ্রি।" লাইরেমতোম্বীনা "করি করম্বা ৱাশকনো ঐনা খঙবা যারোইদ্রা?" হংলবদা নিংথৌ মচানা মপাবুং নিংথৌগী ৱারী পুম্বা লিরবা মতুংদা লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদুগা নিংথৌ মচা অদুগা লোযনদুনা পৃথিবীদা কুমথরক্লে। মখোয অনী অসুম লাকপদা নুমিদাং ওইরদুনা চাউরবা উপান অমগী মখোঙদা পোথারসি হায়দুনা পোথারিঙেদা নিংথৌ মচা অহল অদু মনাই মশন কয়াগা লোয়ননা লাকপদা মনাউ অদু উনরে মচিন মনাউ অনী অদু মতম কুইনা কায়নরুবদগী ফংনবা অদুদা নুংঙাইদুনা হবাউখি। অদুগা ময়াম্বা অদুনা হংলকই। "ইনাউ নঙদি ইপা নিংথৌনা হাৎনবা মীহাৎপগী মথুক্তা শিন্নখ্রবনি। মতৌ করম্না নঙ হিংদুনা মফম অসিদা লৈরল্লিবনো?" মনাউদুনা ৱারী পুম্না তমখি। নিংথৌ মচা অহল অদুনা মশক মতৌ ফজখ্রবী লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদু উবদা পাম্মনখিদুনা মনাই মশন কয়াদা হায়দুনা মনাউ অদু ফারগা কৈশুমশংদা মপা নিংথৌবু খঙহন্দনা থমখি। অদুগা লাইরেমতোম্বী অদুসু কনা খঙহন্দনা মহাক্কী ময়ুমদা লোন্না থমখি।

অসোমদনা হেলোয় তরেৎকী অতোম্বী অদুনা নিংথৌ মচা অদু মতম কুইরেদা লাত্রুবা করি অৱাবা তারবগে হায়দুনা মমিৎ উইশিন্দুনা য়েংবদুদা নিংথৌ মচা অদু কৈশুমশংদা য়াম্না ৱানা লৈবদু উরে। হেলোয় অতোম্বী অদুনা "এ। অসিদি শোইরেদনা. ঐগী ইপুবোইবা ওইগদৌরিবা নিংথৌ মচাসিদি য়াম্না ৱানা কৈশুমশংদা লৈরেদনা। ঐ মাবু কন্দবা য়াদে" হায়দুনা অপাইবা ফানদুদা ফমদুনা লাক্লে। হেলোয় অতোম্বী অদুনা কৈশুমশংদা চংখিদুনা নিংথৌ মচাদা পুল্লিবা চাওর-চাওরবা য়োৎকী যোৎঙ্লিংশিং অদু থদৎলগা হংলকই "মতৌ করম্না নহাক মফম অসিদা লৈরম্লিবনো ?" নিংথৌ মচানা হেলোয় অতোম্বীদা

ৱারী পুম্বা তম্লবা মতুংদা মখোয় অনী ইপা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলশি হায়দুনা কোনুংদা লাক্লে। মপা নিংথৌগী মনাক্ য়ৌরক্তুনা "পাবুং মহারাজ" হায়না খুরমখি। মপাবুং নিংথৌ অদু মচা অতোম্বা উবদা ইঙক্ ঙক্লা য়েংদুনা লৈখি. অদুগা হংলকই "নঙদি ইপানা মীহাৎপা অনীগী মফমদা হাৎলু হায়দুনা শিন্নখ্রবা নত্রা? মতৌ করম্না নঙ হৌজিক্ ফাওবা হিংলম্লিবনো ?" মচা অতোম্বনা হায়রকই। "পাবুং মহারাজ নচা ঐসি মীহাৎপা অনীদুনা মীহাৎফমদা পুরে, মীহাৎপদা ঐবু হাৎপিগনু পাবুং মহারাজনা মঙদা উরম্না লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদু পুরক্লগা পাবুংগী মমাঙদা জগোই শাহনগে হায়দুনা হায়জরবদা মীহাৎপা অনীদুনা নুংশিবীদুনা ঐবু লৈবাক্সি থাদোক্তুনা চৎখ্রো. অসিনচিংবা ৱারী পুম্বা লিরবা মতুংদা নিংথৌনা মনাই অমা থাদুনা মচানিপা অহলবু কৌরগা ৱারী পুম্বা হংবদা অশেংবা ওইরম্লে। মপাবুং নিংথৌনা অদুদি লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদু পুথোক্লউ হায়দুনা পুথোক্লক্লে। মচানিপা অহল অদু মপৃন্সি চুম্পা কৈশুমশংদা থমখি। অদুগা লাইনুরা লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদুগা হেলোয় তরেৎকী অতোম্বী অদুগা মখোয় অনী জগোই শাহনখি। মখোয়গী জগোইদা পেল্লদুনা "ঐদি অহল ওইরে" হাযদুনা লাইরেমতোম্বী অতোম্বী অদুগা হেলোয তরেৎকী অতোম্বী অদুগা মহারাণী ওইহল্লগা মচা অতোম্বদা নিংথৌগী ফম শিন্নখি। অসুম্না লৈবাক মীযাম পুম্বনা লাইনা পানবা লৈবাক্তি হায়না হায়নখি। ❑



# তপ্তা

থায়না মমাঙঙৈদা ইমুং অমদা নিংঙাই ফত্তবা অঙাং অমা লৈরম্মী। মানা নিংঙাই হৌখ্রবদি থেম্বা য়াদবমখৈ পংকপ্তা কপ্পী। মমানা অমুক্ থেন্মী, মপানা অমুক থেন্মী, থেল্লিবমখৈ হেন্না হেন্না কপ্পী, থেম্বদা য়াদ্রে। কিরগা কপ্পা তোকখিনবা হায়দুনা শগোল্ লাক্এ, শামু লাক্এ, কৈ লাক্এ, লমহুই লাক্এ, নোংশা লাক্এ, কির কিরবা ময়াম্ হায়দুনা থেম্বদা অঙাংদু নিংঙাই তোক্পা মরৈখিদ্রে। অমুক্সু পোই, অমুকসু পম্মী, ইমুংদা থেম্বা য়াদদুনা মপান্দমুক্ থোরক্ই। অঙাংগী মমা মপাদু তৌফম্ খঙদ্রে। অহিংদ্ নোংস্ কন্না চুরম্মী। অঙাংনা নিংঙাই কন্না তৌরিঙৈ মতমদুমক্তদা য়ুমদুগী শগোল্ শঙদুদা কৈ অমা শগোল্ চাগে হায়দুনা তুমিন্না চঙলগা কুন্দুনা লুমদুনা লৈরে। মতম্ অদুদা হুরানবা নিপা অমসু শগোল্ হুগাদগী য়েন্নখাদা মপু তুম্বা ঙাইদুনা লৈরি। ঙসাই অঙাং মপানা শগোল্ লাক্লে, শামু লাক্লে, কৈ লাক্লে, লমহুই লাক্লে, হায়না থেম্বদু তারিবোরে। অসুম্ অঙাংদু মওং মওং তৌদুনা থেম্বদা কপ্পা তোকউ যারক্ত্রুবদা মমাদুনা ইখঙ খঙহৌদনা ''তপ্তা লাক্এ'' হায়রুবদা অঙাংদু কপ্পা খঙতোক্ হেক্ তোকখে। মদু কৈ অমদি হুরানবা অনীদু তায়। মখোয়নিগী পুক্লিংদা খল্লি, শগোল, শামু, কৈ, লমহুই, নোংশা লাক্এ হায়না থেম্বদা য়াদ্রগা''তপ্তা লাকএ'' হায়বদা অঙাংনা কীদুনা কপ্পা তোকখিবসিনদি ''তপ্তা'' হায়বসে য়াম্না ৱাং চাউবা মপাঙ্গল্ মথৌনা লৈবা তম্থিরবা শা-রা নৎত্রগা জীব পানবা করিগুম্বা অমদি শোয়দনা ওইরম্বা তারে খন্দুনা মখোয় অনীদু কিবনা লোইরে। কুন্দুনা লৈরম্বা কৈ অদু শগোল্ মনাক্তা চংশিল্লগা শগোল্ শাদুনা লেপ্লুনা লৈরে। হুরানবা অদুসু শগোল্ তোংদুনা তুমিন্না চেনখ্রগে খন্দুনা শগোল্ শঙ তান্না পাক্থা পাক্থা চংলক্লে। হুরানবদুনা শগোলদি মখোঙ অচৌবনা লমজেল্ য়াঙই হায়নৈ। অদুনা হুদুনা হুরবদি মখোঙ অচৌবা লমজেল্ য়াঙবা হুরগা থুনা য়াঙনা চেনখ্রগে খন্দুনা মখুৎনা শগোলগী মখোঙদা তাপ্

তাপ্ পায়্বদুদা মখোঙ্ অচৌবা থিরক্পদা কৈগী মখোঙ্ অচৌবদু হেক পায়্রুরে হুরান্বদুনা। "তস! লৈরেদনা ঐনা পাম্লমক্ হেক্ থোক্লেদনা," খন্দুনা কৈ মথক্তা শগোল্গী শাবল্ হাপ্চিল্লে, চুপ্পি য়াচল্নচিংবো ফাজিন পুন্শিল্লে। কৈদু কিবনা লোইরে, শোয়্দ্রে তপ্তানি, ঐ ঙসিদি শিবা তারে খন্দুনা তুমিন্না লেঙ্দনা হুরান্বদুনা তৌবতা য়াদুনা লৈরে। হুরান্বদুনা কৈগী মথক্তা ফন চোংখৎতুনা শগোল্ শাজৈ থাদুনা গদক্ গদক্ নুংশিৎকী মমাঙ্ থাদুনা কৈদু থৌরক্পনি। কৈদুনা মথক্তা তোংলিবসি তপ্তানি নিংদুনা, অফিং অফাই কৈদুসু পঙ্চেন্ চেল্লি। হুরান্বদুসু মানা তোংলিবসি মখোঙ্ নেম্বা শগোল্নি খন্দুনা তপ্তানা তান্নরক্লবসু ফংদনবা মনঙ্গন্দা শাজৈনা থায়্। মম্বগা মম্বনে নোঙসু থিংলি থিংলি চুবনে। মখোয় অনীনা মশক্ উনদে। অসুম্না লেপ্তুনা চেল্লকপনা নোং ঙানফুং ঙান্ফুং তৌরক্পদা উমং অমদা য়ৌরক্লে। নোং ঙাল্লকপা মতম অদুদা হুরানবনা য়েংলকপদা মরাং মরাংবা কৈগী মশক্ অদু উরক্লে। ঐনা তোংলিবসি শগোল্ নত্তে কৈনি খঙ্লক্লবদা হুরানবা অদু কিবনা মিহুন্দু চনিং চমাং হোল্লে, লম্বাই লুতোন্গী মশম্দু চপ চপ য়ুংলে। ঐনা তোংলিবা কৈসিনা খঙ্গ্লবদি, মানা ঐবু চাখিবা তারে খল্লক্ই। ফন চোংথগে হায়্ববু কৈনা নমদুনা ফারগা চাখিনি; তোংনা তোংনা ব্রাখল্ তৌনা তৌনা অসুম্ লাক্পনা লাইগী নোংদম্দগী উক্রোঙ্ অহোবা অমা লাপ্তুনা লৈবদু উরে। কৈদুনা অসুম্ চেল্লক্পদা উক্রোঙ্দুগী মনাক হেক্ য়ৌরক্পদা কৈগী মথক্তা তোংলিবা হুরানবা অদু চোংথখিদুনা উক্রোঙ্ অহোবগী মনুংদা চঙ্দুনা লৈখ্রে। কৈ অদুসু মথক্তা তোংলম্বা তপ্তানা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা লৈহৌবা অদু হান্নগা কি-কিনা চেল্লক্পনিনা হন্না ফাওবা য়েংলম্দনা হান্নদগী হেন্না য়াঙ্না চেল্লক্লে। কৈনা উমং ব্রামং কয়া শম্দুনা অসুম চেল্লক্পদা লম্হুই অমা থেংনরে। কৈনা মথব্রায় ব্রানা নুংশাথিনা চেল্লকপা উবদা লম্হুইনা খাল্লে। (কৈসি লম্হুইগী মাম্মা থোক্ই হায়্)। লম্হুইনা কৈদা য়েংলগা "মাম্মানা ওম্থোক্না ফিংনা চেল্লক্পদি করি তৌরবগে?" কৈনা লম্হুইদা ব্রারী পুন্নমক্ অমত্তা চীৎথদনা তল্লে। লম্হুইনা কৈগী ব্রারীদু তাবদা ইঙক্ ঙক্লা, "অদুদি মাম্মাদি উরক্তে?" কৈনা "কদাইদগী কিমনখিবনা ঐ উরক্তে।" লম্হুইনা কদাইদা লৈহৌরি হায়বা অদু মাম্মাদি খঙ্লক্ইকো।" কৈনা "উক্রোঙ্ অহোবগী মনুংদা লৈহৌরি।" মখোয় অনীদু তপ্তা করিনো, করি করম্ তৌবগে, খঙনিংবগী থম্মোইদা লাংতকনৈ। মখোয় অনীদু তপ্তা য়েংলুসি হায়্না লেপ্পরে। কিবদি কিরি মখোয় অনীদু অমনা হায়রক্ই। অদুদি হোরেন্ উক্রোঙ্ অহোবগী মনুংদা তপ্তা লৈরম্নগা চেন্নদবা

হায়দুনা য়াইরি অমনা মখ্যাঙ্ মখ্যাঙ্ কিশিন্নরে।অদুগা তপ্তানা চোংথখিবা উক্রোঙ তান্না মখোয় অনীদু লাক্রে। উক্রোঙ্ অহোবগী মনুংদা লোৎলিবা হুরানবা অদুনা খল্লি, ঙসাইগী কৈ অদুবু মফম্ শোৱাইদকা লৈরিব্রা য়েংগে হায়দুনা উক্রোঙ্ মনুংদগী মঙক্ ফৎ হেক্ হাইগৎতুনা য়েংলকপদা কৈ অদুগা লমহুইগা হেক্ উই। মতম অদুদা কৈনা উক্রোঙ মনুংদগী মকোক্ অমা থিনগৎলকপদু হেক্ উবদা তপ্তানি খন্দুনা পাখৎতুনা চেল্লক্রে। লমহুইদি অপিকপা শানিনা কৈগুন্না য়াংনা চেন্‌বা ঙমদবনিনা কৈদুনা লমহুইদু শ্রো শ্রো লাক্তুনা চিং চিংদুনা পুরকপনা লমহুইদু মমৈ মকোক্ খঙদ্রে। উদা ফংঙে উদা থেং নুংদা ফংঙে নুংদা থেং পঙথেংতা থেংজিনবনা মমৈ, মখোঙ, মচেৎ মচেৎ তত্তুনা কেলহৌরে। য়াইরিনা কিশিনবা মখ্যাঙগা মকোক্তমক ঙাইরবদা লমহুইদু শিরে। কৈ-নদি লমহুইদু শিরে হায়বা খঙদ্রি। কৈ অদু চেন্‌বা মখৈ চেল্লগা ৱাদুনা হন্না য়েংঙি, তপ্তানা তান্নরকপরা হায়দুনা। তপ্তানা তান্নরক্তরে খঙলবা অদুদা লমহুইদা অমুক য়েংঙি। লমহুইদু শিরবনিনা, মমিৎ ইলং লং, ময়া লাউনা কায, ময়াদগী ঈ তারকইবা অদু উবদা কৈনা খল্লি। অদুগা হায়রকই ''নঙদি ঐনা কিনা ৱানা চেল্লকপা অসিদা নয়াদু ইহি হিগত্তুনা কা চাদুনা লৈরল্লি।'' হায়দুনা কৈগী খুমাংগী মখোঙ অচৌবা অদুনা মখজাইদা অমুত্তং থাববু। লমহুইদু মেক্ মাক লাউদে, মানা শিরবনিনা। মমৈথংদা কৈ-না মুন্না য়েংলগা খঙলে, লমহুইদু শিরে হায়বা। কৈ-দু য়ান্না নিংঙমদনা শোংলবা উমং তন্না চৎখি। ❑

*(তপ্তাগী ৱারীসি অহল লমনা অনী থোকো লীবিরশ্মী, মথংগী অনিশুবা ফুঙ্গা ৱারীদা অতোম্পা অমদু অমুক্ হাপচরক্লে।)*

# হনুবা হনুবী পান্ থাবা

থাযনা মমাঙঙৈদা খুল্ অমদা হনুবা হনুবী মতৈ মনাউ অনী লৈরম্মী। মরাইবক থিবদগী মমিৎতা মচা উরমদে। অদুবু মখোয় অনী থবক শু-নোম্বদি কল্লি। নোংমা হনুবনা লৈবাক তৌরগা হনুবীনা লৈতুম থুগাইদুনা লৈকুপ তাহল্লে। হনুবা হনুবী অনীনা পান চার থুমোক অমা পুথোক্লুনা পান্ থারিঙৈদা মখোয় লৈকাইদা লৈবা য়োংনাউ খরা লাক্লুনা পান্ থাবা য়েংলে। য়োংনাউশিং অদুনা পান অদু চানিংবনা মখোয় মশেল ৱা তান্নবগা. য়োংনাউশিং অদুগী মরক্তগী ৱা ঙাংবদা খবা হৈশিংবা অমনা "ও ইপু ইবেল। করি তৌরিবনো ?" য়োংনাউশিংদা য়েংলগা হনুবনা পাউখুম পিরকই "ইশুশা! পান থারিবনি।" অদুদি ইপু ইবেল। অনীনা থারিবা পান অদু মথা ওন্নরে। অদুম হায়না পান থারবদি হৌবদা মতম য়াম্না কুয়না চঙলগনি" হায়রকই। য়োংনাউগী ৱাদু তাবদা হনুবনা , অদুদি ইশুশা! করম্না থাগনি, করম্না থারবদি পানশিং অসি খিৎ থুনা হৌগদগে? নখোয়না খঙলবদি ইপুদা খরা তাক্লম্মুদনা। হনুবগী ৱাদু তাবদা য়োংনাউশিংদু মমিৎ খৎনরে। ময়ামদগী হৈথোই শিংথোইবা য়োংনাউ অদুনা হায়রকই। "ইপু ইবেল অনীনা থারিবা পানশিং অসি থাদ্রিঙৈদা হান্না ঈশিংদা শেংনা ফজনা চামথোক্লগা মকু খোৎতোক্লো, মদুদগী চফু অমদা হাপ্লগা মুন্না ফুৎলো। অফুৎপা পানশিং অদু লা লাতোন অমমম্দা খরা খরা য়োল্লগা কাংখুন্দা ফুমজিন্দুনা থাবিউ ইপু। অসুন্না পান থারবদি হয়েং নোংঙাল্লকপদা পানশিং অদু পান্দোং ফারল্লগনি। পান পাম্বীশিং অদু লেপ্ লেপ্মুক ৱাংলমগনি।" য়োংনাউগী ৱাদু তাবদা হনুবা হনুবী চুম্মী খন্দুনা থাজরে। য়োংনাউনা তাক্পা মতুং ইন্না পানশিং অদু ঈশিংদা শেংনা ফজনা চামথোক্লুনা মকু খোল্লগা চাউরবা চফু অমদা হাপ্লুনা ফুৎলে। পানশিং অদু মুল্লগা লা লাতোন অমমম্দা খরা খরা য়োল্লগা কাংখুন্দা ফুমজিল্লে, পান থাবা লোইরে। হয়েং নোংঙাল্লকপদা পানশিং অসি পান্দোং ফারল্লগনি ।

নুংঙাইবা ৱাখল্দা হনুবা হনুবী অনীদু তুম্নখি।

অহিং ওইরক্লে য়োংনাউশিং অদু অমুক্ হনুবা হনুবীগী পান্ থাফম্দা মখোয়্না তাক্লম্বা পান্ মথা অদু থাবরা য়েংবা লাক্ই। য়োংনাউশিংনা কাঙ্খুল্ অদু খোত্তোক্লুনা য়েংবদা লা লাতোন্দা নিংথিনা য়োম্শিল্লবা অমুন্বা পান্শিং অদু উরে। য়োংনাউশিংনা অফুৎপা পান্শিং অদু কাংখুল্দগী খোত্তোক্লুনা লোইনা চাথোক্লে। অদুদগী মখোয়না খোংবান্দা হৌবা পান্দোং ফারবা অৱাংবা লম্বান্ পাম্বীশিং অদু ফুক্লগা হনুবা হনুবী অনীনা থারম্বা পান্ কাংখুল্ অদুদা থাজিল্লগা পাম্বীশিং অদু তুদনবা মখোঙ্দা লৈবাক্ খোৎচিল্লে। পান্ থাবা লোইরবদা য়োংনাউশিং অদু নোক্নোক্লুনা হন্খি।

নোংঙাল্লগা হনুবা হনুবী অনীনা ঙরাং ইশু শিংনা তাক্লম্বা পান্ অদুবু হৌরবরা হৌদ্রিবরা য়েংগদবগী মপান থোরকই। য়েংলুবদা পান্দোং চাউনা লেপ্মুক্ ৱাংনা হৌরিব লম্পান্শিং অদু পান পাম্বীনি খন্দুনা হনুবা হনুবী অনী অদু ঙম্খৈ লৈতনা হরাউরে। ইশু য়োংনাউশিংনা হায়বদু চুপ্লেদনা। কয়াদা ৱাংনা ফজনা হৌখ্রবনোসে। হনুবনা মকা ফাউবা চাবা য়াগনি খন্দুনা মকা অমনা লাইদা কৎকে .মকা অমনা ঐথোয় অনী থোংদুনা চাগে হায়দুনা পান মকা অনী হেক্লে। অদুগা হনুবীদা পীরে।

হনুবীনা হোবে হোবে তৌদুনা মকা অমনা লাইদা কৎলুরে। হল্লকগা মকা অমদু তনশোয় শোইরদুনা থোংলে। হনুবীনা হনুবদা চাক থোংবা লোইরে ইরুজবুরো হায়রবদা . হনুবসু অহাউবা পান মকা থোংবদু চাগদৌবনি খন্দুনা তহা তহা ইরুজরে। লাই খুরম্গদৌবা খুরম্লগা চাক্খুম্দা চঙক্লে। চাক অদু য়েঙ্খাংগা লোয়ননা মালেমদা খরা কৎলগা .পান মকা থোংবা য়েঙ্খাংদু চাক্কা তোৎতুনা চখোম অমা হুক্লে। হনুবনা লেংঙি লেংঙি হনুবী. হনুবদু লেংমনখিবনা মতিল ওরো ওবো তারে. ``হনুবী হেন্তাক্. হনুবী হেন্তাক`` হায়দুনা লাউরকই। হনুবীনা খল্লি. হনুবনা লেংঙি হায়রিসিবু পান মকাবু লেংগদ্রনে ? ঐম্নুক চাদুনা য়েংগে। হনুবীসু য়েঙ্খাংদুগা চাক্কা তোৎতুনা চখোম অমা হুক্লে। হনুবীদসু লেংমনখিবনা. ``হনুবা হেন্তাক .হনুবা হেন্তাক`` হনুবা হনুবী তৌফম খঙখিদে। হনুবদি হনুবীনা হংবা ৱাহং অদুগী পাউখুম্ পিবা ঙমদ্রে। হনুবী হায়না কৌরম্লগা লৈমায়দা হায়থখ্রে. থরো থরো ওল্লে। মদু উবদা হনুবীনা হেন্তাক অদু খরা মৈদা লৌরগা য়েন্নদুনা চামিন্নরে। লেংবা খবদি ফরে। মমৈথংদা খঙলে. মখোয়না অফুৎপা পানশিংদু চাথোক্লগা লম্পান ফুক্লুনা থাজিল্লম্বা তারে। হনুবা হনুবী অনী অদু শাউনিংবনা লুতোল কাখে।

ঙসিদি খংগনি, য়োংনাউশিং মকোক্ থুগাইগে, মথল্লায়্ লৌগে।

নহাক্ ঐ শিরে হায়্না তেংথাদুনা কপ্পু, নঙ্না কপ্পা তারগা য়োংনাউশিং হংবা লাক্কনি। য়োংনাউশিং লাক্লগা ঐবু শুমাংদা খরা পুথোক্পীরম্মু হায়্যু। অসুন্না অয়ুক্কী মতম্ হৌখিদুনা নুংথিল্ ওইরক্লবদা হনুবনা " হনুবী ঐ শিজিন্নরগে, ঐগী ইনাক্তা চঙ্লকপা মতম্ অদুদা ঐ চৈতুপ্না ফুদুনা য়োংনাউশিং অদু হাৎকে।" অসুন্না হনুবা হনুবী অনীদু ল্লাতান্নরে। হনুবা অদু লময়াইদা হিপ্তুনা শিজিন্নদুনা লৈরে। মনাক্তা চৈতুপ্ অমদি থমই, হনুবীনা হনুবগী খুয়াদা ফমদুনা তেংথাদুনা কপ্লকই।

"হা হনুবা, নঙবু পাম্মুইদকো ঐনা,

হা হনুবা,

পান্ চাদুনা শিখিবা,

মাইরেল্ চাদুনা হল্লকউ, ও-ও-ও!"

অসুন্না হনুবীনা তেংথাদুনা কপ্পা তারদুনা য়োংনাউশিংনা করি তৌরবগে হংবা লাকই। য়োংনাউশিং লাক্লগা হনুবী অদু কপ্পা হেন্গৎলক্লে। য়োংনাউশিং অদু ইমুংদা চঙলক্লুনা "হা ইবেন! করি তৌরবগে করিগী কপ্লিবনো"? হংলকপা য়োংনাউশিংগী ল্লাদু তাবদা হনুবীনা কপ্লা কপ্লা "ইশুশিংনা তাকপা মতুং ইন্না পান অদু থাবদা পান্দোং চাউনা ফজরবা পান পাম্বী ময়াম হৌই। অদুদগী পান মকা অমা থোংবা চাবুবদগী মবুক্ পোক্খায়্দুনা শিরে। ইবেনদি অহল ওইরক্পনা পাঙ্গল্ শোল্লে. নপুবু মপান্দা থাংদোকপা ঙমদ্রেদো। নখোয় ময়াম্না অশিবা নপুসি শুমাং ফাওবদং থাংদোকপীরম্মু। হনুবীগী ল্লাদু তারগা য়োংনাউশিং অদু ইপু কৌদুনা কপশিন্নবা হৌরক্লে। ঙহাক কপ্লগা য়োংনাউশিংনা শিজিন্নরিবা হনুবা অদু শুমাংদা পুথোক্কদবগী পায়দুনা থাংগৎকে হেক তৌবদা হনুবা অদু ফুক হৌগৎলকই। তাঞ্জা অদুদা হনুবনা "হনুবী থোঙ গ্রম" হায়রকপদা হনুবীনা থোঙ লোনাশিনখ্রে। হনুবনা চৈতুপ অমা পায়রদুনা যোংনাউশিংদুবু লোইনা ফুদুনা হাৎতোক্লে। অশিংবা যো"নাউ অমখক্তি মরাইবক ফবদগী ফকলাং অহোবদা লিৎথোক্লুনা চেনখিরম্মী। য়োংনাউ অদু চৎখিদুনা যোং খুল্লাকপদা তম্লুরে। য়োং খুল্লাক্পনা য়োংজাউ ময়াম পুদুনা হনুবা হনুবী হাৎলুসি হায়দুনা লাক্লে। য়োংজাউ তেঙ্গোল অমা লাকপা উবদা হনুবা হনুবী অনী অদু কিমনখিদুনা অচৌবা খবুং অমগী মনুংদা লোৎলম্মী। য়োং ময়াম্না ইমুংদা চঙলক্লুনা হনুবা হনুবী অনী অদু থিবা হৌরক্লে। খরনা য়ুমথক্তা কাখক্তুনা

য়েংই, খরনা কাংখদা চঙ্দুনা থি। মমৈথংদা য়োংজাউশিংনা থিবা ফংদ্রবদা ইমুংগী কাচিন্দা হনুবা হনুবী অনীনা লোৎতুনা লৈরিবা খরুং অচৌবা থেংনরুরে। খরুং অসিগী মনুংদা লৈরম্বা তারে খন্দুনা য়োং ময়াম্না খরুং অদু চিংবা য়াও, পম্বা য়াও, থাংবা হৌখ্রে। শরক্ অদুদা খরুং মনুংদা লৈরিবা হনুবা হনুবী অনী অদু লোন্না ৱারী শাবদু য়োংশিংদি লাংমনখিবনা তাখিদে। ঙসাই পান্ অরেংবা চারুবদগী মপুক নুংঙাইত্রমাল্লে, হনুবী অদু নুংশিৎ খায়নিংলম্মী। "হনুবা মোই খিত্তং থোক্কেবা ?" হনুবনা "হৌনা থোক্কনু তাখিনি।" হনুবীনা মখোল পিক্না পিং লাওনা থোকলম্মী।" হনুবনমুক "হনুবী মোই খিত্তং থোক্কেবা ?" হনুবীনা "হনুবা হৌনা থোক্কনু" পাওমৈন্নে। হনুবানা মখোন হৌহন্দনা নুংশিৎ খাইদোক্কদগী হোৎনবদা য়াদদুনা "বোঙ" লাওনা মখোল হৌনা থোক্পদগী খরুং কায়দুনা মচেৎ মচেৎ পাযথোক্লম্মী। পায়থোরক্লিবা খবুং মচেৎনা য়োংজাউশিংদুদা থাবদা মকোক কাযবা য়াও, মমায় কায়বা য়াও, মখোঙ্ তেক্পা য়াও, য়োংজাউশিং অদুনা শিবা তারে খন্দুনা মমৈ থাঙ্গত্তুনা চেনখি। অসোমদনা হনুবা হনুবী অনীনা খরুং মনুংদা থোক্খিবা মোইগী মখোল্না হৌমনখিবনা কোনুংদা পুন্দুনা লৈরিবা নিংথৌগী শামু য়াইশা অঙাওবা অদুসু খঙ্দুনা থৌরী থদৎতুনা কৈথেললোমদা চেনখি। শামু য়াইশা অঙাওবা অদু উবদা কৈথেল্গী মীয়াম নুপী অঙাং পুন্নমক কিদুনা কোয়চেল চেন্নখি। অসিদগী লৈবাক মীয়াম্না

"মোই পোৎ- থোক
শামু থৌরী পৎ-তৎ
কৈথেল ৱা কায় "

খোম্লোক অসি থোকখি। অদুদগী হনুবা হনুবী অনী অদু অমুক্ হন্না পান থাবদা পান্দোং চাউনা হৌরে, থোংদুনা চাবদা লেংদ্রে। হনুবা হনুবী অনীদুনা চাবদগী লেম্বা পান অদু হনুবীনা য়োল্লগা শেল য়াম্না ফংদুনা হনুবা হনুবী অনীদু চাবা থকপা ৱাৎতনা নুংঙাইনা পান্খি ।❑

# হৌদোং লম্বোইবা অমসুং পেবেৎ

থায়না মমাঙঙৈদা য়াম্না মরৌ চাউবা হৌদোং লম্বোইবা অমা লৈরম্মী। মানা লৈরিবা খুল্ অদুগী চিদাইদা মোংশোঙ্ অমা লৈরম্মী। মোংশোঙ্ অদুদা খোঙনাং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী। খোঙনাং পাম্বী অদুগী মতোন্দা মতম্ কুইনা পুন্সিরবা পেবেৎ মতৈ মনাউ মকোন শাদুনা লৈরম্মী। মকোন মনুংদা পেবেৎ মতৈ মনাউনা পিক্লিবা মচা মরি কোন্দুনা লৈরম্মী। হৌদোং লম্বোইবা অদু নোংমা নুমিদাং ৱাইরমদা খুল অমদা চৎকে খন্দুনা লাকপদা লমখাংদা নুমিৎ তাথোকখিদুনা খুল অদুগী চিদাইদা হৌরিবা খোঙনাং পাম্বী অদুগী মখোঙদা থুংখ্রে। হৌদোং লম্বোইবা অদু ঙসি অহিং অসিদি খোঙনাং মখোঙসিদা লেক্লগে খন্দুনা খোঙনাং মনা খরা খোমজিল্লগা হিপ্পুনা তুমখ্রে। নোংঙানগদবা ঙহাক্ ৱাংলিঙৈদা পেবেৎ লাবা অদু মিকপ থোক্লকই। খোঙনাং মখোঙ্গা হৌদোং লম্বোইবনা নাখোকুনা তুল্লিবা মখোলদু পেবেৎ লাবনা তাবদা মহাক্ কিবনা মিপাইরে। ঙসি অসি করি থোক্লগবা খন্দুনা মথম্মোই ৱারে। মচা কোন্দুনা লৈরিবা পেবেৎ অমোমদা পেবেৎ লাবনা মখোল্ তপ্পা পিক্লা হৌদোক্লকই। ''পেম্মা নঙবু তারিব্রা ? নোংঙাল্লে, মিকপ্ থোক্লো তুল্লগনু হৌগৎলো। ইচাশিংদু কপহনগনু নিংথিনা কোন্শিল্লু। ঐখোয়না লৈরিবা খোঙনাং পাম্বী অসিগী মখোঙ্গা হৌদোং লম্বোইবা অমা ঙসি অহিং লাক্কুনা থুংলরে। ঐখোয় লৈ হায়বসি মহাক্লা খঙলবদি ঐখোয় ৱাগনি। ঙসিদি ঐ ইতোমতা কোইনা চত্তুনা ইচাশিংগী চানবা থিবুগে। নঙদি ইচাশিংসি চেকশিন্না কোন্দুনা ঙাক শেন্দুনা লৈরম্মু।'' অসুন্না পেবেৎ লাবনা অমোমদা পাওমেল্লল্লগা পেবেৎ লাবদু মচিঙ্গাক থিবা পাইখ্রে।

হৌদোং লম্বোইবদি ঙসাই পেবেৎ লাবনা অমোমদা পাওমেনবা মতমদুদা মিকপ থোক্তুনা ৱাশিংদু শিং শিংনা তারম্মী। ঙসি অহিং মঙদা শঙোম্ চফু অমা কায়দুনা মবুক থন্না থক্লম্মী। মঙনা মঙ নুংঙাইবনে,

পেবেৎ লাবগী ৱাদু তাবনে হৌদোং লম্বোইবা অদু নুংঙাইবগী ঙম্খে লৈখিদে। করম্ তৌরগা পেবেৎ মচাশিংসি অমতং চাশিগে ৱাখল্ তৌরকই। হৌদোং লম্বোইবা অদু তিংলি য়াংলিদুনা হৌগৎলকই। ফত্তবদা লৌশিং চাউবা হৌদোং লম্বোইবনা পেবেৎকী মরাল থিরগা চাগে থন্দুনা পেবেৎ অমোমদা য়েংলগা "হা পেবেৎ ! ঐগী ইশক ইচু অসি কয়ামুক্ ফজৈ হায়য়ু"। হৌদোং লম্বোইবগী ৱাহংদু তাবদা পেবেৎ অমোম্দু কিবনা মশাদু থক থক নিক্লে। খুমদ্রে শাউগনি, খুম্লে করি খুম্গনি, থনবদা অৱাবা অমা ওইরিঙেদা । হৌদোং লম্বোইবনা শাওনা অমুক হন্না কৌরকই। "হা পেবেৎ! নঙনা খুমদবদি করিগীনো ?" পেবেৎ অমোম্না হৌদোং লম্বোইবগী ফত্তবা লৌশিং মচাশিংদু চানিংবগী মতৌদু খঙলে। হৌজিক ঐনা তথি তথি হায়রুবে ইচাশিংসি চাখিবা তারে। ইচাশিংসি পাইবা ঙম্দ্রি ফাওবদি থন্দুনা পেবেৎ অমোম্না তাত তৌরে। "অয়োঃ অয়োঃ ইবুংঙো। ইচা শুম্বা লাক্লরিঙেদা খুমজবা ঙমহৌদ্রে ৱারোবা তৌবিগনু। ইবুংঙোগী শক্সিদি করিদবু পান্দম্লসিগে! ফৌ শঙবাই অচোবা ঈশিং পুন্ অথনবা . ঙারী পরেং অচুম্বা, ৱারক্কী তয়াল্ অঙাঙবমুক্ ফজৈ, ইবুংঙো!" হায়্না খুম্মে। মদু তাবদা হৌদোং লম্বোইবা অদু হরাউবগী মতোন লোমখি। মোমোন তৌরগা "নঙগী নচাদি কয়ামুক্ চাউরে।" পেবেৎনা "চাউদ্রি ইবুংঙো পিশক পিক্লি, ঙাংশং ঙাংলি।" হৌদোং লম্বোইবনা "ফৈ ফৈ নচা চাউনবা য়োকউ" হায়রম্লগা শাউবা য়াদদুনা তোক্লে। মাগী খুল্দা অমুক চত্নুনা চান-থক্নবা থিদুনা লৈখ্রে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা হৌদোং লম্বোইবদু অমুক্সু লাক্লে। পেবেৎ কৌদুনা চংলকই. "হা পেবেৎ! পেবেৎনা "অয়োঃ অয়োঃ ইবুংঙো।" হৌদোংনা "ঐগী ইশক অসিবু কয়ামুক্ ফজবগে ?" হায়যু তাগে। পেবেৎনা "ফজৈ ফজৈ ইবুংঙো।" হান্নগুন্না খুম্লবদা , হৌদোং লম্বোইবনা "ফৈ ফৈ" হায়্দুনা চৎখি।

অসুন্না নুমিৎ খরনি লৈরা লৈরগা হৌদোং লম্বোইবদুনা পেবেৎ অমোমদা ৱাহং কয়া হংঙি, মচা চানবা। পেবেৎ অমোম্ , হৌদোং লম্বোইবনা হংলকপা ৱাহংগী পাউখুম্ মতিক্ চানা পীরক্পদুদা হৌদোং লম্বোইবদু শাউবা য়াদদুনা নিংবা কায়্না হেক্ হেক্ হনখি।

অসোমদা পেবেৎ মচাশিংদু চাউবা কাঙদোং ফারক্লুনা পেবেৎ মপীনা মচাশিংদু পুথোক্লুনা উতোন অমদগী উতোন্ অমদা ৱাতোন্ অমদগী ৱাতোন্ অমদা পাইবা তম্বীরে। মচাশিংনা পাইবা ঙম্লবদা পেবেৎ লাবা, অমোম্দু হরাউরে।

নোংমা পেবেৎ লাবা, অমোম্না মচাশিংদা য়েংলগা ইচাশা হয়েং হৌদোং লম্বোইবনা হংলকপা মতমদা ইমানা, "ইচাশা ফ্রং" হায়্না হায়বদা উতোন লান্না পাইগদবনি। অসুন্না পুকমেল পাওমেলখি। পেবেৎনা হৌদোং লম্বোইবগা খৎনরগে হায়বসি পুক্লিংদা চপ্ য়ুংনা থনখ্রে।

মথং নুমিৎ খরনি লৈরগা হৌদোং লম্বোইবদ্ অমুক্ লাক্লে। পেবেৎতা য়েংলগা "হায়! পেবেৎ ঐগী ইশক্ ইচু অসি কয়ামুক্ ফজে। পেবেৎনা অমুক্তং থিনা চৈরকপ্পু, "ও হৌদোং লম্বোইবা শক্থিবা মিৎলাওবা, চফু অমুবা মানবা, ঙারী হুরান্না চাবা লম্বোইবা, মিৎচোৎপা, শক্সিন্সু ফজব্রা ? হায়্দুনা হংজসারিনে, হৌদোংনা ফজদুনা কয়াম্ ফজনি, নপাসু হৌদোং, নপুস্ হৌদোং, হৌদোংগী হৌদোং।" থিনা চৈরকপা অদুদা হৌদোং লম্বোইবদুনা শাউদুনা "করি হায়বা পেবেৎ, লৈরম্মু খঙ্গনি, ঙসিদি নখোয় লোয়না হাৎলগে।" হায়্দুনা খোঙনাং পাম্বীদুদা কাখৎখ্রে। তাঞ্জাসিদা পেবেৎ মমানা "ইচাশা ফ্রং" হায়রকপদা মচাশিংদা হান্না মমানা তমবীদুনা খঙলবনিনা মমাগী মতুং ইন্না ৱাতোন্ তন্না ফ্রং পাইখ্রে। পাইবা হৈবোই হৈতবোই তৌবা পেবেৎ মচা ইতোন তোনবদুদি পাইখৎপা নংহৌদ্রে। হৌদোং লম্বোইবদুনা চোংশিনদুনা ফাখ্রে। মচা অতোম্বা ফাখ্রবদা পেবেৎ অমোমদু লম লাপ্না পাইবা য়াদদুনা ৱাতোনদুদা তোংদুনা লৈরে। হৌদোং লম্বোইবদুনা পেবেৎ মচাদু মখুৎনা পায়রগা " খঙনিদো ঙসিদি চারগেদো" মতিল কুৎ কুৎ য়োত্তুনা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা, ৱাতোনদগী পেবেৎনা লৌশিং তৌদুনা হায়রক্ই। "অয়োঃ অয়োঃ ইবুংঙো।" হৌদোং লম্বোইবনা"করিনো পেবেৎ?" "ইবুংঙোনা ঐগী ইচাদু চাদৌরিবনিনে!" হৌদোংনা "উম চাবদৌনি" পেবেৎনা "ঐখোয়না নঙগী চান্নবগীদমক্তা মপাঙ্গল্ শোন্বা ইচাদু থরল্লবনি। অদুগা পেবেৎ ঐখোয়বু চাবসিদি য়াম্না লুবনি, চাবা হৈত্রবদি হাউতবনি।" হৌদোং লম্বোইবনা "অদুদি করম হায়্না চারবদি হাউগদগে হায়যু তাগে! পেবেৎ অমোমনা "অদুদি অসুম্ হায়না তৌবিরো, চাদ্রিঙৈদা ঈশিংদা ফজনা ঈৰুজথোক্পিরগা নখুবাক্তা হাপ্তুনা নুংশাদা ফৌদোকপিরো; মতু কংলকপদা মাশা অনী খিংদুনা মতোমতা নিক্লক্কনি। মতম্ অদুদা নুমিত্তা কৎলগা চারবদি ওম্লোক্লা হাউগদৌপোৎনি।"

পেবেৎ অমোম্গী ৱাদুদা হৌদোং লম্বোইবদুনা থাজরে। খোঙনাং মতোন্দগী মখোঙ তান্না পেবেৎ মচাদু পুথরক্লগা ঈশিংনা পেবেৎ মচাদু ফজনা ঈরুজবিরে, হৌদোং লম্বোইবনা পেবেৎ মচাদু মখুবাক্তা হাপ্লগা নুংশাদা ফৌরে। নুংশাগী মৈশা ফংবদা পেবেৎ মচাদু মশা তেকখৎলক্লে। মদু উবদা

হৌদোং লম্বোইবদু চানিংবনা মতিন্ কুৎ কুৎ য়োৎলে। মতু মমান্ খিংলগা হাউনা চাগে খন্দুনা পেবেৎ মচাদু পায়রগা,ঃ-

"তিং তিং চাউরো
নুমিৎনা কারিঙৈ কাহৌরো
থবীনা ৱাংলিঙৈ ৱাংহৌরো
নপা মচুম্ তারো
নপু মচুম্ তারো
তিং তিং চাউরো।"

হায়দুনা হেক্ হেক্ হুন্গৎলে। হুন্গৎপগী তাঞ্জাদু য়েংলগা পেবেৎ মমানা "ইচা তোম্বা ফ্রং" হেক হায়রক্পদা হৌদোং লম্বোইবগী মখুবাক্তা মথী পেৎ লাউনা চিৎথোক্লগা ফ্রং লাউনা পাইখি। হৌদোং লম্বোইবনা "ইহে পাইখ্রে, পাইখ্রে, লাক্চৈদা!" হায়রগা শাউনিংবদি, শাউনিংবা শাউবা য়াদদুনা পেবেৎ মচাগী মথী অদু মুন্না শংত্রিক য়েংলগা ওম্লোকপনি, ওম্লোক্লসু পংখ্রেদা ঐসি হায়রগা পেবেৎ মচাগী মথীদু শৎ লেকশিল্লি। "আঃ মথীমক্তা অসুক্ হাউর'সিনদি মশা চারবদি কয়াদা হাউরমগদবা!" অসুন্না হৌদোং লম্বোইবদু তকসি শোন্দুনা মখুবাক অদু হন্না হন্না লেকই। পেবেৎনা "হৌদোং লম্বোইবা অপঙবা! চানিংমল্লবদি লেক্লুনা তোকপনি।" হায়না করেম্লগা পেবেৎ লাবা, অমোম মচাশিংগা লোয়ন্না অরাম্পা মফম অমদা পাইখিদুনা অৱাংবা ঊগী উতোন্দা মকোল্ শাদুনা নুংঙাইনা পানখি।।❑

# ইতা থাউমৈ

থাযনা মমাঙঙৈদা খুল অমদা য়াম্না শূ-নোম্বা কনবী হনুবী অমা ময়ুমদুদা মতোমতা লৈরম্মী। মহাক অয়ুক্ নুংথিলদা খ্বাংগী ফি শাই। নুমিদাংদা অহিং অথেংবা ফাওবা তুমদবমখৈ মোইথাপ হেক্ হেক্ নাই। অসুন্না নুমিৎ খুদিংগী লেপ্তুনা শুরক্পনা মরল মথুম্ মরাং কায়রে। মরমদি শূবা নোম্বনা হেনবা চাবীনবা শরুক্তি মতোম্তা চাবনিনা নোংমা নোংমগী শেল থর থর তুংশিনবনা অৱাৎ অপা লৈতবী ইনাক খুন্বী হনুবী ওইরক্লে।'' মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবনিনা'' খুল অদুদা ইনাক খুনবী হনুবী হায়না মমিং চৎপা হৌরক্লে। খুল অদুদা লৈবা হুরানবা অমগী মনাকোংদা পাউ অদু তারে। হুরানবনা হনুবীগী মপোৎ মচৈশিং অসি করম্না হুসিগে ৱাখল্ তৌরক্লে।

নোংমা থামম্বা থাশিগী সন্ধ্যাদা হুরান্বা অদু ফিমু শেত্তুনা হনুবীনা লাই খুরম্মীঙৈদা য়ুমদা লোন্না চঙলক্লগা.ইমুং লময়াইদা মখোঙ পানবা থাউমৈ অমা থাল্লিবদুগী মবুমদা থুপতুনা লৈখ্রে। মোইথাপ নাইরিবী হনুবী অদু তুম্বা ঙায়দুনা লৈরে। হনুবী অদুদি মোইথাপ্ নাইবদা মপুক্লিং চঙখিবনা থাউমৈ মখোঙ লোৎলিবা হুরানবা অদু হনুবীনা খঙলমদে। অহিং থেংলবা মীচিক্ মীরাওখোল তাদ্রবা মতম্ অদুদদি হুরান্বা অদুনা শ্বর হোন্বা লেংলকপা শহুম্ ফংবদা হনুবী অদু হুরানবা চঙলে হায়বা খঙলে। অদুবু হনুবী অদু খঙশিন্নদনা অদুমক মোইথাপ্ নাইদুনা লৈরে। ঙসি ঐগী ইমুংদা চঙলক্লিবা হুরানবসি মতৌ করম তৌবগা হুরান্বসি ফাসিগে, মোইথাপ্ নাইনা নাইনা ৱাখল খনবা হৌরক্লে। ঐদি ইমুংসিদা ইতোমতা লৈবনি, অদুদগী অহল ওইবগী পাঙ্গল শোল্লবী হায়বদু ওইরবা। ঐনা কৈরোয় লৈকাইগী মী তানবা কোয়লাউ লাউবুরে ঐবু মানা হাত্তোক্লমগনি। করম্ তৌসিগে খন্না খন্না মোইথাপ্ নাইবদি মখুত্তো খক্ লেপখিদে। লৌশিং শিংবী হনুবীনিনা লৌশিং অমা লাক্লে। থাউমৈ অসিদা ইতা হায়না কৌরগা ৱা ঙাংনরগে খল্লে, অদুনা থাউমৈদা ওনশিল্লগা

"ও! ইতা থাউমৈ!
ইতা থাউমৈ!
ইতা থাউমৈ!"

হায়না অহুমলক হন্না কৌরে, থাউমৈনদি খুল্লকপা হৌনরা ? খুল্লক্কে, হনুবীনা অমুক্ হায়রক্‌ই "ঙসিদি ইতা করি তৌরে খুমদ্রবদি ? নিতি নুমিৎ খুদিংগীদি ঐনা কৌবদা করি হায়বগে ইতা হায়না হেক্তা খুল্লকপদাই ঐনা তুম্নিংলবা মতমদসু ঐখোয় অনী ৱারী শাদুনা মতম্ লেল্লিবনি. ঐনা তুম্নিংবা কোঙ্গাই কোক্লিবনি। ঙসি ঐনা কৌবদা ইতানা খুম্‌দ্রিবা অসিবু ঐগা ঙাংনখিবা অদুগী মতুং ইন্না হুরানবা চঙ্‌লদুনা খুমদ্রিরা ?" হনুবীগী ৱাদু তাবদা থাউমৈ মখোঙ মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবা হুরানবা অদুনা ৱাখল থল্লক্‌ই। "নুমিৎ খুদিংগী হনুবীগা থাউমৈ অসিগা ৱারী হেক হেক্ শান্নবরে।" ঙসি ঐনা মাগী মনাক্তা লোত্তুনা লৈবসিদা ঐবু ইকাইদুনা খুমদবা ওইরমগনি। থাউমৈ অসিনা অসুম খুমদনা লৈরবদি হনুবীগী মপুক্লিংদা হুরানবা ঐ লৈরে. হায়না খঙখিবা তারে। হন্দক হনুবীনা অমুক্ হন্না কৌরক্লবদি থাউমৈনা খুমদ্রবসু ঐনা থাউমৈ শাদুনা হেক্তা খুল্লগে হায়না ৱাখল্ খনখ্রে।" হুরান্‌বদু হনুবীনা অমুক হন্না কৌরকপা ঙাইদুনা তুমিন্না লৈখ্রে। ঙহাক্ লৈবগা হনুবীদুনা হান্নগী অদুগুম্না "হা ইতা থাউমৈ!" হায়না অহুমলক্ কৌরক্লে। হনুবীনা ইতা থাউমৈ হায়না হেক কৌরকপদা থাউমৈ মখোঙদা লুপ্লিবা হুরানবা অদুনা খুম্মী "করি হায়বগে ইতা" মখোন চাউমল্লে খন্দুনা অমুক মখোন্ পিক্লা খুম্মী। হুরানবা অদুগী পাউখুম্ অদু তাবদা হনুবীগী মপুক্লিং নুংঙাইরে, ঙসিদি হুরানবা অসি লায়না ফাবা য়ারগনি থল্লে। হনুবীনা "ইতা ঐনা ঙসাই কৌবদা খুল্লক্লবদি নঙবু তুমলুররা?" হংলক্লবদা থাউমৈ মখোঙ্‌দা লৈরিবা হুরান্‌বা অদুনা " ঐ তুম্নিংদুনা ঙহাক উইবুরে, ইতানা কৌবা তাহৌদ্রে" খুল্লক্‌ই। হনুবীনা ঙসিদি ইতা ঐসু য়াম্না তুম্নিংলে, অদুবু ঐনা মোইথাপ নাইরিবা অসি লংদুম্ মপুং ফাদ্রি-ফাওবা ইতাগা ৱারী শান্নসি। নঙসু তুম্নিংদনবা ঐসু তুম্নিংদনবা ইতা ঐ ৱারী অমা লিরক্কে পুক্লিং চঙনা তাউ। হনুবীগী ৱাদু তাবদা হুরান্‌বনা "লীবিয়ু ইতা তাজগে" খুল্লক্‌ই। "অদুদি ইতা ৱারী হৌরগে তারো।

থায়না মমাঙ্‌ঙৈদা খুল্ অমদা হনুবী অমা মমিৎ নামা উদবী মনা নামা তাদবী অশোন্‌বী অমা লৈরম্মী। হনুবী অদুগী মনাক্তা থাউমৈ অমা ঙান্না থাল্লম্মী। থাউমৈগী মৈঙাল্ অদুদা মহাক্ ঐগুম্না মোইথাপ্ নাইরম্মী। মোইথাপ নাইনা নাইনা হনুবী অদু তুম্‌নিংবনা উইরে, মমৈথংদা তুম্‌থখ্রে।

হনুবী অদুগী মমঙদা মাগী ইমুং অদুদা হুরানবা অমা চঙ্লক্লে। হুরান্বা অদুনা হনুবী অদুগী লৈজবা কোল-লিক্, মফি মরোল্ অদু য়োম্শিল্লগা পুগদগী থৌরাং তৌদুনা লৈরিঙৈদা তুম্লিবী হনুবী অদু মিৎকপ থোরক্লে। হনুবী অদুনা লৈকাই তানবা "হো লৈকাই লৈকাই ঐগী ইমুংদা হুরান্বা চঙলে, হুরান্বা চঙ্লে" হায়না ৱারী লিবগী মওংদা হনুবী অদুনা মানা হেক্ ঙম্জবমখৈ হন্না হন্না লাউরক্লে। হনুবী অদুগী মখোন্ তাবদা লৈকাইগী য়ুম্লোন্নবা মীয়াম্ চেল্লক্কুনা হনুবীগী য়ুম্ অদু কোইশিল্লগা ইমুংদা থাউমৈ মখোঙ্ মরুম্দা ফিমু শেত্তুনা ৱারী তারিবা হুরানবা অদু মীয়াম চঙ্দুনা ফারে। মপাঙ্গল শোল্লবী হনুবী অদুগী মরৌশিংনা মপাঙ্গল্ কল্লবা হুরানবা অদুবু লায়না ফাখি। হুরানবা অদু লৈকাই মীয়াম্না মখুৎ পুল্লগা অঙম্বগী মফম্দা মতিক্ চাবা চৈরাক্ পীনবা পুখি। পাউ অসি তাবদা লৌশিং শিংবী হনুবী অদুবু মীয়াম্না থাগৎনখি।❑

# অপঙ্‌বা মনাউ

থাম্না মমাঙঙৈদা লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। মাগী মচা নিপা অনী পোকই। অহল অদুদি শিংই, অতোম্বা অদুদি য়াম্না পঙই। অদুনা লৈকাইনা মাবু অপঙ হায়না খঙনৈ। মনাউ অতোম্বা অপঙ্ অসি ময়াম্ববু য়াম্না কিনা চৎচবা মীওই ওইবনা ময়াম্বনা হায়বা ইল্লি। মমা লুখ্রাবীনা মচা অনীবু চাউনবা য়োক্লকপনা পাখং ফারে, মমা অদুদি য়াম্না শোক্সিল্লক্লে। ইমুংগী থবক শু-নোম্বা ঙমশিল্লক্তরে। অদুনা ময়াম্বনা ইমুং মনুংগী থবক শু-নোম্বা লোইরল্লগা লৌবুক্তা লৌ শুবা চৎলি। মনাউ অপঙনা মমা অনাবী অদু শঙঙি।

নোংমদি ময়াম্বনা মনাউ অপঙদা য়েংলগা হায়রকই। "ইবুংঙো। ঙসিদি ইয়াম্বা লৌবুক্তা কুমলুগে লৌ য়েংলুগে, অদুনা নহাক য়ুমদা লেঙদনা লৈরম্মু। অদুগা নুমিৎনা ৱাতোন য়ৌরকপা মতমদুদা ষণ অসি শজিক ফাবা মফম য়েংদুনা পুন্থোক্লম্মু, অদুগা অনাবী ইমাসি ঈশিং অশাবা লুম্বিরগা খুদেংদা হৈরগা সুমাংদা ঈবুজথোকপিরম্মু। অসুন্না শিন্নরল্লগা ময়াম্বা অদু লৌবুক্তা চৎখি।

অপঙসু ময়াম্বনা হায়রম্বা থবক্‌শিং অদু পাংথোক্লগে খন্দুনা নুমিত্তা য়েংদুনা লৈরে। ঙহাক্ লৈরগদি নুমিৎনা অসুম অসুম কাখৎলক্তুনা ৱাতোন য়ৌরক্লে। অপঙনা তাদনা হায়রম্বা মতম য়ৌরে হায়দুনা শঙ্গোন্দগী ষণ অদু থৌবী অকনবা অমনা মঙক্তা কন্না লাক্‌শিন্দুনা চিং চিংদুনা পুরক্লে, মনা পুঙবা ৱা-পাম্বী অদুদা প্রপ প্রপ কাখৎলগা ৱাতোন অদু লামথদুনা ষণ অদু পুশিল্লে। মানা পুল্লিবা ৱাতোন অদু থাদোক্‌পদদি ৱাতোন অদুনা হাইগৎখিদুনা ষণ্ অদু নোংথক্তা থরাক থরাক্ য়াল্লগা মখোঙ্ ফ্রং ফ্রং কাওদুনা শিরে। অপঙনা তাদনা হায়রম্বা থবক্ অমদি লোইরে।

মথংদি ইমা ইবুবিনবা থৌরাং তৌবগে খন্দুনা ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙলগা

মৈ থাগৎলগা ঈশিং শাহল্লে। মৈ অদু মৈচাক্ ফনা থাগত্তুনা ঈশিং অদু ব্রোং ব্রোং হেক্ শৌবমখৈ শাহল্লে। ঈশিং শারে ইমা ইরুবিবা য়ারগনি খন্দুনা খুদেং অচৌবদু লৌথোক্লগা শুমাং মচিদা চু হৌরিবা অদুগী মনাক্তা থল্লুরে। অদুগা অমুক্ মমা অনাবীদু পল্লগা থাংদোরক্কুনা খুদেংদা ফম্‌হল্লে। ইমুংদা অমুক্ চঙ্‌লক্কুনা ব্রোং ব্রোং লাউনা শৌরিবা ঈশিং অদু পুথোক্লক্লগা মমাগী মথক্তা হৈথরে। অনাবী অদু ঈশিং অশাবগী মৈশাদু থাঙবা ঙম্‌দদুনা ময়া কাদুনা মমিৎ ওনখৎতুনা খুদেং মপান্দা ঙাথদুনা শিরে। মমাগী মতৌ অদু উবদা অপঙনা ইমাসি চু লোমদা ওনশিন্দুনা ময়া কাদুনা লৈরিবা অসি চু চানিঙলমানে খন্দুনা মমা অশিবগী ময়া কাথোক্লিবা অদুদা হৌরিবা চু অমা য়াল্লগা মকু খোক্লগা ময়াদা ইনশিল্লে। অপঙনা ময়াম্বনা হায়বম্বা থবক খুদিংমক পাঙথোক্কে হায়না হরাউনা লৈরে। ঙহাক লৈরগা ময়াম্বা অদু লৌবুক্তগী ব্রানা হুমাং তানা নিংশা মপী ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা কাবকপনা ময়ুম য়ৌরক্কে। মনাউ অপঙদা য়েংলগা ইবুংঙো ইয়াম্বনা হায়রম্বা "বকশিং অদু লোযনা পাঙথোক্লব্রা" হায়না হংবদা মনাউ অপঙনা তাদনা হায়রম্না থবকশিং অদু অমত্তা চিৎথদনা তৌজরে। নুমিৎনা ব্রাতোন হেক য়ৌবকপদা যাণ অদু বাতোনদা পুক্লবে। য়েংঙু তাদা হৌজিক ফাওবা আদা য়াল্লি, হায়দনা খুদোংগী খিন্দনা তারে। মনাউ অপঙগী বাদ্ তাবদা ময়াম্বনা যেংথোকখিবদা যাণ অদু বাতোনদা থরাক থবাক য়ান্দুনা লৈবিবদু উবদা ময়াম্বনা "ইস! মাঙলেদনা যাণ অসিদি শিরেদনা ওইজোকপনিদা।" নুংশাখিদুনা "ইমা কদায়দা লৈবগে হন্দদা মনাউ অপঙনা "তাদনা হায়রম্না ইমাবু ঈশিং অশাবনা ইবুনিযু হায়বদু এনা ইপুজবিবদা নংঙাইরমাল্লে হরাউবনা ফ্রিং ফ্রিং হেক চোংঙি। অদুদগী ইমাদ চু চানিংনাউ হায়দুনা হৌজিক ফাওবা খুদেংদা হেক্ ঙাবদুনা চু চাবিবসিনি হায়না হায়রে। ময়াম্বনা "কাঁর বানোনে নঙনা হায়বিবসিনু" হায়রম্লগা মমা তম্না প্রপ প্রপ চঙদুনা যেংবদা খুদেং মথক্তা মমা অদু শিদুনা লৈরম্লে. "ওজোকপনিদা! এগী ইনাউ অসি ওজোরকসু পঙখেদা" হায়রগা মমা কোন্দুনা কপ্লক্রে। ময়াম্বনা কপ্পা উবদা অপঙসু মমা কোন্দুনা কপখি। ময়াম্বনা ঙহাক ব্রাখল তৌরগা হায়রকই, "করম্দি তৌগনি এগী হরাওবকনি. ইমাসি পোৎলোইনবা পোৎলোইফম শেম্লবা" হায়দুনা মনাউ অপঙদা খৌদারে। মনাউ অপঙসু ময়াম্বনা হায়বা, মমাগী পোৎলোইফম শেম্লবা যোৎপাক অমা পাযবগা লাকই। অপঙনা মমাগী পোৎলোইফম শেম্লিবনি হায়দুনা মখোয লৈকাইগী যণ কাথোক্ কাশিন লম্বী ময়াইদা কোম অমা চাওনা য়াম্না লুনা তৌরে। হরাউ

হরাউ ময়াম্বনা হায়বা, মমাগী পোৎলোইফম্ শেম্বা লোইরে হায়দুনা ময়ুম্দা কারক্লে।

অসোমদনা (সন্ধ্যা) নুমিৎ তারম্দাই ষণ্ কারকপা মতম্ ওইরদুনা খুল্ অদুগী ষণ্ পুন্নমক মরী মরী কারকপদা অপঙনা তৌরম্বা কোম অদুদা তাদুনা ষণ অয়াম্বা শিরে। শঞ্জেন্নহাশিংনা ঙসাই অয়ুক্ ঐখোয়না লাকপদদি কোম অসি লৈহৌদে। হৌজিক্ লৈরম্লিবা অসিদি নৌনা কোম অসি তৌরম্বা ওইবা তারে। মসি তৌরিবা নিপা অসি হান্না থিগত্তবা যাদে হায়দুনা থিনরকপদা কোম্ অদু অপঙনা তৌরম্বা ওইরম্লে। থোক্লিবা থৌদোক অসি লৈকাইগী অহল-লম্মন্ তাক্তুনা খুল অদুগী মীয়াম্ তিল্লে। ময়াম্ শাউনরে, ব্রায়েন চৈবাক তৌদবা য়াদে, অপঙগা ময়াম্বগা মচিন মনাউ মখোয় অনীনা শিংফম থোকই। ব্রাফম অসি নিংথৌ য়ৌরসি হায়দুনা নিংথৌদা লৈকাইগী মীয়াম চৎলগা রাকৎলুরে। লৈকাইগী ব্রাকৎ তারগা নিংথৌনা মতিক্ চাবা ব্রায়েন চৈবাক তৌনবা অপঙগী ময়াম্ববু ফানুনবা নিংথৌ মনাইশিং খরা থাবক্লে। অপঙগী ময়াম্বনা থোঙ্গান্দা নিংথৌ মনাইশিং খরা চঙলকপা উবদা মনাউ অপঙদা পাউমেল্লি। "ইবুংঙো।

হোরেন নিংথৌ মনাইশিংনা ঐবু হংলকপা তারবদি ঃ-

ঐ লৈতে হায়য়ুকো। ইয়াম্বদি কাংখদা লোৎকেকো।"

হায়রম্লগা কাংখদা লোৎখ্রেদো। নিংথৌ মনাইশিং চঙলক্তুনা অপঙদা হংঙি। "হে অপঙ। নয়াম্বা লৈব্রা ? কদাইদা লৈ ? শেংনা হায়য়ু।" হায়না হেক হংলকপদা অপঙনা,

" ঐখোয় তাদদি লৈতে, কাংখদা লোত্তে"

হায়না হেক খুল্লে। ব্রা অদু তাবদা নিংথৌ মনাইশিংনা ইমুং চঙদুনা কাংখদা লোৎলিবা ময়াম্বা অদু ফাদুনা পুরগা নিংথৌগী মফম্দা কৎলে। নিংথৌনা অপঙগী ময়াম্বদা য়েংলগা "মরম করিদগী করম্না থোকখিবা থৌদোকনো ?" ব্রাফর্মশিং হংলবদা, অপঙগী ময়াম্বনা মখুৎ অনী লোন্নদুনা ব্রারী খুদিংমক নিংথৌদা লীরবদা, নিংথৌনা "ময়াম্বা অসিগী মরান লৈতে, মাগী মরাইবক থিবদগী মনাউ অপঙবা অমগা লোয়নবদগী মহাক্ ব্রারিবনি মীব্রা তারিবনি হন্দক্কী অসিমদি লৈবাক মীয়াম্না ঙাকপীরসি লৈবাক মীয়ামসু শাউরনু। ঐগী ষণ্ শঙদগী নখোয়না অপাম্বা ষণ্শিং লৌজরো।" নিংথৌনা ব্রায়েল চুম্না তৌরবদা লৈবাক মীয়াম্না নিংথৌবু থাগৎলম্লগা নিংথৌগী ষণ্ শঙদগী মাগী মাগী ষণ শিখিবা অদুগী মহুৎ পুদুনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকখি।

মতম্ থরা লৈরগদি মমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম য়ৌশিলক্লে হায়দুনা মচিল মনাউ অনী অদু কৈথেলদা পোৎ লৈবা চৎলি। য়েঙ্খাং নাপী অমদি হৱাই, থাউ, থুম মপাক লৈরগা পোলাং অমদা হাপ্লগা মনাউ অপঙদা নহাক্ পোৎ অসি য়ুম্‌দা পুদুনা চৎলম্মো হায়রে। মনাউ অপঙনা ময়ুমদা পুরগা লাকপদা লম্বীদা মখোঙ্ হাম্‌নিংদুনা মহাক্লা পুরক্‌পা পোলাং অদু মীনা লৌথিবা য়াই. লোৎশিলগে খন্দুনা খোঙ্বান্দা থাদরে। মহাক্লা মখোঙ্ হাম্বা লোইরগা পোলাং অদু অমুক থাঙৎলগা ময়ুমদা লাক্লগা য়েংবদা পোলাং মনুংদা থুম মপাক অদু অমত্তা য়াওরমদ্রে। হোরেন ময়াম্বনা চৈগনি কিবদগী অপঙ অদু অমুক্ হন্না চেল্লক্লগা পোলাং লোৎলম্বা খোঙ্বান্ অদুদা কুম্‌দুনা থিবদা থুম মপাক অদু থিবা ফংদ্রে। থুম মপাক মাঙ্‌হনবগী ময়াম্বনা ফুগনি চৈগনি কিবদগী অপঙ অদু ময়ুমদা চঙদনা অসুম লাকপনা খুল্ অমদা থুংদুনা য়ুম্ অমদা লৈখি।

অসোম্‌দনা ময়াম্বনা মনাউ অপঙ অদু য়ুমদা হল্লক্লবদা মথৱাই ৱাদুনা কোয়্থি থিবদা ফংদ্রবদা মনাউগীদমক ৱাজখি। ৱাফম অসিদগী অপঙবা মী লোয়নগদবগী শরুক চৈশু অমা লোয়নবনা হেন্না ফৈ, হায়না পাউরৌ লৈখিবনি হায্। ❑

# অপঙবাময়াম্বা

থাযনা মমাঙডৈদা খুল অমদা লাইরবা বামন অহল অমগী মচা নিপা অনীখক লৈরম্মী। মচা নিপা অহলদি পঙঙি, অদুগা অতোম্বদি য়াম্না শিংঙি। অহল ওইরবা মপা অদু ফমদা মতম কুইনা নাদুনা লৈরে। মচা নিপা অহলনা মপাগী সেবা ফি-শুবা, ইরু-থোকপিবা চাক থোঙবা মপাগী মনিং থুঙনবা সেবা তৌরি। মতম্ খরা লৈরগা মপা অদু শিখে। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইখ্রবা মতুংদা মচিল মনাউ অনী অদু মপানা থম্মীরম্বা যণবী, হৈনৌ পাম্বী, কাঙখল, সাইপুবা খুজাইনে পোৎশক মখল মরি অদু যেন্নরসি হায়দুনা মনাউ নিপানা "তাদনা অহলনি, অহলনা মকোক লৌফম থোকই।" হাযনা মপানা থম্মীরম্বা যণবী অদু মকোক্কগী তঙখায় অদু ময়াম্বদা পীরে, লেমহৌবা তঙখায় মনৈ ফাওবা অদু মাগী ওইরে। হৈনৌ পাম্বী অদসু মখোঙদগী ময়াই ফাওবা তঙখায় অমা ময়াম্বদা পীরে, লেমহৌবা তঙখায় মশা মবেং য়াওবা শবুক অদু মানা লৌরে। কাঙখল অদুদি অয়ুক নুংথিলদা ময়াম্বদা শিজিন্নৌ হানদুনা পীরে, নুমিদাং মতমদনা কাঙ চিক্কনবা মানা খল্লি। খুজাই অদু মানা লৌনিংদুনা ময়াম্বদা তাদা খুজাই অসিদি ননাউনা অতোম্বনি ইপানা থম্মীরম্বনি ইপা যেংবগুম য়েংজদুনা থমজগে মসিমদি ননাউনা ফংজবগে হায়দুনা মানা লৌরে। অসুম্না মপানা থম্মীরম্বা পোৎ চৈশিং অদু যেন্থোক্লবে, ময়াম্বা অদুদি অপঙবনিনা মনাউ নিপানা হায়ৎতা হবাউ হরাউ অদুমক যাই। মনাউনা হায়বা অদু অচুম্বনি খল্লি,মরক মরক্তা অসিমা পুবকউ, অসিমা থাঙলকউ হায়বদু অদুমক যাই।

নোংমদি যণবী অদুনা মাগী ইন্থোলদা চঙদুনা য়েঙ্গাং-নাপী চারুরে, যণগী মপু থিরকপদা বামন মচিল মনাউগীনি খঙলদুনা, ঐগী য়েঙ্গাং-নাপী চাখিবসি নখোয় নচিল ননাউনা শিংফম থোকই, শিংঙু হায়ববদা মনাউ নিপানা তাদগী শবুক মকোক্কা চাবুবনি ঐনা শিংফম থোক্কে, তাদনা শিংফম

থোক্‌ই হায়দুনা মনাউ নিপানা শিংঙু য়াদ্রবদা ময়াম্বনা শিংখি। নুমিৎ খুদিংগী নোং হেক্‌ ঙানবগা ষণ্‌বী অদুনা চানবা শজিক্‌ ফানবা ময়াম্বগীনি, মরম্‌দি মাগী মকোক থংবা শরুক্তা মচিন য়াউবনিনা মচিন্না শজিক্‌ চাবনিনা। অদুগা ষণবী অদুনা মচা পোল্লক্‌পনা মনাউ নিপানা মাগী শরুক্‌নি হায়দুনা লৌই। শঙ্গোম্‌সু মাগী শরুক্‌ তঙ্‌খায়দগী থোক্‌পনি হায়দুনা ময়াম্বদা পীজদে। হৈনৌ অদুসু মশাদগী মনা কেল্লকপা মানা খুন্দুনা মৈ থাই, হৈনৌ পাল্লব্‌সু মাগী শরুক্তা পানবনি হায়দুনা মানা চাই। নুমিদাংদা কাঙ চিকপা মতম্‌দা কাঙ্‌খল অদুসু মানা খল্লি।

অসুন্না চহি অনী অহুম্‌ হৌখ্রে। মনাউ নিপা অশিংবগী ফত্তবা পুকচেল অদু কৈরোয় লৈকাইনা অপঙবা ময়াম্বদা মনাউনা শিজিন্নরিবা অদু উবদা মীয়ান্না ময়াম্বসি নুংঙাইতেনে, ময়াম্বসিদা তৌবিরিবা অসিবু করি মতৌনো? অসুন্না চিবোন চিবোন ঙাংনৈ। নোংমা লৈপ্‌ং ফমবদা অহল লমন্না অপঙ্‌বা ময়াম্বা অদুদা লৌশিং তাকপীরে। অহল্‌শিংনা লৌশিং তাকপীবদগী ময়াম্বা অদুনা মনাউ নিপা অদুদা শাউনিংলে। মবুক ফত্তবা ঐসু কুমৈ হৌরগেদো হায়দুনা মনাউ নিপানা শঙ্গোম্‌ শুল্লিডৈদা ময়াম্বা অদুনা ষণবীদুগী মঙক্তা পুল্লিবা থৌরীদু পায়রগা চিংদুনা পুরক্লে, মনাউ নিপা অদুনা "তাদনা ষণ্‌বীদু চিংলিবা করিগীনো ?" ময়াম্বা অদুনা মনাউদা "নঙগী নথৌ করি লৈবগে, ঐগী শরুক্‌ চিংজবনি। নবুক ফত্তবা নঙনা পোৎ-য়েল ফজদবা, ইয়াম্বগী শরুক মকোক অসিগী চানবা নুমিৎ খুদিংগী শজিক্‌ ফান্‌বদা ব্রারে। মীগী ইখোলদা চঙ্‌দুনা য়েঙ্গাং-নাপী চারুবসু ইয়াম্বগী শরুকনি হায়দুনা ঐনা শিংবা। ইয়াম্বগী শরুক্‌সি মীঙোন্দা শান্দোকলুরগে, নত্রগা মীঙোন্দা যোম্লোকখ্রগে" হায়রকপা ময়াম্বগী ব্রাদু তাবদা মনাউ নিপা অদু নুংশা থিদুনা, 'তাদগী শরুক্‌ মকোক অদুনা চাগদবা শজিক অদু ঙসিদগী ঐখোয় অনীনা ফানমিন্নরসি ষণ্‌বী অমদি ষণনাও অসিসু ঐখোয়্‌ অনীগী ওইরসি শঙ্গোম্‌সু চামিন্নরসি," মনাউ নিপানা থেল্লবদুদা ময়াম্বসু য়ানিংলে।

অদুগা অমুক্‌ নোংঙানবগা ময়াম্বনা লৈকাইদগী শীংজং পুরক্লগা মাগী শরুক্‌ হৈনৌ পাম্বীগী মখোঙ্‌ অদু য়াম্বৎলগা শীং ওইরগা লোইরে, পোৎ-য়েল্‌ ফজদবা, হায়রল্লগা শীংজং অদুনা হৈনৌ পাম্বীদা য়ানবনি। ময়াম্বগী মতৌ অদু উবদা মনাউ নিপা অদু নুংশা থিদুনা, তাদগী শরুক্‌ মখোঙ্‌ অসি কল্লগনু, ঐগী শরুক্‌ মশা অদুসু ঐখোয় অনী শীং থামিন্নরসি, অদুগা অপানবা হৈনৌসু চামিন্নরসি, ঙসিদগী ঐখোয় অনীগী ওইরসি। মনাউ নিপা অদুগী ব্রাদু তাবদা

ময়াম্বসু য়ারে। কাঙ্খল্ অদুসু নোংঙানবগা ময়াম্বনা মাগী মতম্দা ঈশিংদা তিংলগা থল্লে। নুমিদাংদা মনাউ নিপানা পীউ হায়্রক্পদা ময়াম্বনা খুম্মী "কাঙ্খল্ অদু মোৎলে শুদোক্কে হায়্দুনা ঈশিংদা তিংলগা লৈরে।" মনাউ নিপা অদু কাঙ্খল্ খন্দ্রবনিনা অহিং অদু কাঙ্না চিক্লে। নোংঙানবগা মনাউ নিপানা তাদনা নুমিৎ খুদিংগী ঈশিংদা তিংলবদি খন্বসু যাররোই, থুনা শেগায়্রনি। অদুনা ঐখোয় অনীনা কাঙ্খল্ অসি নোংমা নোংমা খন্নরসি হায়্রবদা ময়াম্বা অদুসু হরাউ হরাউ য়ারে। অসুন্না মমৈথংদা মচিল্ মনাউ অনী শিংবা মান্নদুনা পুন্না তিন্নদুনা লৈমিন্দুনা নুংঙাইনা পান্খি। ❑

# নিঙোল মৱা অপঙ্

থায়না মমাঙ্ঙৈদা য়াম্না শাথিনা পঙ্বা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্ পঙবগী মতিক মপাঙ্গল্ য়াম্না শাথিনা কল্লি অদুগা মবুক্সু ফৈ। মীনা ঙাংলবসু চৈরবসু শাউদে। মাবু মীনা নেক্কুনা থবক হেক্ হেক্ শিজিন্নবি। মীনা থাগৎলগা মাগী মপাঙ্গল অরৈবা শিদোক্কুনা থবক্ হেক্ শুই।

নোংমা ইনাক্ খুনবা অহল্ অমনা মাগী মবুক্ তিংবা পঙ্জবা অদু উবদা মচানুপী লৈশাবী অমা পীদুনা নিঙোল মৱা ওইনা থল্লগে খন্দুনা অপঙবা নিপাদু অহল অদুগী ময়ুমদা পুদুনা লাক্লগা মহাক্কী মচা নুপীগা লুহোংবীরে। ইনাক খুনবা মনেম, মকুগী ময়ুম ফজবা অদু উবদা ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈরম্মী। মনেমনা চাক থোংবা লোইরদুনা মহৈ মহৈ চাক্ চানরে। অপঙদা মনেমনা, "অঙাং নঙসু চাক চারো" হায়দুনা কৌরে। চাক অদু অহানবা নুমিৎনিনা ইকাইদুনা পঙয়াম য়াম্না চারোই খন্দুনা মনেম্ অদুনা চাক্কু পুখমদা যাম্না হাপ্তরে। অপঙনা হাপ্লম্বা চাক্তো লোইনা চারে, পুখম অদুদা চাক য়াউদ্রে, অদুবু অদুম্ ফমদুনা লৈরে হৌগত্তে। মনেম অদুনা চাক ওক্তুমাল্লে, হায়দুনা অমুক হাপ্লে, মদুসু অপঙনা হাপ্লম্বা চাক্তো লোইনা চারে, ওক্তুমাল্লে হাপ্লকপা খুদিং অপঙনা পঙচাতা চারে, মমৈথংদদি মবুক পিক থল্লবদুদা পঙহাপ্তা হাপ্লকই, হাবগা ফুক হৌগত্তুনা মখুৎ হাল্লে, মচিন ময়া শেংদোক্লরে। হঞ্জিল্লক্লগা মখুৎ তৈথোক তৈথোক্লা ফমুংদা চঙশিলক্লগা য়েংবদা অমুক্তসু উখিদ্রিবা ফমুং অমদি খল্লিবা কাঙখল অদুনা জোম জোম ফজনা থাদবা ফমুং অদু উবদা করম্না তুমগদগে খনবদা অঙকপা অমা ওইরে, মহাক ইঙক ঙক্লা য়েঙঙি। ইমুং মনুংগী অরু অহেন ময়াম অদু অপঙগী পুন্সিদা অমুক ফাউবা উখিদ্রিবনিনা ইঙক ঙক্কুনা কোয়চৎ চৎলগা অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক চৎ তৌরিঙৈদা ময়ামদি চাক চাবা লোয়নরদুনা মহৈ মহৈ তুম্নবা মাগী মাগী ফমুংদা চঙদুনা হীপ্লখ্রে। অদু ফাউবদা অপঙদি হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।

ময়াম্‌দি মিকপ্‌ অমমম তানখ্রে। অপঙ্‌ অদু করম্না তুম্‌গদগে খন্‌বমখৈ খল্লগা মসিদি খাঙেন্‌ মথক্তা কারগা ফমুং ময়ায়দা চোংথরগে খন্দুনা খাঙেন মথক্তা কাখৎখ্রে। খাঙেন্‌ মথক্তগী ফমুং ময়ায়্‌ চানা চোংথরক্‌পদা কাঙ্‌খল অদু শেগায়্‌দুনা তারগা মহাক্‌ হিপথখ্রে। মহাক্না খাঙেন্দগী চোংথরগা তারক্‌পগী " দুপ্‌ " লাউবা মখোল্‌ অদুনা মনেম্‌ মকু মখোয়্‌ পুম্নমক খৎদুনা হৌগৎনরকই। অপঙদি খ্রো খ্রো নাখোক্তুনা তুমখ্রে।

নোংমা মনেম্না ময়া নিপা অপঙ্‌দা লৌ খাওরুচো হায়্‌রবদা অপঙ্‌না মখুত্তা থাঙ্গোল অমা পায়রগা লৌ খাওবা লৌবুক্তা কুম্লক্রে। অপঙনা লৌবুক্‌ য়ৌরগা লৌ খাওগে য়েংলুবদা ফৌ-পাম্বীশিংনা অমগা অমগা পঙ্‌য়েত্তা য়েৎশিন্নদুনা তৃদুনা লৈবদু উবদা অপঙ্‌দি লৌ খাওফম্‌ খঙদাদুনা ময়ুমদা হল্লক্রে। মনেম্না অপঙদা "অঙাং। লৌ খাওরম্লব্রা?" হংবদা অপঙনা "অবোক ঐনা লৌ খাওগে তৌবদা ফৌ-পাম্বীশিংদু অমগা অমগা পঙয়েত্তা য়েৎশিন্নবদুনা ঐ খাওফম খঙ্‌দাদুনা খাওরক্রে" হায়্‌না খুম্লে। নুমিৎ অদু মনেম্না চাক্কী মহুৎ তল হৌরগা মরোল মরোল্‌ লোল্লগা পুখমদা পীরে। মদু লোইনা চারবা মতুংদা মনেমনা অমুক "অঙাং। ঙসিগী তলগা য়েঞ্জংগা অদুবু করম তৌবগে হাওব্রা?" অপঙনা "ওম্লোক্না হাওখ্রে অবোক্‌।" "তলদুবু ইনেম্না মরোল মরোল্‌ লোল্লগা পুখমদা থম্লম্বনি, মদু করম্না অঙাংনা চাই।" অপঙনা "মথক থংবা থংবদু লৌরগা চাই" মনেম্না "অঙাংনা হয়েং লৌ খাওবদা মথক থংবা থংবদু থাঙ্গোন্না কোৎলগা হেক হেক খাও" হায়্‌খি।

চহি অমা লৈরগা পোইনু লৌরোক য়ৌরদুনা হন্দক্তি মনেম মকু অনীনা ময়া নিপা অপঙ অদু প্দুনা লৌবুক্তা চৎলি। লম্বীদা অপঙ অদু মখোঙ য়াম্না হাম্‌নিংলে, মহাক্না হেক ঙম্বমখৈ চপ্‌শিন্দুনা খাঙবনি।"অদুবু লুম্বদগী লুম্বা মখোঙ হামনিংবমুক্‌ লুম্বা লৈতে হায়নরিবনি।" অপঙ অদু মখোঙ্‌ থাংদুনা চৎপা ঙমশিল্লক্রে। লম্বী মপান্দা তুরেল্‌ মচা অমা থেংনরে। মফম্‌ অদু খোঙ হাম্‌বদা মতা চারে খন্দুনা মনেম মকুগা চৎমিন্নবদগী লৈথহৌরে। অদুগা মহাক্না তুরেল মপান্দা মী উবা উদবা করি অমতা য়েংদনা হেক্তো ফমথরগা মখোঙ হাম্লে। অপঙনা "ইস হৌজিক্তা ব্রাই শংলেদা" খল্লি। মানা মখোঙ্‌ হাল্লিবা অদু থেঙ্গু অমা নুংশা য়াইরম্বদগী মাপা থোক্তুনা অমাংবগী ফোঙ্‌ ফোঙ শাবা অদুদা থেঙ্গু অদু তুরেল্লোম্‌দা চৎলম্মী। অপঙনা অদু উবদা ঃ-

"ও! ঐগী অমাংবসিদি চৎপোয়্‌রে, ঐদি নহান্‌মখৈ খঙ্‌দেনা
ঐগী অমাংবা অসিদি ওম্লোক্না মরম মোক্‌পোয়্‌রে "

অসুন্না খল্লগা অমাংবদু চাল্লগা মাঙ্দা চৎলিবা মনেম্ মকুগী মনাক্ তান্না প্রপ্ প্রপ্ লাক্লগা লৌ থাওবা য়াওখি।

নোংমদি অহিং অথেংবদা অপঙ্ অদু তুল্লম্বদগী মখোঙ্ হামনিংলদুনা মিকপ্ থোক্লে। মাগী নুপী হৌদোক্কদবসু নুংঙাইনা তুম্বা অদুদা হৌদোক্লে। মানা খল্লি, "ঐগী অমাংবদি মখোঙ্না থোংনা চৎলি অদুনা অরাম্পদা চৎলরোই। নুপীসু খঙ্হল্লরোই, ফম্মাংসিদা অসুম্ হেক্তা হাল্লগে খন্দুনা ফম্মাংদা মখোঙ হাম্দোক্লে।" মনেম্ মকুনা নোংঙাল্লগা হৌগৎলকপদা ইমুংদু অমাংবগী মনম্না খাঙবা ঙম্লমদে। অপঙ্গী ফম্মাংদা মখোঙ্ হাল্লম্বা অদু উবদা মনেম্না "অঙাং! নঙ্দি ফম্মাংদা মখোঙ্ হাল্লবোইরেকো ওম্লোক্পনিদা" হায়খি। মনেম্গী ৱা তাবদা অপঙ্ অদু "হাইমা! মহৌশাদি হেক হেক চৎপনি, ঙসিদি কৈদৌরবনো?" হায়দুনা অপঙনা ইকাইরদুনা মাগী লুখমদা থম্বা কাঙ্জৈ অদু তাপ্ পায়্খৎলগা অমাংবদা য়েংলগা হায়্খি। "ঙসিদি নঙ্ চৎত্রবদি করি তৌরে? ফরে ঙসাই মখৈ নঙ্না চৎলমদ্রবসু ঐনা নঙ্বু ঙাক্পিরগে। হৌজিক্ থুনা য়াঙ্না চৎলো! নৎত্রবদি নঙ্ চৈ চাবা তারে ঐগী কাঙ্জৈ অসি উরেদনা" অমাংবনদি চৎপা হৌনদবনিনা অদুমক লেঙ্দনা লৈরে। অপঙ্দি শাউবনা লুতোন কাখ্রে। অপঙ্না "ফরে নঙ্ ঐনা হায়বা তাদ্রে, নঙ্ খঙ্ডুকো! ঐগী ইতিক খঙ্দবা শারি" হায়্রল্লগা কাঙজৈ অদুনা অমাংবা অদুদা "পোপ্" লাউনা থোল্লে, অদুগা "কম্দৌরে হৌজিক্তি করিগী চেল্লি কিররা ?" হায়্খি। অমাংবা অদু পুমচাই চাইদুনা ফিরোল্, কাঙখল্, কাংথোল্ উপু, ফক্লাংদা চোংদুনা পুমতৈ তৈরে। মতৌ অদু উবদা মনেম্না "করিনো তৌরিবা মতৌ অসিবু লোইরেদনা ইমুংসি পুমতৈ তৈরে, লোইনা মাংথোক্লেদনা" হায়রগা মকোক্তা মখুৎ হাপ্লগা ফমথখি।

অসুন্না নিংঙোল মৱা অসি পঙ্ঙি খঙনা খঙনা মনেম্ মকুনা অদুমক লুনা চান্না তৌরি। শাউনিংবা কোঙ্গাই শাউখিদে। নোংমা মনেম্না অপঙদা "অঙাং! ঙসিদি কৈথেন্দগী হাওগদবা থুমগদবা লফোই ফজবা অহুমখক লৈবুচো" হায়দুনা পৈশা পিদুনা থারক্লে। অপঙসু হরাউ হরাউ কৈথেন্দা কারক্লে। লফোই য়োনফমদা চঙদুনা লফোই অহুমখক লৈরে। ঙসাই মনেম্না হায়রকপদু য়েংলগে খন্দুনা লম্বীদা চৎনা চৎনা অহানবদা হাওব্রা য়েংগে হায়্দুনা লফোই অমা চারে। অদুগা অনীশুবদা থুমব্রা হাযদুনা লফোই অমগা অমুক চাথোক্লে। অরেম্বা লফোই অমা অদু মনেমদা পীরে। মনেম্না "অঙাং। ঐনদি নঙোন্দা লফোই অহুম লৈরকউ হায়খি, নঙনা অমখক লৈরক্লগা

লাক্লবদি করিনো?" হংখি। মনেমগী ব্বা তাবদা অপঙনা " চুম্মী অবোকপু ঐনা লৈজবসু লফোই অহুমনি, অমনা হাওব্রা ঐনা য়েংবদা চারে। অমনা থুমব্রা য়েংবদা চারে, অরেম্বা অমা অসি পুরকপনি" মনেম্না করম্না য়েংঙিবা "অপঙনা অসুন্ননি" হায়রগা অমদুসু অমুক চাথোকখ্রে।

নোংমসু অপঙদা নঙগী নয়া অদু য়াথি থাংলে, চু লৈদুনা চারু হায়রগা মঙ্গ্রা অফাৎপা লৈদুনা চারম্বা অদুদা মনেম্না ঙাংখি।

অসুন্না নোংমা নোংমা হৌখিবনা পোইনু মতম অমুক য়ৌরক্লে। নোংমা মনেম্না "অঙাং! ঙসিদি লৌ য়েংলুচো! খাওবা য়াবা মতম ওইরক্লে। উচেক ব্বায়া তিন তাব্রা খরা ঙাকলুচো" হায়বদা অপঙনা চাক ঙন্তা চারগা মখুত্তা বাঁশী অমগা শাজৈ অমগা পায়দুনা লৌবুক্তা য়ৌরক্লে। মানা হেক য়েংলকপা মতমদা চাকহৌ পোইরৈতোন হৌবা লৌবুক থোক্লরে। চাকহৌগী চরোং ইমু মুনা ফজনা জুম জুম য়াম্বদু উবদা অপঙনা "ইস! ঐখোয়গী লৌসিদি হয়িঙ খোইয়াম্বীনা পুময়োম য়োমখ্রে।" হায়দুনা মাগী শাজৈ অদুনা চাকহৌগী চরোঙ অমুবশিংদু লোইনা কম্থৎলে। অমুবা ফৌশিং অদু মখাদা কেন্দুনা লৈবদু উবদা "তাস কমদৌই ? নখোয় লোইনা নথব্বায় মাঙলেদো হৌজিক্তী" হায়রল্লগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

অপঙনা হরাউ হরাউ লাকপদু উবদা মনেম্না "অঙাং! উচেক-ব্বায়া তারমব্রা? ফৌগী চরোঙদি ফজহৌব্রা?" হঙলবদা অপঙনা "অবোক! ঐখোয়গী ফৌ অদুদি হয়িং খোইয়াম্বীনা পুম্মু হেক মুরল্লে, মদুদা ঐনা শাউনিংদুনা তান্না তান্নদুনা মখোয় অদু লোইনা হাৎলল্লে, মখাদা শিদুনা তাহৌরে। অপঙগী ব্বা তাবদা মনেম্না "করিনোনে অঙাং! নঙনা হায়রিবসিবু ?" হায়রল্লগা শূরিবা থবক অদু থরল্লগা লৌবুক তন্না চেল্লগা য়েংবদদি চাকহৌগী ফৌ চরোং পুন্নমক অদু লৈবাক্তা তাদুনা লৈরল্লে। মদু উবদা মনেম অদুনা থম্মোই শোক্লা

"ওম্মোকপা ঐগী ইরাইবক্কি
ওম্মোক্লা পঙমন্নসু পঙখ্রেদকো
লোয়নরগা নোংমা নোংমগী
খরা ফরক্কদরা খনবনি।
অসিবু ঐগী ইয়া ওইয়ু
নোংদম্বনা তমখ্রবোইরে লাইবক্তা।"

অসি হায়রগা মনেম অদু মরাইবক্তা থুদুম শুদুনা খাঙখি। অদুগা অমুকসু অসুন্না হায়রকই;

মী অপঙ্বা লাল্লোইনৈ
উ অকংবা শীং ওইনৈ।

হায়্বদু ঐগী ইরাইবক্তা হেক থোকইদা হায়্রগা মনেম্ অদু মমৈথংদদি শাউদুনা কান্নররোই খল্লদুনা ময়া নিপা অপঙ্ অদু অঙাং মচাদা পাড়া তাক্পিবা অদুগুম্না মনেম মকু চংদুনা ইনৌ নৌনা পোৎকী মশক, মমিং খুদিংমক্, অদুগা চৎনরোল্না, অসিনি অসি হায়গদবনি, অসিদনা হায়্রোইদবনি, চৎনৈ, চৎনদে, পুম্বা তম্বিদুনা মমৈথংদা অশিংবা অফবা ময়া হায়বা ইনবা অমা ওইদুনা নুংঙাইনা পান্খি। ❑

# অপঙ্না শামু ফাবা

থায়না মমাঙ্ঙৈদা খুল্ অমদা মতৈ মনাউ অনীখক্ লৈরম্মী। নিপা অদু য়াম্না পঙ্ঙি, মহাক্ পঙ্জরবসু মপাঙ্গল্দি য়াম্না কল্লম্মী। নোংমা মহাক্না চাক্খুম্দা চাক চারিঙৈদা উতিল্ অমা থোরক্তুনা মাগী মনাক্তা হেক্ চেন্বোরে। অমুক্সু তুরোই ঙারোই চৎলবদুদা অপঙ্না নুংঙাইখিদ্রেদা উশিৎখিদ্রেদা হায়দুনা মহাক্ শাউনিংলে। উতিল্ অদুনা মাগী মনাক্ য়ৌরক্পদা খুদুম্না হেক শূবদা উতিল্ অদু মকোক্ কায়দুনা শিরে। অদু উবদা মাগী নুপীনা "করিনো তৌরিবদুবু" হায়না হংলক্পদা অপঙ্না "শামু হাৎলিবনি" হায়না খুম্লে। নোংমা নুমিদাং ৱাইরমদা লৈপুং ফম্বদা মমান্নবশিংদা অপঙ্না "কান্নদেদা নখোয়সে, নপাঙ্গল নথৌনা অদুক য়াম্না লৈরগা করি অমত্তা কান্নবা নত্তে। ঐদি শামু ফারগা হাৎপা ঙম্বা মীনি" হায়রবদা, ময়াম্নসু মাগী মপাঙ্গল কনবা মতৌ উবদা ফাতা ফারমগনি, হাত্তা হাৎলমগনি নিংঙি। মতাং অসিদা লৈবাক অদুগী উমং অমদগী শামু লম্শা অঙাওবা অমনা লৈরক্ খুল্লক্তা লাক্লগা শা, ষণ, অচৎ অওক মী কয়া, য়ুম্ কৈ কয়া নৈহৎতুনা হাৎলে। লৈবাক্ মীয়াম্ কয়া অমা শোক্লে, শিরে, হায়দুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌদা ৱাকৎলরে। নিংথৌনা থিম্বা তৌদনা খুদক অদুদা লৈবাক্কী পাউজেল্ থাদুনা পাউজেল্লে। শামু ফাবা ঙম্বা অকন্নবা কনা কনা লৈবগে? শামু ফাবা ঙম্বা নিপা অদুদা ঐগী লৈবাকসি তঙ্খায় অমা পীবতা নত্তনা ঐগী ইচানুপী রাজকন্যাসু লুহোংদুনা পিগনি। অদুবু শামু ফাবা ঙম্বা অকন্বা কনা অমতা চোংথোরক্তরে। অপঙ্না পাউ অসি তাবদা করি অমত্তা খন্থবা তৌদনা "ঐ ফাবীগে শামু মচা অমা ফাববু কৈদৌগে, খুত্তুমতনা শূদুনা হাতোক্লগা লোইরে, ঐদি অদুগুম্বা শামু অদুদি লাইনা ফাগনিদা" হায়বা পাউ অদু অসুম্ অসুম্ শন্দোক্খিদুনা লৈবাক্কুগী খঙ্দবা খঙলেদো। অসুন্না হায়নৈ,

"খোম্জিন চাম্মগা নিপাল্দি থিংবা ঙম্মী,

মীচিন্ অমদি থিংবা ঙমদে,
নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেৎলি।

পাউ অসি নিংথৌগী মনাকোঙ্ য়ৌখ্রে। নিংথৌনা মনাই অমদা "চৎলু অপঙ্ অদু কৌবু" হায়দুনা মনাই অমা থারক্লুনা অপঙবু কৌখত্লুনা হংলে. "নঙলা শামু ফাবা ঙমগনি হায়বদু" অপঙনা "ইনিংথৌ, ননাই ঐনি, মাগুম্বা শামু মচা অমা ফাববু করি লৈবনো? ননাইনা শোয়দনা ফাজগে" হায়রকপা ৱাহৈ অদুদা নিংথৌনা নুংঙাইবগা লোয়ননা "ফরে নুংঙাইরেদা নঙ্ ফাজরো" হায়না য়াথং পীরে। নিংথৌ মপুক্লিং নুংঙাইরে, ঐগী লৈবাক্ অসিদা অকনবা মীদি লৈরিদনা খনখি। অপঙ্ অদু নিংথৌদা খুরম্লগা ময়ুম্ হল্লক্পদা লম্বীদা মানা চৎনা চৎনা অসুম্না খল্লি। "করিসু লৈতবা শামু মচা অমা ফাবগীদমক লৈবাক্ তঙখায় অমসু অদুগা মচা ইবেম্মাসু পীবা। লৈবাক্ অসিবু কনাগুম্বা অকনবা মী অমতা লৈত্রমানে, ঐখোয়গী ইনিংথৌ অসিবু পঙবা? লৈবাক্সিদা লৈরিবা মীওইশিংসে অপঙবা ঙক্তা লৈরব্রা করিনো?"

মপা ফংঙি মপঙঙি
মপু ফংঙি মপঙঙি
মশা ফংঙি মপঙঙি
মনাই ফংঙি মপঙঙি।

অপঙ্ লৈবাক্ হায়দুরা করিনো? ফরে অপঙবগী মরন্দি অশিংবনা চাবা হৌনৈ, খন্না খন্না ময়ুম য়ৌরক্রে। ইমুংদা চংলগা চাক্ মবুক্ থন্না চারগা নুংঙাইনা তুম্খ্রে।

নোংঙাল্লে, অপঙনা মাগী নুপীদা য়েংলগা "হায়! নুপী তারিব্রা? ঙসিদি ঐ শামু ফারুগে, নঙ চাক ঙন্থা থোঙ্ঙু।" হাযবদা মাগী নুপীনা অরৈবা য়েম্বাং খরা অদু থোংদুনা চাকপীজরে। অপঙনা চাক চারিঙৈদা মাগী নুপীনা "ঐগী নিপা অপঙ্ অসি লোয়নবদা ওন্থোক্লা ৱারে, মীমাঙদা পুথোকপসু লেম্বা নত্তে।" অপঙগী মতৌদুদা মাগী নুপী অদু য়াম্না থৱায় নুংঙাইতরে। হোরেন শামুনা হাৎপসু হাৎপা ঐনা হাৎপসু হাৎপা, মানা উমং চৎপদা ৱাদুনা পোথাবা মতম্দা চান্নবা চয়োম অমা য়োম্বীরে চয়োম্দুদা হু হাপচিল্লে। মসিতা শিজখ্রশনু হিংবগী কান্নবা মী নত্তে খল্লি। অপঙনা চাক্ হেক তোকপগা মাগী নুপীনা য়োম্বীবা চয়োম অদু পুদুনা উমংদা শামু ফাগনি হায়না লাক্লে। অপঙনা শামু ফাগনি তাবদা লৈবাক মীয়াম্ পুম্বা, য়েংনিংদুনা উমংগী ময়াদা তিল্লরে। অপঙ্ মথন্তা উমং মনুংদা চঙ্খ্রগা শামু কদায়দা লৈবগে কোয়থি থিরকই। উমং

অদুদা শামু কোয়না থিবদা শামু থিবা ফংদ্রে। মতমসু ফনা থেংজিল্লক্লে মতম্ হৌথিবনা হাল্লনি, খন্দুনা উ অমগী মথক্তা কারগা অপঙনা হৌনা লাউরকই "হায় শামু! থোরকই লাউ, ঐনা হাত্তোকপিগে" অসি হায়রগা মায়গৈ মরিদা লাউরল্লগা ৱারদুনা মখাদা কুমথরক্লগা চাক্ চাগে হায়দুনা উ খোঙদুদা ফমথরগা চয়োম্ থোক্লবা হোৎনরিঙৈ মতম্ অদুমক্তদা শামু লমশা অঙাওবদু মীগী মীনম্ তাবদগী শামু অদুনা অপঙনা লৈবা মায়গৈ তম্না ফি ফি লাউনা কাল্লদুনা চঙ্শিল্লক্লে। অপঙন্দি শামু হায়বদু অমুক্তসু উদ্রি। উতিলবু শামুনি হায়না খনবনি। মানা অমুক্তসু উদ্রিবা মুশুক মুবা, ৱাং চাউবা অকিবগী মশক্ ওইবা শামুনা মহাক্ তম্না চেলশিল্লকপা অদুদা অপঙ কিবনা মশা থক্ থক নিক্লক্লে। মানা থোক্লম্বা চয়োম অদু থরল্লগা উথক্তা প্রপ্ প্রপ্ কাখৎখ্রে। অপঙনা লৈবা মফম য়ৌরক্লে, উখোঙদা লৈরিবা চয়োম্ অদু থেংনদুনা মনাতোন্না নল্লগা কোত্তুনা ময়াদা নম্শিল্লগা শায়দুনা চাথোকখ্রে। ঙহাক লৈরগনি শামু অদু হুগী মৈচাক্লা খাঙবা ঙমদ্রদুনা উরু উরু লৈরগা "বোম" লাউনা হায়থরগা লৈমায় থক্তা তাদুনা শিরে। মতম অদুদা অপঙনা মুন্না য়েংবদা, শামু অদু শুক্রেঙ লেঙদ্রে হায়বসি উবদা মহাক উ মথক্তগী তপ্পা তপ্পা কুমথরক্লগা শামু অদুদা মুন্না য়েংবদা তশেংনা শিরে খংলে। চংশিন্দুনা খুত্তুম্না শুদুনা য়েংবদা শামু অদু শিরবনিনা লেংদ্রে। "হো! শামু শিরে, হো! শামু শিরে; হায়দুনা মীয়াম তানবা লাউবদা, মীয়াম চেনশিল্লক্তুনা য়েংবদা শামু অশিবা অদু উরে। নিংথৌ মনাই অমনা থুনা য়াঙনা চেনখ্রগা নিংথৌদা তল্লরে। নিংথৌ মশামক উমংদা চৎলগা য়েংবদা শামু অশিবদু উবদা হরাউ মনখিদুনা খুদক অদুদা মচা ইবেম্মা লুহোংলগা লৈবাক তঙখায় অমা পীদুনা লৈহল্লে। পাউ অসি মাগী হান্নগী নুপীনা তারদুদা নিংথৌদা চেল্লক্লগা হায়ররে। "ইনিংথৌ ননাইগী ইপুরোইবা অপঙনা হাৎপা শামু নত্তে, ননাই ঐগী ইরৌশিংদগী হাৎপনি" হায়দুনা ৱারী পুন্নমক নিংথৌদা তল্লে। নিংথৌনা "নঙন্দি য়াম্না ফৎত্রবী, মৱা মপুবোইববু হাৎকে থৌরাং তৌবী নুপীনি" অসিদি ৱারকতবা য়াদ্রে খল্লদুনা "মরু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈরগা কৈথেন্দা খুঙোইনৌ" হায়না হায়বদা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মরু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈরগা কৈথেন্দা খুঙোইনখি। অপঙনা অনীশুবা নিংথৌ ওইনা নুংঙাইনা পান্খি।❑

# নুপীদা অহুম্‌লক্ কাওবা

থায়না মমাঙ্‌ঙৈদা লৈবাক্ অমদা য়াম্না ইনাক্ কৈরাক্ খুন্‌বা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক্কী লৈবাক অদুদা নোংমগী নুপীদা অহুম্‌লক্ খোঙ্‌পাক্লা কাওবা নিপা অমা লৈরম্মী।

নিপা অসিনা নোংমগী মহাক্কী নুপীদা অহুমলক কাওবসি লৈকাই অদুগী মীশিংনা য়েংবা ঙমদদুনা খামদোকই। খাম্‌দোক্লবসু য়াদে, মহাক্কী নোংমগী অহুমলক কাওবদো লেপ্তে। অহুমলক্ কাওবা নিপা অদুগা য়ুম হেক থংনবা নিপা অদু নিংথৌগী মনাই অচান্‌বা অমা ওইরম্মী। নিংথৌগী মনাই অদুনা চংদুনা খামবদা য়াদে. খাম্‌বদা য়াদবা অদুদা নিংথৌগী মনাই অদু শাউদুনা ময়ুম হল্লকই। নিংথৌগী মনাই অদগী ৱাখলদা নিপা অসিনা নুপী অসিদা কাওরিবা অসি ওপ্লোক্লা কন্না কাওখ্রে। নোংমদি শোয়দনা নুপীসে শিবা অদুনা তারে নিংথৌদা ৱাকৎলগে খল্লে।

নোংমা পাত্র মন্ত্রীনা চিংলবা লৈবাক মীয়াম্ তিল্লবা মতম্‌দা নিংথৌদা থুরল্লগা হায়রকই। "মহারাজ ননাই ঐগী য়ুম্ থংনবদা নিপা অমা লৈ. নিপা অদুনা মহাক্কী নুপীদা নোংমগী অহুমলক্ হেক হেক্ কাওই. নিপা অদুনা কাওবদা মহাক্কী নুপী অদুনা খাংবা ঙমদদুনা হৌনা হৌনা কপ্লকই অমদি ঐ শিরে শিরে হায়না লৈমায়দা ওন্না থোইনা খাঙ্‌ঙি। মতৌ অদু উবদা ননাই ঐনা খামজরুবনি মদু মহাক্লা নাচুংদে। ননাই ঐনা খঞ্জবদা নোংমদি শোয়দনা নুপী অদু শিরনি হায়দুনা মহারাজতা ৱাকৎ চরিবা অসিনি।" খুদক্ অদুদা নিংথৌনা মনাই নিপা অনীখক্ থারগা "মীওই অদু কৌরদুনা পুরকউ, অদুগা মহাক্‌পু মতিক্ চাবা দন্দি পীগে" নিংথৌগী মনাই অনী অদু শগোল্ তোংদুনা প্রপ্ প্রপ্ চৎখিদুনা নিপা অদুগী ময়ুম্‌দা থুংখিরম্মী। নিপা অদু লৈৱা হংবদা ময়ুম্‌দা লৈরম্মী। নিংথৌগী মনাই অনীনা হায়রকই, "মহারাজকী অকন্‌বা য়াথং পুদুনা লাক্‌পনি, মহারাজনা সনা কোনুংদা কারক্তবা য়াদে হায়রকই । নহাক্

হৌজিক্ ঐখোয়্গা লোয়্নদুনা চৎলসি'' হায়্রগা নিপা অদু শগোল্দা হাপ্লগা নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্লে।

নিপা অদুনা নিংথৌদা ''মহারাজ ননাই ঐনা খুরম্জরি'' হায়্দুনা খুরম্মী। ''অদুগা পাত্র মন্ত্রীনা চিংলবা তিল্লিবা লৈবাক্ মীয়াম্বুসু খুরম্জরি,'' নিপা অদুনা মখুৎ অনী লোন্দুনা ''মহারাজ ননাই ঐবু রাজ দরবার অসিদা কৌখৎপিরিবা অসিবু করি তাক্পিগদবা।''

নিংথৌনা নিপা অদুদা য়েংলগা হায়্রকই, ''নহাক্না নুপীদা অহুম্লক্ কাওই হায়্বদু, মরাল্ লৈতবা নুপীদা অহুম্লক্ কাওরিবদি করিগীনো'' নিপা অদুনা মখুৎ অনী লোন্নদুনা হায়জরকই। ''চুম্মী মহারাজ ননাই ঐনি, ননাই ঐনা ঐগী নুপীদা অহুম্লক্ কাওবদি মালেম্ অসিদা লৈরিবা নিপা অহুম্দা কাওজবনি।'' নিংথৌনা ''করম্না কনাদা করি হায়না,'' নিপা অদুনা ননাই ঐনা

''অহানবদা কাওবসে নুপীবু থাজবা নিপা অদুদা,

অনীশুবদা লৈবাক্ কোয়বা থোরকপদা মতোম্তা কোয়বা চৎলিবা নিপা অদুদা ।

অহুমশুবদা মীগী য়ুম্দা চৎলগা মীনা থাবা ফম্ফম, অদু মখুৎনা শোক্তনা, লেংদনা ফম্বা, নিপা অহুম্ অদুগী মরাইবক্তো ননাই ঐনা নুমিৎ খুদিংগী কাওজবনি।''

নিপা অসিগী ৱাদু তাবদা নিংথৌনা ইঙক্ ঙক্লা নিপা অদুদা য়েংঙি। অমদি ৱাথল্ খল্লরকই, নিপা অসিনা হায়রিবা ৱাফম্ অসি অর্থ লৈবা ৱাফম্নি অদুনা মহাক্কী ৱাফম্ অহুম অসি চাং-য়েংবা তারে, চুম্মী চুম্দে, খঙ্দনা করম্না দন্দি পিগনি। নিংথৌনা নিপা অদু থাদোক্পিখি। রাজসভা অদুদা তিল্লিবা পাত্র মন্ত্রী খুদিংমক ইঙক্ ঙক্তুনা য়েংদুনা লৈখি। মতাং অদুদা নিংথৌনা ''রাজ দরবার অসি ঙসিগী ওইনদি অসিদা লোইশিল্লসি'' হায়রবদা অঙম্ অথৌ নিংথৌনা চিংবা ময়ুম্ ময়ুম্দা য়ৌনখ্রে। নিংথৌনা নিপা অদুনা হায়রল্লিবা ৱাফম অহুম অদু চাং য়েংলগে খল্লদুনা মহারাণীদা য়েংদুনা হায়্রকই। ''হে মহারাণী লৈবাক অসিগী নিংথৌ অমা ওইরগা মহৈ মশিংদি ইহৈ হৈহৌদে, মরম্ অদুনা ঐহাক্ হয়েং অসি বিদ্যা তম্বা চৎপা তারে।''

নিংথৌগী ৱাফম অদু তাবদা মহারাণী অদুনা নিংথৌগী মখোঙ্ পায়্দুনা হায়জরকই। ''মহারাজনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎপিখ্রবদি ননাই নুপী ঐহাক্তী করম্না ইতোমতা লৈহৌগনি। ননাই নুপী ঐহাক্তী নিতী নুমিৎ খুদিংগী মহারাজপু সেবা তৌজরগা মহারাজপু য়েংজদুনা লেঞ্জরীবনি'' হায়্দুনা

নিংথৌগী মখোঙ পায়দুনা কপ্পরুখি নিংথৌনা মহারাণীবু থেম্লগা হায়রকই. ''তাও মহারাণী ঐদি হায়খিবা ৱাদা হোঙ্গদে অরেম্পনি। মরম অদুনা নহাক্না অপাম্বা অমতং হায়য় ঐনা চৎলমদাই মতম্‌সিদা। মহারাণীনা হায়রকই, ''মহারাজকী ৱা তাবদা ঐগী পুক্নিং পেল্লে. মহারাজ ননাই নুপী ঐনা পামজবা হায়ববু অতৈ করিসু লৈজদে মহারাজনা লেংখরগা ঐনা কনা য়েংদুনা লৈহৌগনি অদুনা মহারাজকা শক চপ মান্নবা মুর্তি অমতং শাদুনা থম্বীরম্মু'' হায়জরকই। নিংথৌনা খুদক অদুদা মখুৎ মশা য়াম্না হৈরবা নিপা অমা কৌরগা নিংথৌগা শক্ চপ্ মান্নবা লৈবাক্কী মুর্তি অমা শাখি ফিজেৎ লৈতেংদুনা লোইরগা য়েংবদা লৈবাক্তা শাবা মুর্তিনি হায়বা ওমখিদে মরোল থোক্তে হায়বা অদুমঙাই করি অমত্তা খেৎনবা লৈতে। মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা চানা থকনবা পোৎযোম অমা য়োল্লে অমদি চৈসু অমা পায়রগা মহারাণী যেংলগা হায়বম্মী। ''ইবেম্মা হৌজিক্তী ঐহাক্ বিদ্যা তম্বা চৎলগে নহাক্কী ননিং থুংহনলবনিনা'' হায়রম্লগা. নিংথৌ অদু শঙ্গাইদগী থোক্তুনা লাক্রে. অদুগা ৱাখল তৌবম্মী। চাংয়েং অসিদি মহারাণীদগী হান্না য়েংলগে খল্লদুনা নাকোয়ননা হল্লক্রগা মহারাণীনা লৈরিবা মাগী শঙ্গাই অদুগী মথক্তা কাখৎলগা য়াংলেন অদু হোৎজোক্রগা মহারাণীগী ফিভম মওং মতৌ য়েংদুনা লৈখি।

অসোন্নদা মহারাণী অদু নিংথৌনা চৎখবদা ৱাখল নুঙাইত্রদুনা অসুম লৈবমদগী তুমথক্তে মতম অদুদা লৈবাক অদুগী মন্ত্রী অদু ওসিদি মহারাজ অসে কোনুংদা লেঙক্তে মহারাজপু অনা অয়েক যাওববা হংগে হায়দুনা মহারাজ কৌদুনা চংলকই। মন্ত্রীগা মখোন তাবদা মহারাণী মীৎকপ খোরকই। থোঙ হাংদোকপদা লৈবাকনা শাদুনা ফম্লিবা মহারাজ উনদা অশেংবা মহারাজনি খন্দুনা খুবম্মী। মন্ত্রীগী মওংদুদা মহারাণী অদু নোক্লা নোক্রদুনা মন্ত্রীদা ৱারী পুন্নমক লীরবদা মন্ত্রী অদো নুপী মদোম লৈবা মফমদা লৈবা হৌনদে খল্লদুনা চৎলগে হায়দুনা হেক তৌবা মতমদা মহারাণীনা মন্ত্রীগী খুজেংদু পায়দুনা খাম্লগা হায়রকই। 'হৌজিক্তী মহারাজসু লৈত্রবনিনা ঐনা কনাদা সেবা তৌগনি মরম অদুনা মহারাজনা লাকত্রি ফাওবা নহাক্কী সেবা ঐনা তৌজগে'' হায়দুনা মন্ত্রী গী সেবা তৌখি। য়াংলেন মথক্তা লৈরিবা নিংথৌ অদু চোংথরক্লুনা মখোয় অনীমক ফারগা মহারাণী অদুদা ''ওক্তেবী লমচৎ-নাইদবী'' হায়দুনা মখাজাইদা খুবাকনা অনী অহুমলক থারগা মশম পুম্বা কোকথোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈরগা কোনুংদগী তাম্থোকখি। মন্ত্রী অদুসু লৈবাক অদুগী ৱাংমদা তাম্থোকখি। থৌদোক অসিদগী নিংথৌ অদু নিপা অদুগী অহানবা ৱাফমগী চাংয়েং খঙবা ওল্লে।

অনীশুবগী চাং-য়েং য়েংলগে খন্দুনা মহারাজ মাগী শঙ্গাইদগী থোরক্নুনা লাক্পা হৌরক্লে। অসুম্ অসুম্ লাক্পনা তুরেল্ অমা থেংনরে তুরেল্ অদু অরু অথেন্ চৈশু অদুনা য়েংলা য়েংলগা লাক্পদা চৈশু অদুগী মতোন্ অহোবদা ৱাইখু অমা চংদুনা লৈখি। নিংথৌ অদু চৎপা ৱারদুনা চাওরবা উপাল্ অমগী মখোঙদা ঙহাক্তং পোথাগে খন্দুনা পোৎয়োম্ অদুদা মোন্ খাঙলগা হিপ্থখি, ঙহাক্ লৈরগা নিংথৌ অদু নিদ্রা কৌবী লাইরেন্বীনা লাক্নুনা শুম্খি। অশিবগা মান্ননা তুম্খি। উ পাম্বী অদুগী মথক্তা চাওখ্রবা লিন্ অমা লৈরম্মী। লিন্ অদুনা তুম্দুনা লৈরিবা নিংথৌ উবদা চিক্লুরগে খন্দুনা নিংথৌ তন্না কুম্থরক্লে। লিন্ অদুনা নিংথৌদা চিক্কদৌবগী লাক্পদু উবদা চৈশু অদুগী মনুংদা লৈরিবা ৱাইখু অদুগা লাক্নখ্রে লাক্নরিঙৈগী মতম্ অদুদা নিংথৌ মিৎকপ্ থোক্লে। মমৈথংদা ৱাইখু অদুনা লিন্ অদুগী মঙক্তা মখোঙ্না চপ্পুনা লিন অদু হাৎতোক্লগা চৈশু অদুগী অহোবা অদুদা চংদুনা লৈখি থৌদোক্ অদুদা নিংথৌ অদু জ্ঞান লাক্লে। অনীশুবগী ৱাফম্ অদুগী চাংয়েং অদুসু চুপ্লে।

অহুমশুবগী চাংয়েং অমুক য়েংলগে খন্দুনা নিংথৌ প্রপ প্রপ্ লাকই. লৈবাক্ কয়া লানদুনা লাক্পনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা থেংনরে। নিংথৌগী খরাই থোঙঙান্দা ময়েক্ চাওনা ইদুনা থেৎলম্মী। পাদুনা য়েংবদা লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মচা ইবেম্মা মশক মতৌ ফজরবী চংখোল্লবী য়েংবদা পুক্নিং হুরবী রাজকুমারী অদুনা ৱাহং অমা হংগনি. ৱাহং অদুগী পাওখুম্ পিবা ঙম্বা নিপা অদুদা বর ওইগনি লৈবাক্ তঙখায় অমসু পীগনি। করিগুম্বা আউখুম্ পিবা ঙমদবা থোক্লবদি মথৱায় লৌগনি. হায়দুনা ইরম্বা থেংনরবদা নিংথৌ অদুনা লাইবক চাং য়েংলগে খন্দুনা থোঙ শংলিবা নিপা অদুদা "মচা ইবেম্মাগী বর অমা লাক্‌ই. হায়রুচো চৎলু" হায়না হায়বদা থোঙশংবা নিপা অদুনা নিংথৌদা "মহারাজ ননাই ঐগী সনাথোঙদা নিপা অমা বর ওইগে হায়দুনা লাকই," হায়না হায়বদা নিংথৌনা "পুশল্লকউ," হায়না য়াথং পীরক্লবদা থোঙশংবা নিপানা থোঙ্ হাংদোক্লগা পুদুনা চংলক্লে। খুদক্ অদুদা পাত্র মন্ত্রী অমদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুম্নমক তিলহন্খি। তিল্লিবা লৈবাক মীয়াম্গী ময়ায় অদুদা ফজখ্রবা সনাগী তাংবল্ অমা ফি অমনা কুপ্পুনা থারম্মী। তাংবল অদুগী মনাক্ অদুদা মচা ইবেম্মা রাজকন্যা ফমদুনা লৈরম্মী। মচা ইবেম্মা রাজকুমারীনা "লেংবিরক্লিবা ঐগী বর ওইবদা মতিক চারবা গুণ লৈরবা মজাইবুংঙো। লেংশিনবীয়ু তাংবলসিদা" হায়রকই।

তাংবল্ অদুবু খজিক চিংথোল্লগা ফমগে তৌবদা তাংবল্ অদুদা কুপ্লিবা

ফি অদু নাম্বদূনা লৈমায়দা তাখি। ফি অদু তাখ্রে হায়দুনা য়েংলকপদা তাংবল্ অদুগী ময়ায় অদুদা মচিন্ তুল্লা তুম্লবা হু তৈরবা তা অহুম্ মরি য়ুংদুনা লৈবা অদু উরে। নিংথৌনা ঙহাক্ ব্রাখল্ তৌবদা খঙবা ঙল্লে। নিপা অদুনা হায়বা ব্রাফম্ অহুমশুবা অদুসু অচুম্বনি। করিগুম্বা ঐনা তাংবল অসি চিংথোক্লমদ্রবদি ঐ শিরম্‌গনিদো ।

মচা ইবেম্মনা মনাই নূপী অমদা লৈ পরেং পুরক্লবা হায়খি। মনাই নূপীনা লৈ পরেং পুরক্লগা মচা ইবেম্মদা শিন্নখি। খুদক্ অদুদা লৈ পরেং অদু লাক্লিবা নিংথৌ অদুগী ঙক্‌শমদা হুকখি। অসুম্না লম্ কোয়রক্লিবা নিংথৌনা মচা ইবেম্মাবু মহাক্কী লৈবাক্তা পুদুনা লাক্লগা মহারাণী হাপখি। অদুগা নূপীদা অহুমলক্ কাওবা নিপা অদুদা মন্ত্রী হাপ্লগা লৈবাক্ মরা তপ্পা নুংঙাইনা য়াইফনা পানখি। ❑

# কবুই কৈ-ওইবা

থাম্না মমাঙঙৈদা খুল অমদা মশা মউ ফবা, ৱাং চাউবা কবুই নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক যাদু, মন্ত্র, য়ায়া হৈরম্মী। মরম অদুনা শাইওন কয়া ওনবা ঙম্মী। নোংমা মাগী হৈজবা মহৈ মশিং অদু মাগী নুপীদা উৎনিংদুনা "পেম্মা ঙসিদি নঙগী নমাঙদা ঐনা হৈবা মহৈ মশিংগী মবক্তগী অমখক নঙোন্দা ঐ কৈ ওল্লগা উৎকে, নঙ কিগনু, নহাক্না ঐবু তাইবং মী ওইহন্নিংবা মতমদা ঐনা শেৎলিবা খুদৈ অসি ঐঙোন্দা থানবা লং ঙকউ। অদু ওইরবদি, ঐ খুদক্তা অদুদা হান্নগা তাইবং মী অমুক ওইগনি।" অসুন্না মাগী নুপীদা পাওমেল্লল্লগা থাবলনা ফজবা অহিং অদুদা মানা শেৎলিবা খুদৈ অদু লৌথোক্লুনা মাগী নুপীদা শিন্নরল্লগা মখা অমতা য়াওদনা মাগী য়েনখা লোমদা চৎখিদুনা, মখুৎতা মন্ত্র শোল্লগা মকোক্তগী মথোঙ ফাঙবা মখুৎনা নাম্বদা চাউরবা কৈ ওনুনা মাগী নুপীগী মমাঙদা লাক্লগা চোং ফন্দুনা শান্নৈ। অকিবগী মশক ওইরবা চাওরবা কৈ অমনা চোং ফনবা অদু উবদা কিবনা মাগী নুপী অদু মশা থক্ থক নিক্রে। মাগী নিপানা ওনবনি হায়বদু কিবা হেনমনখিবনা কাওথোকখ্রে। মতাং অদুদা অমুকসু মাগী নিপানা ওনশিল্লগা ময়াদু হিগৎলগা ঙংলকই। অদু উবদা মাগী নুপী কিখিবনা খুদৈ অদু পুদুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রে, থোঙ লোন্‌শিন্দুনা লৈখ্রে। কৈ ওল্লিবা মাগী নিপানা থোঙ হাংদোকউ হায়বদা কিবনা থোঙ হাংদোকখিদে। কিবদগী মাগী নুপী অদু শিখি, মানদি খঙ্জবনিনা থোঙ হাংদোকউ হায়রি অসুন্না হায়রিঙৈ মতম্নদি কনাবুসু ঙাইবিদে নোংঙানবনা হানখিবনা কবুই নিপা অদু মী ওনবা য়াদদুনা কৈ ওন্দুনা লৈরে। নুমিৎ অদুদগী কবুইদগী ওল্লি হায়দুনা কবুই কৈ-ওইবা হায়না খঙনখি। কবুই কৈ-ওইবা অদু মাগী নুপীগী নাক্তা লৈবা য়াদদুনা অশোংবা উমং অমদা চৎখি। কবুই কৈ ওইবা মীদগী ওনবা কৈনিনা য়াম্না শিংঙি। মাগী মশা অদুনা মীগী হকচাং মকোক্ অদুনা কৈগী মকোক পাল্লি। কবুই কৈ-ওইবা উমং ৱামংদা কোয়না চত্তুনা লৈখি। মতম্ খরা

লৈরগা মহাক্না লৈনবা য়ুম্ অমা শাখি। অয়ুক নুংথিল্দা তুম্মী. নুমিদাং য়ৌরগা মানা চানিংবা য়েঙ্গুং নাপী শা-ঙা মচিঞ্জাক্ কোয়না থিবা চৎলি। নোংমগী অফংবা খরা অদু থোংলগা চায়্। নুমিদাং খুদিংগী মচিঞ্জাক থিবা হেক হেক্ থোরকপা অদুদা খুলগী মী পুন্নমক কিন্দুনা মপাল্দা থোক্লদ্রে। নুমিৎ হেক তাবগা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈনবে।

নোংমদি কবুই কৈ ওইবা অদু অহিং অথেংবদা মচিঞ্জাক থিবা লাকপদা খুল অমা থেংনরে। খুল অদুদা মহাক্কীনি হায়বা কনাসু লৈজদ্রবী অহল য়াম্না ওইববী হনুবী অমগী য়ুমদা চংলক্ই। অদুগা মহাক্না হায়বকই "মীশা চাগে মীনম নম্মী ঙসিদি ঐগী ইচিঞ্জাক অসি নঙোন্দা থোক্লে থোঙ হাংদোকউ নঙ চাবা তারে" হায়্না হনুবীগী থোঙ অদু থিল্লকই। কবুই কৈ-ওইবগী মখোল অদু তাবদা হনুবী কিবনা. মশা অদু থক থক নিক্লে। হনুবীনা "ইস। অসিদি কবুই কৈ ওইবনি. করম তৌসিবা করম তৌরগা মাগী খয়াত্তগী থবায় অসি কলসিবা" হায়না খল্লকই। ইমুংদগী হনুবীনা মখোল নীক্না "ঐদি অহল ওইরে, ইউলসু খুইরে মতোংসু যাউদ্রে. নঙনা চাবা হাউরবোই অদুনা ঐগা সুমথংনবদা লৈশাবী অমা মশক মতৌ ফজবী মশা তগৎ তগৎ তেক্লবী থবাতোন কৌবী অমা লৈবনি। মবুং তরেৎকী মনুংদা মদোম পোকপনি. মহাক অদু চাবুচো য়াম্না হাউগনি। মবুং তরেৎসু ময়ুমদা লৈতে. লল্লোনবা চৎখি" হনুবীগী ৱা অদু তাবদা কবুই কৈ ওইবদু হরাউমনখিদুনা কবি অমত্তা ৱাখল খল্লবা তৌদনা থবাতোনবু য়েংনিংদুনা হনুবীগী ময়ুম অদুদগী থবাতোনগী ময়ুম তম্না লাক্লে। অদুগা থবাতোন থোঙ হাংডু হায়দুনা থোঙ অদু থিল্লুরে। মরা মখোল ইচাউ চাউবা অমুত্তা তাদবা খোঞ্জেল অদু তাবদা থবাতোন কিখিবনা মশাদু থক থক নিক্লে। খোঞ্জেলদু নিক্না "ইবুংগী মখোল মান্দে থোঙ হাংবা ঙম্মোই" হায়না হায়বকই। থবাতোনগী নৌরবা খোঞ্জেল অদু তাবদা কবুই কৈ-ওইবদু থবাতোনবু য়েংনিংবনা মশা অদু লৈফম থংদে। অদুবু থোঙ হাংডু য়াদবনিনা উপায় লৈতদুনা অমুক হন্না হনুবীগী ময়ুমদা লাক্লে। অদুগা হায়রে. থবাতোনদু থোঙ হাংডু য়াদে. মবুংগী মখোল্ মান্দে হায়রকই. করন্না থোঙ হাংহনগনি। হনুবীনা ৱা অদু তাবদা কবুই কৈ-ওইবদা অদুদি নঙ মুন্না তাউ হায়বকই। "ইবুংগী ইবেম্মা থবাতোন্ নবুং তবেৎ লাক্লে. থোঙ হাংডু হায়য়ু" হায়না তাকপিবে। কবুই কৈ ওইবা অদু অমুক হন্না থবাতোনগী ময়ুমদা চৎলগা. হনুবীনা তাকপিবা মতুং ইন্না "ইবুংগী ইবেম্মা থবাতোন নবুং তরেৎ লাক্লে থোঙ হাংঙো" হায়দুনা থোঙ অদু থিল্লুরে। থবাতোন অমুকসু

"ইবুং তরেৎকী মখোল্ মান্দে থোঙ্ অদু হাংবা ঙম্মোই" হায়দুনা থোঙ্ হাংখিদে। কবুই কৈ-ওইবদু নিংবা কায়না হনুবীগী ময়ুমদা লাক্লগা "থবাতোন্ চাবা ফংদ্রবনিনা ইবেন্, নঙ্ ওইনা চাবা তারে" হায়দুনা ঙুং ঙুং ঙংঙারে। অদু হনুবী কিরেদো, মীওইবা হায়বসি কনাসু শিনিংদবনিনা হনুবীনা ঐ হাংদোকহনগে ঐগা লোয়নদুনা চৎসি লাও" হায়দুনা মখোয় অনী লাক্লে। মবুং তরেৎকী ইতোন্ তোনবা মবুং অদু মমানা নাউরোল খুনা পোক্পনা মচল্গা মাগা য়োকপা ব্লারম্মী, হনুবীনা চাউনবা য়োক্খি। মরম্ অদুনা মবুং অতোন্‌বগী মখোল অদু হনুবীনা খঙঙি। অদুনা হনুবীনা মবুং অতোনবগী মখোল শাদুনা "ইবুং তরেৎকী ইবেম্মা থবাতোন্ তরেৎ শেঞ্জা তান্‌বা চৎলুবা নবুং তরেৎ লাক্লে, থোঙগী নাতে কাঙলো, থোঙগী পৌরোন তরেৎ শৎলো।" হায়রকপা হনুবীগী মখোল তাবদা মবুং অতোন্‌বগী মখোলনি নিংদুনা থোঙ্ হাংদোক্লগা থোরকপদদি কবুই কৈ-ওইবা মাঙ্গোলদা লেপ্লুনা লৈরম্মদু উবদা থবাতোন্না কিদুনা ইমুংদা চেনশিনগে তৌবদা কবুই কৈ-ওইবনা চোংশিন্দুনা ফাবগা পুখি। থবাতোন্ কবুই কৈ-ওইবদগী নাম্লোকপা ঙমদদুনা মবুং তরেৎপু কৌরা কৌবদুনা কপখি। কবুই কৈ-ওইবনা ময়ুম য়ৌরগা থোঙ লোল্লগা থবাতোনদু থমখ্রে।

মবুং তরেৎনা হল্লকপদা মখোয়গী য়ুম্ অদু থোঙ ইহাং হাংদোক্লুনা লৈরম্মা অদু উরে। মবুং তরেৎনা নুংশা থিরদুনা ইমুংদা চঙ্দুনা য়েংবদা মচল থবাতোন্ লৈরমদ্রে। কৈরোয় লৈকাইদা চত্তুনা থিবদা ফংদ্রবদা মমৈথংদা য়ুমলোন্নবদা লৈরিবা হনুবী অদুদা হংবদা হনুবীনা "কবুই কৈ-ওইবনা ফাদুনা পুখ্রে। মী পুন্নমক কিনখিবনা থোঙ লোন্নখি। কনা অমতনা মাবু কনবা ঙমহৌদে। ওন্থোকপনি থবাতোনগী মরাইবক হায়না কপশিন্নদুনা পাউ অদু তম্লে। মচলবু কবুই কৈ-ওইবনা ফাদুনা পুখ্রে, পাউ অদু তারবদা মবুং তরেৎনা মখুত্তা খুৎলাই অমমম্ পাযরগা মচল্গী লম্মন খুন্নবা খোঙ্গুল্ লীবা থোরক্লে। ফনা কন্না থিবনি অদুবু মচলগী খোঙ্গুন্দি লীবা ফংখিদে।

কবুই কৈ-ওইবনা নুমিৎ খুদিংগী চান-থক্লবা য়েঞ্জং নাপী ঙা চেং হরাইনচিংবা থিরুরগা থবাতোন্দা থোংনবা পী। থবাতোন্না চাক য়েঞ্জং থোংলগা মখোয অনী চামিন্নৈ। অসোমদা মবুং তরেৎনা মায়গৈ মায়গৈ য়েম্লোক্লদুনা মচলবু থিবা লেপত্রি।

নোংমদি কবুই কৈ-ওইবনা মচিঞ্জাক্ থিবা চৎখিবদা থবাতোন্না ফৌ শুরগা কপ্পা কপ্পা ঈশৈ শকই।

" ইবুং তরেৎকী মনুংদা
নাইতোম্ শাৎপী লৈরাং
লাইবক্ চাউবী থবাতোন্
কবুই কৈ-ওইবগী খয়াত্তা
নচল্ লাইবক্ চাউবীদি
ইবুংশিংগী চেংলৌ উদবা
থাবুম্ কয়া ফারেদো।"

অসুম্না মচল্না ফৌ শুরগা ঈশৈ শক্লকপা খোঞ্জেল্ অদু মবুং অতোম্বনা অরাম্পদগী তারম্মী। উমং-রামং শমদুনা মচল্গী খোঞ্জেল তুংইন্না লাক্পনা মচল্গী মনাক্ য়ৌরক্লে। মতম কুইনা উনখিদবনা মচলবু উবদা মচল মবুং কপমিন্নরে। কবুই কৈ-ওইবনা লৈত্রিঙৈদা লোন্না চেল্লসি খন্নবিঙৈদা কবুই কৈ-ওইবদু লাকপগী শহুম ফংবদা মবুং অতোনবা অদু উথক্তা কাথত্তুনা লোৎখ্রে। কবুই কৈ-ওইবনা পুরকপা য়েঙ্গাং নাপী অদু লৌশিল্লগা মনিং মমাঙ্ হোবা উতোং অমা পায়রগা থবাতোন্না হায়রকই। নিপা চাক খোংননবা ঈশিং অমত্তা লৈরমদে অদুনা উতোং অসিদা ঈশিং শোকলু হায়দুনা পীবে। কবুই কৈ-ওইবা উতোং অঙোবদু পায়বগা ঈশিং শোকপা চৎখিঙৈদা উথক্তা লোৎলিবা মবুং অতোনবদ্ কুমথরক্লে। ময়ুম অদু মৈ থাদোক্লম্লগা মচল নুপী থবাতোনবু পুদুনা চেল্লকই.

অসোমদনা কবুই কৈ-ওইবা অদু অঙোবা উতোংদুনা ঈশিং শোক্লকপী উতোং অদ ঈশিংদা লুপাশল্লি খাঙ্দৎলকপদা উতোং মনুংদা ঈশিং অমত্তা য়াওরমদে। অঙোবা উতোং অদু ঈশিং অমুক শোকই য়াওরমদা. অমুকসু শোকই য়াওরমদা কবুই কৈ-ওইবনা হন্না হন্না ঈশিং শোকলিবদু উথক্তা তোংলিবা কাক অমনা উরদুনা

" হা কবুই কৈ ওইবা!
নানিং নমাঙ হোত্রোং হো,
নত্তু লৈমা কাংকোক।"

হায়না অনারক অহমলক হেক খোঙলে। মদু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনা কাক অসিনবু ঐবু লক্করি. হায়দুনা লৈতুম্না থানবা লংবদা কাক অদুনা পান্দনবা ফন চোংথোকই. হন্না হন্না খোঙলি কবুই কৈ-ওইবনা "এ! মসিদি মত্তা অমনি" হায়বগা মানা শাউমনখিদুনা পায়রিবা উতোং অদুনা কাকতা লংখিবদা কাকতদি পান্দদুনা উশা পান্দুনা উতোং অদু কায়রে, ময়ুমদা প্রপ প্রপ হেক

লাক্লে। ময়ুম্ য়ৌরগদি থবাতোন্সু লৈরমদ্রে। ময়ুমদুসু মৈ থাদোক্লল্লে। মদু উবদা কবুই কৈ-ওইবদু শাউবনা হায়নিংঙাই লৈত্রে। মখোঙ্ থিল্লগা ''আচা: লাক্চৈদা, লৈরম্মু ঙসিদি খঙগনি'' হায়দুনা থবাতোনগী ময়ুম্দা লাকই।

কবুই কৈ-ওইবনা থবাতোন থিবা লাক্কনি হায়বসি মবুং তরেৎনা খঙলদুনা মখুত্তা মতিক চাবা খুৎলাই অমমম পায়বগা লুমদুনা লৈখ্রে। কবুই কৈ-ওইবনা থোঙ্গাল হেক য়ৌরকপদা ঙসাই মখৈ লুমদুনা লৈরম্বা মবুং তরেৎ অদুনা চোংখোরক্তুনা উতুপ্পা পোপ পোপ থাবদা কবুই কৈ-ওইবদু রাম্ভদুনা লৈমায়না তাদুনা লৈরিঙৈদা ইমুংদগী থৌরী লৌবুরগা মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লে। মদুদগী ঙহাক লৈবগা কবুই কৈ ওইবা অদু রাম্ভনুবদগী জ্ঞান তারক্লবদা মবুং তরেৎনা ''ইচনবু নঙনা লৌরম্লসি মতৌ কবগ' লৌবনো '' শেংনা হায়দু নত্রবদি নথরাই লৌগনি'' হায়বগা ফু চৈদুনা তৌবদা কবুই কৈ ওইবনা হনুবী চাগে চংবদা হনুবীনা থবাতোনদু চাও অমদি মবুং অতেনবা শাদুনা থোং হাংহনবা রারী খুদিংমক লৌরম্লগা কবুই কৈ ওইবা শিখি।

কবুই কৈ ওইবনা শিথবা মতুংদা মবুং তরেৎনা হনুবী অদগী খঙিল থৌবাংদগী মচলবু কবুই কৈ ওইবনা ফাবনি। ফজবী হনুবী অদু অমাং শাঙদা অমুক থাদৈ অমুক চিঙখৎ তৌদুনা মচলগী লম্মান শিংলে। হনুবীদু ইকোইনদুনা ইকুই কুইদনা লোংমা নিনি লৈরম্লগা শিখ্রে। মবুং তরেৎকী মনাংদা মতোম পোকচবী থবাতোনাদি মবুংশিংনা ঙাকশেন্দুনা চানিংবা চাদুনা. শেৎনিংবা শেত্তুনা তৌনিংবদা তৌদুনা মবুং তরেৎকী মনাঙো নুংঙাইনা লৈখি। ❑

# পাউখোঙ্ ৱারী

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতম্দা য়াম্না ইনাক্ কৈরাক্ খুনবা হিদিঙ্গা ললোনবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না মবুদ্ধি মরৌশিং লৈবা, অশিংবা নিপা অমা ওইরম্মী। মহাক্কী চহি নোংমা নোংমা হৌখিবনা অহল ওইরকখি। অহল্ ওইরবনিনা থবক্ শুবা ঙম্লমদে। নোংমদি মহাক্না করি খল্লম্মী। মহাক্কী মপুবোক্না মঙোন্দা পাউখোঙ্ অহুমখক তাকপিরম্বা অদু নিংথৌ নিংথৌশিংদা চৎলগা পাউখোঙ্ চল্লগা লৈবাক কয়া লৌরগে ৱাখল খন্দুনা মহাক ময়ুমদগী খেনফম অফবা অমা য়েংলগা যাত্রা তৌদুনা লাক্লে। অহানবা কোনুং অমা থেংনবে, থোঙ শঙবা নিপা অনী লৈরম্মী, নিপা অনীদুদা য়েংলগা হায়রকই। "থোঙ শঙবা নখোয় অনী তাও, শ্রীযুৎ মহারাজতা হংগৎলু পাউখোঙ চনবা হৈবা অহল ওইরবা নিপা অমা খরাই থোঙ্গান্দা লৈহৌরি, মদু চংহল্লকউবা চংহল্লকনুরা মহারাজকী য়াথং অমতং ঙায়দুনা লৈহৌবি হায়যু।" অহল অদুগী ৱাফমদুদা থোঙ শঙবা নিপা অমা চংখিদুনা মঙক্তো মফি য়েৎলগা নিংথৌদা খুরম্লগা মখুৎ অনী লোন্নদুনা ৱাফমশিংদু হংগৎখি। থোঙ শঙবগী পাউদু তাবদা নিংথৌনা, "থিল্লে চংহল্লকউ" হায়রবদা থোঙ শঙবদু মহারাজকী য়াথং ফংলবদা থিন্থবা তৌদনা য়াংনা থোরক্লগা অহলদুদা "মহারাজনা চংলকপা য়ারগনি হায়রক্লে, লেংশিনবিরো," হায়না হায়বদা পাউখোঙ চনবা নিপা অদু থিন্থবা তৌদনা চুমদ্রিং চংলক্লে। "মহারাজ ননাই ঐনি পাউখোঙ চনবা হৈবা নিপাদু।" নিংথৌনা "অদু ওইরবদি, নুংঙাইরে ফম্ফম লাংদা ফম্মু। নঙগী পাউখোঙ অদু চল্লো তারগে।" নিপাদুনা হায়রকই, "মহারাজ ননাইগী ৱাফম্ অমতং তাবিখো ননাই ঐগী পাউখোঙ অসি তরাই তরাই চঞ্জরোই, লৈবাক ময়ামগী মমাঙদা চঞ্জগে। মহারাজ অমদি পাত্র, মন্ত্রী লৈবাক ময়ামগী মরক্তগী অমনা হেক্তে ফোংলবসু কায়দে। ননাইগী পাউখোঙসি ফোঙবা ঙমবীদ্রবদি মহারাজকী লৈবাক্ অসি

ঐগী ওইবা অদুগা করিগুম্বা ফোঙ্‌বা ঙম্লবদি, মহারাজনা অপাম্বা সনা, লুপা, মণি মুক্তানচিংবা মহারাজকী লেপ থুন্না পীজগনি, ননাই ঐসি পুন্সি চুপ্পা মীনাই ওইদুনা লৈজগে। মসি য়ারগদি ননাই ঐ পাউখোঙ্‌ চঞ্জগে। মহারাজনা চিংনবীরম্বা য়াই, মদুদি নিপা অসিগী সনা, লুপা মণি মুক্তা অদুক্‌ য়াম্বা কদায়দগীনো ? ননাই ঐসি হিদিঙ্গা ললোন্‌বা নিপানি. ইপা, ইপু হাক্তক্তগী ললোনদুনা লাকপনা সনা, লুপা চীংদুম্‌ চীংদুম্‌ মুক্‌ চাউনা মপৈ মপৈ পৈ, পৈদুনা লৈজে। মহারাজনা থাজদ্রবা ঐগী লৈফম্‌ হায়জগে, মহারাজকী থাজবা যাবা ননাই অমা থাবিদুনা য়েংহনবীরুগে হায়রবসু য়েংহনবীয়ু। পাউখোঙ চন্‌বা নিপা অদুগী ৱাফমদু তারবা মতুংদা মহারাজকী পুক্লিংদা পেন্দুনা হায়রকই। নঙনা হায়বা খুদিংমক্‌ য়ারে অমদি থাজরে। "কনা কনা লৈ" হায়্‌বদা তন্না নিপা মরি চোংথোরক্‌ই। "মহারাজ ননাই ঐখোয় লৈজে।" নিংথৌনা "থিল্লে খুদকসিদা নখোয় মায়গৈ মরিদা শগোল তোংদুনা পাউজেল চৎলু। নিংথৌ ঐগী য়াথংনি হায়য়ু, লৈবাকসিগী মীয়াম পুম্নমক অমত্তা চিংথবা যাদে. হৌজিকমক কোনুংদা কারক্তবা য়াদে হায়য়ু।" নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না শগোল তোংবা নিপা মরিনা পাউজেল চৎখরে। পাউজেল অদু তাবদা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক খুদক অদুদা কোনুং তন্না মাগী মাগী লৈজবা ফিরোল শেং চেদুনা কাবক্লে। লৈবাক্‌ মীয়াম লোইনা তিল্লরে পাত্র মন্ত্রি, সেনাপতি, ৱাহ্মণ নপী অঙাং অঙম অথৌ পুম্নমক মাগী মাগী মফমদা লেঙশিনদুনা ফমখে।

নিংথৌনা পাউখোঙ চনবা নিপা অদুদা "নঙ্‌গী পাউখোঙদু চল্লো হৌজিক্তি মীয়াম তিল্লবনিনা" পাউখোঙ চনবদুনা "ফগনি মহারাজ ননাই ঐনা তিনবীরিবা, মহারাজ অমদি অঙম অথৌনচিংবা প্রজা মীয়ামবু অহানবদা খুরুমজরি। ননাই ঐগী পাউখোঙসি অহুমনি. ঐ হৌজিক পাউখোঙ চনবা হৌজরগে তাবীউ।

অহানবা ঐগী পাউখোঙ ঃ- নিপা অমনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাউবদা চৎলগে হায়দুনা চৎলবদা নুমিৎ কয়ানিগী লম্বী চৎকনি ?

অনিশুবা ঐগী পাউখোঙ ঃ- অমুক লাউবা খোল্লাউদা পৃথিবী শিনবা থুংনা তারে হায়না খনবা?

অহুমশুবা পাউখোঙ ঃ- পৃথিবীগী ময়াই কদাইদা লৈবগে ?

মতাং অসিদা ঐগী পাউখোঙ চনবা লোইজরে।" মাগী পাউখোঙ অদু তাবদা লৈবাক অদুগী মীয়াম পুম্নমক্‌ তুমিন্‌ তুমিন লৈনখি, অমদি কনাসু পাউখোঙ অদু ফোঙবা ঙম্নখিদে। পাউখোঙ অদু ফোঙবা ঙমদ্রবনিনা

হায়নখিবা মতুং ইন্না নিংথৌদগী অয়াবা চে অমা ইনরগা লৈবাক্তো মাগী ওইরে হায়বা চে অদু লৌরগা লাক্লে।

মথংগী লৈবাক অমদা অমুক্ লাক্লে। লৈবাক্ অদুদসু মহাক্কী পাউখোঙ্ অদু চল্লি, লৈবাক্ অদুসু ফোঙবা ঙমদ্রে। মথংদা লৈবাক্ অমদা অমুক লাক্লে। অদুদসু মাগী পাউখোঙ্ অদু ফোঙবা ঙমদ্রে।

মথং মথং লৈবাক্ কয়াদা পাউখোঙ্ অদু চন চন্দুনা লাক্পনা লৈবাক তরেৎ শুরে মানা লৌরক্পা। পাউখোঙ্ চন্‌বা নিপা অদু চৎপদা মশা অদু চোক্থরে, অদুবু মিহৌবা অপাম্বনা ময়াই কাখিদুনা চৎপা লেপ্তে। মীওইবা হায়বসি অপেন্‌বা অমুক্ লৈতে হায়না হায়নরিবনি। মথংগী নিপাল শুবা লৈবাক অদুদা অমুক থুংলরে। পাউখোঙ চন্‌বা নিপা অদুনা রাফম্ পুন্নমক্ হঙগৎলে নিংথৌনা য়ারদুনা লৈবাক অদুগী মীয়াম চেনা তিল্লে। অদুগা মাগী পাউখোঙ অদু লৈবাক অদুদা অমুক চল্লে। মাগী পাউখোঙ অদু তাবদা লৈবাক অদুগী মীয়াম পুন্নমক অঙকপা ওইখি। কনাসু পাউখোঙ অদু ফোঙবা ঙম্নখিদে। পাউখোঙ অদু ফোঙবা ঙমদ্রবদা নিংথৌনা উপায় অমা খল্লকই, অদুগা পাউখোঙ্ চনবা নিপা অদুদা যেংলগা হায়রকই। "নুমিৎ নিনিতদি মতম পীবিউ হুমনিশুবা নুমিত্তা ঐ পাউখোঙ অদু ফোঙবা ঙমব্রা য়েংগে।" নিংথৌনা য়ারাজবা অদুদা পাউখোঙ চনবা নিপা অদুবু য়ারে। নিংথৌনা পাউখোঙ চনবা নিপা অদু মনাই মশন্না মতিক চানা সেনা তৌইনখি।

নিংথৌনা লৈবাক অদুগী অহল ওইরবা মন্ত্রী অদু খুদক অদুদা কৌশিল্লে অদুগা য়াথং পীখিরম্মী। "ইপু মন্ত্রী নহাক্তী ইপা পোকপা ইপু হাক্তুগী মন্ত্রী ওইদুনা লাকপনি ইপুনা নবুদ্ধি নৌশিং লৈরবা য়াম্না শিঙলবা ইপুনি, ইপুগী পাসিন্না লৈবাক অসি ঙাক্নুনা থৌজিক ফাউবা লাকপীরে অদুনা ইপুদা ঐনা হায়জনি হন্দক্কী পাউখোঙ অসি ইপুনা হরা ফোঙবীয়ু।" কবিগুম্না ইপুনা ফোঙবীদনা নুমিৎ হুমনিশুবগী অয়ুক। ইপুগী বংশা তুম্নবা হাৎকনি। নিংথৌগী অকনবা য়াথৈ অদুদা মন্ত্রীনা "কবি রানো মহারাজ নপুদি নপু হাক্তুগী মন্ত্রী ওইদুনা লাকপনা অহল ওইরবা চহি ১০০ শুরবা ঐনা কবি বুদ্ধি লৌশিং লৈগনি। থৌজিক তৌবা থবক থৌজিক কাউরবা মতম অসিদা ঐবু মহারাজনা পাউখোঙ ফোঙহন্নু তাকপীরিবা য়াথং ননাই নপুবু ঙাকপীয়ু।

অদুগা ঙমদ্রগা কনা লৈত্রবা ইচা নিপা অপঙ অমগা ঐগাতা ঙায়রবা অতৌদি লোইনা শিখবা। নপু ঐসু ঙসি হয়েং খঙদ্রবা মাঙগী লম্বী তেল্লবা ঐবু লৈবাক্কী মপুনি ঙম্মী হায়দুনা অদুক শাথিবা দন্দী পীবিবদি তৌবিগনু, অমুকসু

মহারাজতা হায়জরি,' ননাই নপুবু ঙাকপীয়ু।'' নিংথৌনা ''ইপু ঐগীদি হায়খিবা ৱা হোংদে হায়গ্নগা লোইরে। পাউখোঙ্ অদু ইপুনা ফোঙ্দবা য়ারোই।'' মন্ত্রীনা ''ফরে নিংথেম নপু চৎলে '' হায়রল্লগা ময়ুম্দা লাক্লে। মন্ত্রী অদু মথৱায় নুংঙাইতবনা লৈফম চাফম্ খঙ্খিদে।

নোংঙাল্লে.মচা নিপা অপঙ্ অদু কৌশিল্লগা ''ইপাগী ইবুংঙো নঙ্দি তারব্রা ? নিংথৌগী ৱাফম্শিং অদু'' মচা নিপানা ''পাবুং ননাই ঐ লোয়না তাজরে।'' মন্ত্রীনা ''অদু ওইরবদি করি তৌদুনা লৈরি, ইপাদি শিরবসু য়ারে, নঙ্দি ইপানা হিংহননিংঙি। অদুনা নহাক ইপানা হায়বা ইল্লু, নহাক্ হৌজিকমক লৈবাক অসি থাদোক্তুনা নঙগী নথৱায় হিংনবা চৎখ্রো। অহল ওইরবা মপা মন্ত্রীনা মচাগী লম্বীদা চান থক্লবা ময়োম অমা যোম্বীরে, লাঠি (চৈশু) অমগা পীবিরে, মচাবু থেল্লগা মী-পোং হৌগৎত্রিঙৈদা থাদোক্লক্লে। অহল ওইরবা মপানা মমিৎতগী মপি তানা মচানা চৎখিবা লম্বীদা য়েংদুনা লৈহৌরে।

মন্ত্রী মচানিপা অদু ময়ুমদগী নোংচুপ পাঙনা অসুম লাকপনা মহাক্কী লৈবাক্ অদুগী অরোইবা খুঙ্গং থাদোক্লল্লে। নুমিৎসু তাগদবা খজিক্তং ঙাযরে. খন্দুনা প্রপ্ প্রপ লাকপদা তুরেল মচা অমা থেঙনরে। তুরেল অসি করম্নঃ লানগনি খল্লিঙৈদা অসোম ৱাংমদা নুপীমচা লৈশাবী মশক মতৌ ফজববী অমা সনাবুন অমা পাযরগা তুরেন্দা কুমথরকই। লৈশাবী অদুনা ঈশিং শোক্লে তৌবদা মন্ত্রী মচানিপা অদুনা লৈশাবী অদুদা হংলকই । ''ও' ইবেম্মা তুরেল ঈশিং অসি কয়াম লুবা থেনবা করম্না লানগনি অমুক্তা তাকপীরম্মু'' হায়না হংলুবদা লৈশাবী অদুনা ''ও' তাদা নয়াম্বদা হংলগা লাল্লকউ'' হায়রল্লগা ঈশিং শোক্লগা প্রপ প্রপ কাখৎখে। মন্ত্রী মচা নিপা অদু নাক য়েৎ, নিং-মাং. কোয়লৈ লৈদুনা য়েংঙি, কনাসু লৈতেনো খল্লগা লৈশাবী অদুনা কাখিবা চৎখিবা লম্বী অদু য়েংদুনা লৈহৌরে। অদুগা ঙহাক লৈরগা তুরেল অদদা কুমথরগা ফি হায়ফেং তাখৎলগা লাপ্লোক্লগা লৈশাবী অদুগী ময়ুমদা চংলক্লে।

নুমিদাং ৱাইরমগী ইমুং-মনুং তুলশিবোং ৱাই তৈরিঙৈদা মন্ত্রী মচানিপা অদুনা ইবেম্মা নৎত্রা তুরেলগী অদু , হোয় হায়রগা ফক থাই। ফক অদদা মন্ত্রী মচানিপা অদু ফম্মী। লৈশাবী অদুনা ধুপ. পতিৎ থাবা লোইরবা অদুদা মন্ত্রী মচানা ''ইবেম্মদা নৎত্রা ঙসাই ঐনা তুরেলগী অরু অথেন হংবা অদুদা ইবেম্মনা নয়াম্বদা হংলগা লাকউ হায়না হায়রম্মী। মদুদা ঐ ভাব্ অমা তাদদুনা হংবা চংলকইবা অসিনি। লৈশাবী অদুনা খুল্লক্ই ''ঐনা নয়াম্বা হায়বদি তাদানা

পায়্রিবা চৈশু অদুবুনি মানা অরু অথেন য়েংলগা লাক্উ হায়্জবনি। ঙহাক লৈরগা নুপীমচা অদুনা তাদাবু করি লম্দগীনো ?" "ইবেম্মা ঐসি নখোয়গী থংনবা লৈবাক্তগী লাক্পনি, ঐ মন্ত্রী মচানি। অদুগা ইবেম্মবু পোক্পা অহল্ লমন উদবদি কদাইদা ঙম্না চৎখিবগে ?" লৈশাবী অদুনা "ঐগী ইমানা নহাল্ শিবা ঙসি হিংহন্গনি হায়্না চৎখি। ঐগী ইপানা সোরারেলগী ঈশিং থিংগনি হায়দুনা চৎখি।" মন্ত্রী মচানিপা অদু লৈশাবী অদুগী ৱা অদু তাবদা খরগা পঙবনে অমুক্ হেন্না পঙখ্রে। ঙহাক উংলুরগা জ্ঞান্ অমা তাদদুনা হংলক্ই. "করি হায়্রিবনো অদুদি ?" লৈশাবী অদুনা খঙলে । মন্ত্রী মচা অসি য়াম্না পঙঙি হায়্বসি খঙখি, অদুগা হায়রকই "তাদা ঐনা হায়জবদি অসিনি. ঐগী ইমানা লৌ-লিংবা চৎখি হায়্বনি। নহাল ফোইবা লৌহন অদু ঙসি লিংবুরবদি লৌহন অদু হিংলেদনা। অদুগা ইপানা সোরারেল্গী ঈশিং থিংগনি চৎখি. হায়বদি লৌরি শাবা চৎখি হায়বনি।" লৈশাবী অদুগী ৱাফম তাবদা মন্ত্রী মচাগী মবুকনিংদা খল্লে শোয়দনা পাউখোঙশিং অদু ফোঙবা ঙমগনি খন্দুনা লৈশাবী অদুদা পাউখোঙ অহুম অদু চল্লে। পাউখোঙ ফোঙবা ঙমগদ্রা হংবদা লৈশাবীনা অদুদি করিস্ লৈতবা পাউখোঙনি হায়না হায়বা তাঞ্জা অদুমক্তদা লৈশাবী অদুগী মমা মপা চংলকই।

মপানা " ইবেম্মা নিপা মচা অসি কনানো ?" পাবুং তাদাসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিগা থঙনা লৈবা লৈবাক্কী মন্ত্রীগী মচানি হায় । মন্ত্রী মচানা অহল অনীদা খুরম্লগা হায়জরকই. "পাবুং ইমাদা ননাইনা করিগুম্না ৱাফম হংগৎচগে. ঐখোয়গী লৈবাক্তা পাউখোঙ চনবা নিপা অমা লাক্লগা পাউখোঙ চল্লি। পাবুং ইমাগী ইচানুপীনা ফোঙবা ঙমগনি হায়। পাউখোঙ অদুনা মরম ওইদুনা ঐবু পোকপা ইপা মন্ত্রী অদু মীনুংশি খঙদ্রবা নিংথৌনা হয়েংদি হাৎলগনি" অকুপ্পা মরোল পুন্নমক লিরবা মতুংদা মমা মপানা খুদক অদুদা লৈকাইগী অহল লমন অমদি ব্রাহ্মণ য়াউনা মচানুপীদু মন্ত্রী মচানিপাদা কন্যাদান তৌবীরে।

খুদক অদুদা মন্ত্রী মচানিপানা মাগী নুপী অদু পুদুনা ময়ুম তম্না লাক্লে। অহিং চুপ্পা লাকপনা নোংঙল্লমদাইদা মখোয় অনী ময়ুম য়ৌরক্লে। ময়ুম য়ৌরগা অহল ওইরবা মপা মন্ত্রীবু কৌরগা থোঙ হাংদোকউ হায়রবদা. অহিং-চুপ্পা তুম্বা যাদদুনা কপ্পুনা লৈবিবা মপা মন্ত্রীদা থোঙ হাংদোকউ, হায়রকপা তাবদা মন্ত্রীনা শাউনা "নঙবু শিরগে হায়্দুনা লাক্লিব্রা? ঐনা নঙবু হিংনবা থাদোকপদি নঙদি অমুক শিনবা লাক্লে। অপঙ নঙবু হৌজিকমক মফম অসি থাদোক্নুনা চৎখো চৎলু। ঐ থোঙ হাংদোকপা ঙম্লোয়।" মচানা

"পাবুং তৌবিগনু থোঙ্ হাংদোকপিয়ু, নমৌ নুপী অমসু পুরক্লে।" মপানা "করি অপঙ্ নঙনা তৌরকইবসি করিনো ? মীগী মচানুপী অদুমসু হাৎলগে হায়দুনা পুদুনা লাক্লে, ঐ থোঙ্ হাংবা শুকঙম্ ঙমলোয়।" অসুন্না মন্ত্রীনা থোঙ্ হাংঙু য়াদ্রবদা মমৌনুপীনা হায়রকই "ইকু মন্ত্রী ননাই নমৌনা লাকইবসি পাউখোঙ অদু ফোঙজগে হায়দুনা লাকচবনি করিসু লৈত্রবা পাউখোঙ অদুবু।" অহল ওইরবা মন্ত্রী পাউখোঙ ফোঙবা ঙমগনি তাবদা খঙহৌদনা থোঙ হাংদোক্লে। মমৌ-নুপীনা মকুগী মখোঙ্ পায়দুনা খুরমজরে। মন্ত্রী মমৌনুপীবু কোনখৎপীরে। অদুগা হায়রকই "অহিং চুপ্পা লাকপদা নখোয় অনী ৱারমল্লগনি পোথারম্মু। ইকু কোনুং কাবুখিগে" হায়রম্লগা নাকন্দা থাংশাং য়াল্লগা কোনুং য়ৌরক্লে। নিংথৌদা য়েংলগা মন্ত্রীনা "মহারাজ ঙসিদি পাউখোঙ্ ফোঙবা নুমিৎনিদো. পাউখোঙ অদু ঐনা ফোঙবগী মহুৎতা ইমৌনুপী ওইনা ফোঙহনগে। অদুনা ঐগী ইমৌদি দোলাই পাবা মখোয় মরিনা লেঙদা পুগদবা" হায়রম্লগা ময়ুমদা লাক্লে।

লৈবাক মীয়াম পুম্নমক ঙসিদি পাউখোঙ ফোঙবা নুমিৎনি হায়দুনা মাগী মাগী লৈজবা ফিরোল শেৎ চাদুনা কোনুং তম্না লাকনবে মীয়াম তিল্লবদা পাউখোঙ চনবা নিপা অদসু লাক্লে। নিংথৌনা দোলাই পাবা মখোয় মরিদা মন্ত্রীগী মমৌনুপী লৌরুনবা য়াথং পীরবদা নিপা মরিনা চত্নুনা মন্ত্রীগী মমৌনুপী অদু দোলাইদা হাপ্তুনা তিল্লিবা মীয়ামগী মমাংদা পুরক্লে। মন্ত্রীগী মমৌনুপীনা মীয়াম্ পুম্নমক খুরম্লগা মাগী ফম্ফমদা ফম্লে। নিংথৌনা পাউখোঙ চনবা নিপা অদুদা হৌজিক্তী নহাক্কী পাউখোঙ অদু চল্লো। মন্ত্রীগী মমৌনুপীনা ফোঙগনি।

**"অহানবা ঐগী পাউখোঙ্ ঃ- নিপা অমনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাউবদা চৎলগে হায়দুনা চৎলবদা নুমিৎ কয়ানিগী লম্বী চৎকনি?**

**পাউখুম্ ঃ-নোংমাতগী লম্বীনি।** ( *মতম্ অদুদা নোংঙালবদগী নুমিৎ তাবা ফাউবসি নোংমাতেনি হায়না লৌনরম্মী* )

**অনিশুবা ঐগী পাউখোঙ্ ঃ- অমুক্ লাউবা খোল্লাউদা পৃথিবী শিনবা থুংনা তারে হায়না খনবা ?**

**পাউখুম্ - নোং-খাক্পনি।**

**অহুমশুবা পাউখোঙ্ ঃ- পৃথিবীগী ময়াই কদাইদা লৈবগে?**

**পাউখুম্ - ঐনা ফল্লিবসে।**

**পাউখোঙ্ চনবা নিপা অদুনা লোইনা চুম্লে হায়খি। হায়নখিবা মতুং ইম্না ঐনা পুরক্ইবা লৈবাক্শিংসে লৌবীহৌরো হায়না মন্ত্রীগী মমৌনুপীদা**

শিন্নরল্লগা চৎখ্রে। লৈবাক্ মীয়াম্না মন্ত্রীগী মমৌনুপীবু থাগৎনখি। ''

মসিগী মতুংদা নিংথৌগী পুক্রিংদা খল্লক্রে। মশক্ মতৌ ফজরবী, মরৌশিং মবুদ্ধি ফবী মন্ত্রীগী মমৌনুপী অসি ঐগী মহারাণী ওইরগে. হায়দুনা লৈবাক মীয়াম্দা লাউথোক্রে। ''তাবীয়ু লৈবাক মীয়াম্ পুম্নমক্ ঙসি পাউথোঙ ফোঙখিবী মন্ত্রীগী মমৌনুপীসি ঐগী মহারাণী ওইরগে।'' নিংথৌগী ৱাদু তাবদা লৈবাক মীয়াম্না তুমিন্ তুমিন্ করি ৱানো করি ৱানো চিবোন্ চিবোন্ ঙাংনরক্ই। ''নিংথৌনি ঙম্মী হায়দুনা তৌবা মাল্লি'' হায়নখি।

নিংথৌগী ৱাদু তাবদা অহল ওইরবা মন্ত্রীনা শাউমনখিদুনা নাকন্দগী থাং শৎলগা নিংথৌ তম্না চেল্লকই. মদু উবদা. মক্ মন্ত্রীনা শাউরিবা অদু মমৌনুপীনা থাম্মী। অদুগা হায়রকই '' ৱারৌবিগনু ইক্ মন্ত্রী ননাই ঐনা ফনবা শিঞ্জগে। তাবীয়ু লৈবাক মীয়াম মহারাজনা মাগী মহারাণী ওইগনি তাকপিবা ঈনিংথৌগী অপাম্বদা কনাসু যেৎপা ঙল্লোয়. মরম অদুনা তিল্লিবা লৈবাক অসিগী মীযাম পুম্নমক খুদক অসিদা চাকলেন অমা লাংদুনা চাক্ পীজবিউ। তিল্লিবা লৈবাক মীয়াম অমতা চৎপীখিবা য়াদে '' হায়না মন্ত্রীগী মমৌনুপীনা থাম্মী। নিংথৌনা খুদক অদুদ ব্রাহ্মণদা চাক থোঙনবা য়াথং পীখি অমদি মীযামগী চাক থোঙখি।

তিল্লিবা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক ইঙক ঙকখি। লৈবাক অসিদা থেল্লিবা থৌদোকসি করি কনম থোক্লগদবা হায়দুনা মীযাম মীপায়নখি। নুপী অমা ওইবগী সত্রীগী গুণ চেল্লবী মন্ত্রীগী মমৌনুপীনা মশাগী কঞ্জনবা থৌবাং তৌজৈ। নুপী অমনা তৌরগে খল্লবদি তৌবা ঙমদবা য়াউদে হাযনৈ।

ঙহাক লৈবগা চাক থোঙবা লোইরে হায়দুনা চাক তাক্রে। মীয়াম পুম্নমক মাগী মাগা মফমদা ফমদুনা চাক চাবা হৌনখ্রে। চাক চাবা থাইগোক চল্লকপা হাউনা চানবিঙে অদুরাইদা মন্ত্রীগী মমৌনুপীনা হৌগৎলগা মানা চারিবা চাক শবুক অদু পাযবগা খুবাম খুবাম মযামদা চাইরক্রে। শাউগনবা ব্রাহ্মণনা শাউদুনা থিনা চৈবক্রে। মাগী মাগী ফম্ফমদগী হৌগত্তুনা চৎনবক্রে। মীয়াম্না মসিবু ঐখোযগী নিংথৌনা লৌগনি হায়বা। করি নুপীনো ? করি শাজৎনো ? অসিবু লৌরবদি লৈবাক অসি মথোং অমা চাররোই, থিনা থিনা চৈ চৈদুনা চৎনখ্রে।

থৌদোক অদুদা নিংথৌ অদুসু ইকাইদুনা নুপী অসি লৌবা য়াদ্রে খন্দুনা লৌদ্রে। মন্ত্রীনা মমৌনুপী অদু পুদুনা ময়ুম্দা লাক্রে. অমসুং লৈবাক্ কয়াগী মপু ওইদুনা নুংঙাই য়াইফনা পান্খি। ❑

# মিৎ-তাংবা অমসুং নম্বোন্‌বা

থাম্বনা মমাঙঙৈদা খুল অমদা মনম পোন্‌বা নিপা অমগা মমিৎ তাংবা নিপা অমগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ অনী লৈরম্মী। মখোয় অনী অসি অসুম লৈবনদি কান্নবা নত্তে খন্দুনা করিগুম্বা থবক অমা শুবা ফৈ হায়দুনা মরুপ অনী লম কোয়বা অসুম লাকপদা মফম অমা থেংনবে। মসিগী মফম অসিদি চু থাবা ওম্লোকনা ফগনিদা খন্দুনা থবক কন্না শুদুনা মফম অদুদা চু ওইনা থারে।

মতম খরা লৈরগদি চু অদু লোকপা মতম ওইরে হায়বসি নম্বোনবা নিপা অদুনা খঙলে। মিৎ-তাংবা নিপা অদুদি মানা হেক পোকপদগী মমিৎ উরক্তবনিনা অথিবা, ফজবা, অমদি চু অদু লোকপা যারে, করি অমত্তা খঙলমদে। নোংমা নম্বোনবা নিপা অদুনা "মরুপ চু অসি হৌজিক লোকপা য়ারে অদুনা ঐখোয় অনী য়েম্নোক্লরসি। মরুপনা অপাম্বা অমা খনবিরো মকোক্ লৌগেরা ? মতোন লৌগেরা ?" হায়দুনা হংলকই। মিৎ-তাংবা নিপা অদুনা হায়রকই "মরুপ ঐগী শবুক্তি মতোন ওইনা পীবিরো" হায়রে। নম্বোনবা নিপা অদুনা চু অদু লোইনা য়াল্লগা মিৎ তাংবা নিপা অদুদা চু মতোন্ অদু মাগী শরুকনি হায়দুনা পীরে। মিৎ-তাংবনা ময়ুমদা পুরগা শুমাং মতোন্দা পৈদুনা থম্লে। অদুগা মাগী নুপীদা হায় "ঐগা মরুপকা থামিন্নবা চু অদু য়েম্নোক্লরগা ঐগী শরুক্তি মতোন ওইনা লৌগে হায়দুনা পুরক্লিবা অসিনি।" মিৎ-তাংবগী নুপীনা শাউনা হায়রকই "নঙবু করম্বা নিত্রানো ? চবু মতোন লৌগে হায়রুবিবা করিগীনো? মযাম্না পাম্নরিবদি চুগী মকোক্ অদুনি, মতোন্ অদুদি করি তৌবুনি চাবসু য়াবা নত্তে।" মিৎ-তাংবনা "ঐদি কন্নানা খঙগনি অপাম্বা খল্লু হায়বা অদুদা ঐনা মতোন্না ফগদ্রা হায়দুনা খল্লুরে। ফরে হায়দোক্লুরবনিনা তোক্লো, হয়েং-মথৈদি মকোক ওইনা লৌরগে" হায়দুনা তুমিন্না লৈনরে।

নোংমা অমুক্ অতোম্পা মফম অমদা লাক্লে, নম্বোন্‌বা নিপা অদুনা মবুপ মসিগী লম্ অসিদি ফৌ ওইনা থারসি, ফৌ থারবদি য়াম্না ফগনি হায়দুনা মখোয় অনী অদু লৌবুক্ অদুদা লৌ কন্না শুদুনা লৌ লিংবা লোইরে।

মতম খরা লৈরগদি ফৌদু ফজনা শাত্তুনা মুল্লে, খাউবা য়ারে থন্দুনা। নম্বোনবা নিপা অদুনা অমুক্‌সু মিৎ-তাংবদা মবুপ নঙ্গী অপাম্বা খল্লো হায়রবদা মিৎ তাংবনা ৱাখল্ তৌরি, নহাল্ অমুক্তি ঐনা মতোন্ লৌবুবদগী ঐগী নুপীনা য়াম্না শাউখি, অদুনা হন্দক্কী অসিদি মকোক ওইনা লৌরগে হায়দুনা "ফরে ফরে মবুপ, হন্দক্তি মকোক্ ওইনা লৌজরগে" হায়রবদা নম্বোনবনা ফৌ খাউরগা মতোন্দুনা মানা লৌরে। মিৎ তাংবদা মকোক্কী শরুক্, চরুখোক্ পীরে। হন্দক্তি মিৎ-তাংবদু হরাউ হরাউ ময়ুম্দা লাক্লগা মাগী নুপীদা "ফৌ অদু মুল্লে অদুনা নঙ্ চৎত্তুনা খবা লৌবু ঐগা মবুপকা য়েন্নথোক্লে। চ থাবা অদুসু নঙ্‌না ঐবু শাউখি অদুদা ঐনা মকোক্ ওইনা লৌরম্লবনি" হায়রে। ৱাফম্ অদু তাবদা মাগী নুপীনা অমুকসু শাউনা "হায়! নিপা নঙবু ফৌবু য়েন্নবদা মকোক ওইনা লৌরকইবা করিগীনো? ঐদি ওম্বোক্লা ঙকখ্রেদা, ওম্বোক্লা পঙখ্রেদা। নঙ ঐনা চারিবা চাক অদু ফৌ পাম্বীগী মতোন্দগী ফৌ অদুনি অদুগা করিগী মীঙোন্দা লোইনা পীথোক্কনি, মদু য়ারোই মতোনসু মকোক্‌সু চপমননা য়েন্নসি হায়য়ু।" মিৎ-তাংবা নিপা অদুনা "নঙ্‌না হায়রিবা অদু হৌজিক্তি কদাইদগী য়ারনি, নিপা মচানবু কয়ারক্ হায়নৈ হায়বগে। পোৎপু অমুক্ য়েন্নখ্রগা অমুক্ য়েন্নশি য়াবা হৌনদে।" মাগী নুপীনা হায়রকই, "নিপা নঙবু নঙ্গী মবুপ অদুগা হেক তিন্নরিবা মখৈ মাং তাক্লনি নবু নয়াং তেক্লনি। অদুনা মানা থবক চৎসি হায়না হেক হৌরকপদা ঐঙোন্দা খরা তাকপীরম্মু" হায়রবদা মিৎ-তাংবনা "হায় তাক্লমগে হায়রগা নিংঙম্‌দনা তুমিন লৈনরে।

নোংমা নম্বোনবা নিপা অদুনা অসুম্না অমুক হায়রকই "মবুপ হয়েং অসি লংফৈদা কোয়বা চৎলুসি।" হায়রবদা মিৎ-তাংবা অদুনা চৎলুসি হায়না য়ারে। মিৎ-তাংবনা মাগী নিপীদা "হয়েং অসি লংফৈদা ঐখোয় অনী চৎপা তারে, নঙনা হায়রম্মু হায়বদাই।" মাগী নিপীনা লম্বীদা চানবা থকনবা চয়োম অনী য়োল্লে। অদুগা হায়রকই "চয়োম অনীসি অমদি হু তোৎপনি, হু তোৎপা ময়োম অসিনা মাগীনি, হু তোৎতবা অসিনা নঙগীনি" হায়দুনা পীরে। অদুগা হায়রকই "মাগা নঙগা তিন্নরবদি নঙগী পুন্সি অদু শোয়দনা মাঙলগনি অদুনা মাবু হাৎতবা য়াদে।" মিৎ-তাংবনা ফরে ফরে হায়দুনা চয়োম অনী অদু পুদুনা

লাক্লে। মখোয় অনী অদু অসুম অসুম লাক্পনা উমং অমা থেংনরে। মখোয় অনী অদু চৎপদা ৱারে হায়দুনা অচৌবা উ অমগী মখোঙদা ফম্দুনা ঙহাক পোথারে, অদুগা মখোয় অনী চয়োম অদু থোক্লগা চানবা হোৎনরিঙৈ অদুদা শামু লমশা অঙাওবা অমা মখোয় অনী তন্না লাক্পা উবদা নম্বোনবা নিপা অদুনা মিৎ- তাংবদা ''এ! মরুপ ঐখোয় অনী শিবা তারে আদা শামু লমশা অমা ঐখোয় অনী তন্না লাক্লে, অদুনা উজাও অসিদা কারশি অদুগা চয়োম অদুসু উ মথক্তা পুরগা চারুরসি মরুপ্।'' মখোয় অনী শামু অদু য়ৌরক্পনা হানবা তারে হায়দুনা উ মথক্তা কাখৎখ্রে। মতাচাবা উগী উশা অমমম্দা ফম্লগা মরুপ্ চয়োম অদুসু মফম অসিদা চারসি, হায়দুনা মিৎ-তাংবা অদুনা মাগী নুপীনা হু তোৎলগা পীরক্পা চয়োম অদু নম্বোনবদা মিৎ-তাংবা অদুনা পীরকপদা উগী উশা অমদা মখুৎনা হেক্ থেংলুরে. অদুদগী মখুত্তগী নাম্থোক্নুনা মখাদা তাখ্রে। হু তোৎপা চয়োম অদু তাখিবগা মখাদা লৈরিবা শামু লমশা অদুনা খুল্লগা চাথোকখ্রে। ঙহাক্ লৈরগা শামু লমশা অদু লৈমায়দা বোম লাওনা হায়থদুনা শিরে। নম্বোন্বা অদুনা মরুপ্ অঙাকপনি হৌজিক্কী শামু লমশা অদু মরুপকী চয়োম অদু চারুবদগী শিরে। মিৎ-তাংবা অদুদি হু য়াওবা চয়োমনি হায়বদু খঙবনিনা তুমিন্না অদুম লৈরে। নম্বোনবা অদুনা মরুপ হৌজিক্তী ঐখোয় অনী মখাদা কুল্লসি হায়দুনা মখাদা কুমথরক্লে। নম্বোন্বা অদুনা হায়রক্ই ''মরুপ্ শামু অসি ঐখোয় অনী য়েন্নরসি মমাঙ পামব্রা ? মনিং পামব্রা ?'' হংবদা, মিৎ-তাংবা অদুনা মরুপ হন্দক্তি ''নমাংসু পাম্মী, ইমাংসু পাম্মী'' হায়রবদা নম্বোন্বা অদুনা করিনো মরুপ অদুদি, ঐনা হায়বদি অপাম্বা অমা খল্লু হায়বনি। মিৎ তাংবনা ''ঐনা হায়রিবা অসিনি নমাংসু পাম্মী, ইমাংসু পাম্মী.'' অমুক্সু হংবদা হন্না হন্না হায়রবদা নম্বোনবা অদু শাথিনা শাউনিংলে। অপাম্বা অমা খল্লু হায়রগা মানা ঐবু উশিৎতবা মাল্লে হায়দুনা শামু ময়া অনী থিন্দোক্লিবা অদু অমা ফুক্নুনা মিৎ-তাংবা অদুগী মমিত্তা চোক হেক থিনবদা পোক্পদগী উবা ফংলত্রুবা মমিৎ অদু উবা ফংলে। মিৎ-তাংবা অদুনা অমুক্ শাউরে, নহাক্তা ঐবু ইমিৎ তাংবদগী উশিৎতবনি, হৌজিক্তী ঐসু মিৎ উরবনিনা নঙনা লাক্চবা য়াব্রা হায়দুনা শামু অদুগী ময়াংলেন্গী অচৌবা শরু অদু থোক্ হেক্ শৎলগা নম্বোন্বা অদুগী নঙ্গলদুদা দম্ দম্ অনীরক্তং ফুবদা মনম্ পোন্বা অদু মনম্ পোনদ্রে চপ্ হেক্ তিংলে.।মমিৎ তাংবা অদুসু মমিৎ উরে। নম্বোনবা অদুনা মরুপ্ ''ঐসি লৈবাক্সিদা লৈরিবা মাইবা মাইবী কয়া য়েংবদা ফবা ঙমদ্রদুনা লৈরবনি, অদুবু

ঙসিদি ইলাই লাইনা ফরে। মমিৎ তাংবা অদুনসু "মরুপ্ ঐসু ইমিৎ অসি ইমানা হেক্ পোক্পদগী উবা ফংলকতবনি অদুবু মরুপ্না ইলাই লাইনা ফহল্লে। অদুনা মখোয় অনীমক্ শাউনবা তোক্লসি হায়নদুনা মখোয় অনীমক্ হরাউরে, নুংঙাইরে। অদুনা অমুক্ লম্ অতৈদা কোয়নবা লাক্লে।

মখোয় অনীনা অসুম্ লাক্পদা লম্বীদা উকায় অতেক্পা অমা তাদুনা লৈরম্বা থেংনবদগী মসিদি তুংদা কান্নরক্পা য়াই খন্দুনা খুঞ্জিল্লগা পুদুনা লাক্লে। খরা চৎলগা অমুক থেঙ্গু অমা অমুক্ থেংনরে মদুসু খুঞ্জিল্লগা পুদুনা লাক্লে। অসুম্ অসুম লাক্পনা খুঙ্গং অমা থুংলে। খুঙ্গং অদুদা মী অমত্তা লৈবা উদে, য়ুম্ অতেক্পা উ অতেক্পা মীগী শরু কয়া উবা ফংঙি। অসুন্না অসুম্ লাক্পদা চাউরবা য়ুম্ অমা থেংনরে, চাউরবা য়ুম অদুগী মনুংদা মশক্ মতৌ ফজরবী নুপী মচা অমা লৈরম্বা থেংনরে। নুপী মচা অদুদা হংলুবদা নুপী মচাদুনা হায়রক্ই "তাদা অনীবু লমসিদা হিংচাবী অমা লৈ, মানা লোইনা চাথোক্খ্রে, মী অমা ফাওবা লৈত্রে। ঐতদি মানা মাগী থবক শুনবা খাক্লিবনি। ঐবুসু করি নুমিৎ চাগদবা খঙদে।" হায়না মমিৎতগী মপি তানা তম্লবদা মরুপ অনীনা অসুক ফত্তবা হিংচাবী অসি হাত্তোকপা তারে। অমনা অদুদি করম্না হাৎকনি হায়না খন্নরিঙৈ, নুপী মচা অদুনা য়ুমগী শন্দংখাদা য়াম্না ৱাংনা থেৎলিবা লীরুং অমদি তুমবা অদুদা মখুৎনা থিল্লি অদুগা হায়রকই "লীরুং অসিনা হিংচাবীগী মখ্বাঙনি। তুম্বা অসিনা মকোকনি। আদা য়াল্লিবা খাউ অসিদনা তেনৱা মচা মঙাখক য়াওবনি। মদু মাগী থৱায় মঙানি।" মরুপ্ অনীনা য়ুম্গী থোঙ লোনশিল্লগা হিংচাবী হাৎনবা য়ুমগী শন্দংখাদা লীরুং, তুম্বা, তেনৱা য়াওরিবা খাউ অদু লৌথরে। অদুগা হিংচাবীনা পাইরকপা ঙাইদুনা লৈরে।

ঙহাক্ লৈরগা হিংচাবী অদু খেক্লা লাওনা অকিবগী শক্তমদা পাইরক্লে। মযুম্ য়ৌরক্লগা শুমাঙদা মখোঙ্ থিল্লগা "য়ুম মনুংদা কনা কনা লৈবগে" হংলকই। য়ুম্ মনুংদগী অমনা মখোল হৌনা "ঐ লৈ" হায়না খুম্মী। হিংচাবীনা "নঙবু কনানো কয়াম চাউবগে" হংলকপদা মনুংদগী অমনা উকায় অতেক্পা অদু লংথোকরকই, অদুগা হায়রকই "য়েংঙু মসি ঐগী শমজেৎনি।" হিংচাবীনা "ইস! য়ুম মনুংদা লৈরিবা অসিদি ওস্থোক্লা চাউবা জীবনিনা" খন্দুনা হিংচাবী অদু কিবনা লোইরে। মনুংদগী অমুক থেঙ্গু অদু লংথোরক্লে। অদুগা হায়রে "মসিনা ঐগী হিকনি" হিংচাবী অদু কিবগী মথক্তা অমুক হেন্না কিখ্রে। মনম্ পোল্লম্বা নিপা অদুনা খঙহৌদনা হাকথি খল্লকই। হিংচাবী অদুনা

"এ! অসিদি তাইবং মীনিনা" হায়দুনা থোঙ্ থুদেক্লগা ইমুংদা চঙলকে তৌরিঙৈদা, মবুপ্ অনীনা শিবা তারে হায়দুনা লীবুং অদু পেক লাওনা থুদেক্লে। হিংচাবীগী মখ্যাঙ তেক্লে। অদুদগী তুম্বা অদুসু লৈবাক্তা বোক্ লাওনা থুগাইরে। হিংচাবীগী মকোক্ কায়রে। অদুদগী তেনৱা মচা মঙা অদু মথং মথং পেৎ পেৎ মেৎলগা হাৎলে। অদুদগী হিংচাবী অদু শিরে। হিংচাবী শিরবা মতুংদা মানা লোৎলম্বা সনা লুপা হী-য়াই ময়ামদু পুরগা মবুপ অনীগা নুপীমচা অদুগা লোয়ননা মথোয়গী লৈবাক্তা হল্লক্লগা নুপীমচা অদু মনম পোল্লম্বা নিপা অদুদা লুহোংলগা মথোয় অনীনা পুরকপা সনা লুপা হী-য়াই ময়ামদু থাইবোক্ য়েন্নরগা নুংঙাইনা পানখি।❑

# উচেক্ লাংমৈদোং

থাম্না মমাঙ্ঙৈদা ইনাক্ খুনবা ললোনবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী লোয়নবী অদু মচানুপী অমা পোক্লম্লগা মনুং মতম্ চাদনা ঙস্তানা শিখি। অঙাংগী মমিংদি নোংদংনু হায়না কৌই। মচানুপী পিশক্ অদু মবুক্ লাল্লগা কপ্পী। কৈরোয় লৈকাইগী মতৈমা, মচেশিংগী মনাক্তা চৎলগা মবুক থন্নবা খোল্লাং ইলহল্লি। নিপা অসিনা মচা পিশক অসি কোনবদা খুদোং চাদবদগী নুপী অমা অমুক থিবে। নোংদংনু অদু অঙাং ওইরিঙৈদদি মমা অতোনবীনা লুনা চান্না তৌরম্মী। পুংকক চাউরক্লবা মতমদদি অপোক্পা মচা নপ্তে হায়বগী রাখন্দা থৌওইনা তৌরক্রে। মপান্দি অঙাং অসি পিশক পিক্না মমানা হুন্দোকপিবম্মী, মরাইবক থিরবীনি খন্দুনা য়াম্না লুনা চান্না তৌই। করিগুম্বা ললোনবা চৎথোক্লবা হঞ্জিল্লকপা মতম্দা মানা পুরক্পা পোৎচৈ মচানুপীদা হেক্ হেক শিন্নে। মপা মচাগী মতৌ অদুদা মমা অতোম্বীগী থম্মোইদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরক্লে। ঐবু লাযনা তৌই, মচানুপী অসিনা কযাতা লুনা তৌরিবা। ঐনা পিশক পিক্লিঙৈদগী য়োক্লকপা, মথি ময়ুং শেংলকপা পুন্নমক অদু উত্তা ঘী হৈবগুম থোক্লবা, অসুম খন্দুনা মমা অতোম্বী অদু মপুক্তা রারৌরে। মচানুপী অদু লুনা চান্না তৌবিদ্রে। মপানা লংফৈ চৎথিবা মতম্দা মমানা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোক্লে। নোংদংনুনা ইমুংগী রাইরম কোল-লিক শেংবা চাকথোং ফৌশু তৌহনবতা নত্তনা নুমিৎচুপ্পা অঙাং মতিক নত্তবা অকন অকনবা থবক কয়া শুহল্লি, ঙহাক ফাওবা শংহন্দে। চাক পীজবসু মবুক থন্না পীজদে। নোংমাগী মমা অতোম্বীনা লৈকাই কোয়দুনা মীরা ঙাংনবা হঞ্জিল্লক্লবা মচানুপীগী অশোয়বা য়েংদুনা ঙাংবিবা ফু চৈবা। অসুম্ তৌনা নোংদংনু ইমুং মনুংগী থবক্তি খক লৈথোক্তে ঙম্বমখৈ শু-নোমদুনা হোৎনজে।

নোংমদি লশিং খরা পুথোক্নুনা পীরে, মচানুপীনা লশিং কাপ্পিঙৈ নুংশিৎ শীৎলকপা তাঙ্গা থোক্নুনা লশিং খরা পাইথোকখ্রে মমা অতোম্বীনা

চৈরনি ঙাংলরগনি হায়বগী নুংশা থিদুনা তাশিন্ খোম্জিল্লিঙৈদা, মমা অদুনা চেপ্পোরক্নুনা মশম্ তাপ পায়রগা চিংল্গা পঙ্ফুতা ফুবিরে। নোংদংনুনা "ইমা! নুংশিৎ শীৎলকপ্দগী তৌবনি, ঐসু খুঞ্জরিদনা!" হায়রুবদা মমানা অদুদি "নুংশিৎ শীৎলি হায়বা খঙ্দ্রা? হায় নঙবু নথিবোঙ্ পান্দ্রবরা? নমা ওক্তবী খুরোৎপীগী মচা নুংশিৎ মাইরম্ লশিং কাম্পী!" হায়না থীনা চৈরে। নোংদংনুনা "ইস! ওথোকপনিদা ঐহাক্ থক্কী নোঙ্গাখ্রবী ইমাবু ওক্তবী শিংদা চনখ্রেকো!" অসুন্না খন্দুনা মমিত্তা মপি তানা তানা খাঙ্দুনা লেন্খি।

নোংমদি মপা লৈবা মতম্দা মমা অতোম্বীনা চাক্ থোংল্গা মপা মচা মখোয় অহুম চাক পুখম্ অমমম্দা ফল্লগা চাক চামিন্নে। অসুম্ চাক্ চারক্পদা মচানুপীনা "ঙসিদি য়েঙ্খাং অসি চাবা য়াদ্রে, করিনো মতৌ অমা তৌরি ঐ তোক্লগে" হায়রগা ফুক্ হৌগৎলগা মখুৎ হাম্বা মচীন তেংবা থোকখি। মপানা "করি তৌরবগে ইবেম্মা! য়েঙ্খাংসি ফনদুম্ হাউই, অদুবু ইচাগীনা করি তৌরবগে কদায় য়েংগে" হায়না য়েংলুবদা মচাদা হাপ্লিবা য়েঙ্খাং অদুদি চাবা য়াদবা হৈবোং অশুবদা ঈশিং হৈজিল্লগা য়েঙ্খাং শাদুনা হাপ্লল্লে। মদু উবদা মাগী নুপী অতোম্বীদা থিনা চৈরে।"হায় নুপী নঙনা তৌরিবসি করিনো ? অঙাং অসিদা অসিগুম্বা য়েঙ্খাং অসি পীজবা হৌনব্রা ?" ব্রা অদু তাবদা পাইরক্কী লৌশিং হৈবী মমাতোন্না খঙশিন্নদদুনা হায়রকই। "হাইমা! ওপ্তোকপা হায়বদুনি মাইবনা হিদাক শেল্লগা পীজৌ হায়না তিংলগা থম্বা অদু ঐনা হোবে হোবে তৌবদগী ওন্নখ্রেদনা!" হায়দুনা হেক খুম্মী। মপানা অমুক "হন্না তুন্না য়েংলগা থবক তৌবা ফৈ। অঙাং অসি মরাইবক থীববীনি। নঙ মতুং মনাউ অসুন্না থক তৌগনু ঐ য়াদে হায়রিসিনি" হায়রগা মচানুপীবু কৌশিন্দুনা মাগী য়েঙ্খাং অদু তঙ্খায় অমা হাপ্পিদুনা মচাদুবু পীজবে। মপা লৈরিঙৈ ফৈ, মপানা য়ুমদা লৈতবা মতমদা মমা অতোম্বীনা নোংদংনুবু ওৎপাসি হায়নিংঙাই লৈতনা ওৎলি। অসুন্না লৈরকপনা লৈশাবী মপুং ফাগৎলক্লে। নোংমা নুমিৎ অমতং মোমোন নোকচবা ফংখিদে।

নোংমদি লৈকাইগী মমান্নবী ময়াম অমা লাক্নুনা "ইতা! হয়েং লৈরগা হংচিৎ চাক চান্নবা য়াওনবা হৌবা লাকইবনি নফি নরোল্ নীংথিবা শেৎ-চাদুনা লাকউ, পাখং লৈশাবী ঐখোয় ময়াম্ পুল্লগা হরাউ মিন্নসি" হায়রক্পদা নোংদংনুনা মমা অতোম্বীবু কিবনিনা কিথুপ্ কিরুম তৌনা মমান্নবীশিংদা "হোয় ইতা।" হায়না হায়খি। ময়ান্না "ফরে অদুদি খোয়নৌ ঐখোয় অতৈদসু অমুক চৎলুখিগে" হায়রল্লগা চৎখ্রে। মমা অতোম্বীনা ব্রা অদু তাবদা মচিন্দা মুরুম্

মুবুম্ শোল্লি। "চৎলু চৎলু চৎপা ঙমগ্রা য়েংগে, মীরক্ তিন্দবী করি শেৎ চাদুনা চৎপগে য়েংগে, নুপী ঐগী ইতিক্ খঙ্গনি" হায়দুনা মমিত্তো চীংনা য়েংদুনা মখ্যাং মেৎলগা লৈহৌরে। নোংঙানবগা মফি মরোল শেৎলগা মচানুপী নোংদংনুনা শেৎনবা ইন্নবা লীক্ কোন, মফি মরোন্নচিংবদু পুরগা মপামদা চৎখ্রে।

চাক্ চানবা নুমিৎনি, নোংদংনু চাক্ চানবা চৎকদবসু মমা লাক্তবা ফিরোল্ শেৎনিংঙাই লৈতবা অদুদা তোক্লগে খল্লে। অসোম্দনা মমান্নবী খরনা "ইতা নোংদংনুদি লাক্তে, করি তৌরবনো খঙ্দে হৌবুসি" হায়দুনা লাক্লে। মতম অদুদা নোংদংনুদি মথৱায় নুংঙাইতনা কপ্তুনা লৈরে। মমান্নবী লাক্পা উবদা মপি তৈথোক্লগা কপ্তবা শাশিন্নরগা ময়াম অদু হরাউ হরাউ কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। "ইতা! নতা লাইবক থীবিদি ইমাতোন লৈতবা মরম্না শেৎনবা ইন্নবা ফিরোল্ থম্ফম্ খঙ্দরে। ঐগী লাইবক থীবনি, ইতা লক্তা তিন্নবা ফংদবসি। নতা ঐবু ৱাবৌনু" হায়না হায়রবদা ময়াম্ মরক্তগী অমনা "ইতা ইবেম্মা! ঐগী অহেনবা ফিরোল লৈ, ইতানা ননিঙ্ তৌনা শেৎলো চৎসি" হায়রবদা নোংদংনুনা "ইতানা তাকপীরিবা অদু ঐগী থম্মোই পেল্লে। অদুবুনে হোরেন ইমাতোন লাক্লগা নতা ঐবু লৈকাই তানবা চৈরগনি। মতুংদা অমুক য়াওরগে ঙসি অসিদি ৱাবৌনু" হায়না হায়রে। মমান্নবী ময়াম অদু নিংঙমদনা "ফরে ইতা অদুদি হোরেল নঙগী শবুক পুরক্কে" হায়রল্লগা চৎখ্রে। মমান্নবী মযামদি চাক চানবা লোইরগা মযুমদা হন্নবা য়াও, লৈকাই কোয়বা য়াও, ময়াম অদুগী মবক্তগী মতা খবনা নোংদংনুগী চাক চাক্লুক অমা শেম্লগা থিল্লক্লে। "ইতা নঙ যাওদবসি ঐখোয়দি ওম্নোক্লা নুংঙাইতে অদুবু ইতাগী শবুক পুবক্লে ইতা চারো" হায়দুনা পুশিল্লে। নোংদংনুনা চাক অদু চাখি। ময়ামসু নোংদংনুনা চাবা থকপা লোইরগা মযুম মযুম হন্নখ্রে।

নুমিদাং ৱাইবম মমশিল্লকপা অদুদা মমাতোন মপামদগী মযুমদা লাক্ই। মমা অতোম্বাদা নোংদংনুনা "ইমা! চাক থোংলোরা" করি তৌ হাযবগে" হংলকপদা মমা অতোম্বীনা শৌ শৌ লাউনা খুল্লকই। "হো ইবেম্মা থোংনিংলে ইনিঙ থোংনিংদ্রে খুশি। ঐদি হৌজিকসু চৎকদবা থবক লৈ" "অদুবু হল্লক্কদবা লৈরবদি চাক থোংউরা থোংগনুরা হংজবনি" "হা ইবেম্মা ঐগী থবক্তবু নঙগী নখৌ লৈব্রা ? মপাগী মচা হায়বসে লাইমা হেক্ মান্নে।" অসুন্না ঙহাক চীন্দা পাউদানবল্লগা মমা অদু মপামদা অমুক চৎখ্রে।

নুমিদাং ৱাইরম্ মতম ওইরদুনা উচেক্ ৱায়া পুন্নমক মযুম মায়গৈ তম্না পাইরিবদু উবদা নোংদংনুনা কোরৌ নোংদোন থক্তা য়েংলগা মমিৎতগী পিরাং

শিঙ্গনা হায়্রক্ই ।

''ননিঙ তন্না পাইরিবা,
হা উচেক্ লাংমৈদোং
নুজা লাইবক্ থীরবীনি.
পলেম ইমা কায়্নরবী
চরৈ ফিজেৎ তান্নবী
তাইবং মৈশা লাংলবীনি,
ইতা লক্তা তিল্লগে
নতৃ অমমম্দং থাদবীরক্উবা।''

হায়না হায়্বদা উচেক্ লাংমৈদোং শঙ্গুনা তারদুনা মালেম্ লৈদা যেংথরকপদা মতু পোন্না নুজা অমনা কপ্পুনা হায়রকপদু উবদা নুংঙাইতদুনা মতু অমমম্ খিক্থবিরকই. মতু ময়াম অদু লৌশিল্লগা লংনা কন্না কন্না কিশিল্লগা মশাদা কোয়থেৎ য়েৎশিল্লে। উচেক মতু অপৌবা অদুনা ওই-য়েৎ অনীমক্কী মশা অনী শারগা অহিং অদু লেন্থি।

নোংঙাল্লমদাই মতম য়ৌরক্কুনা ক্বাক্কী লানবাউ চেল্লকপা চবোইনা তেতু খোংলকপা অয়ুক অঙনবদা হৌগৎলগা নোংদংনু উচেক মশা অনীদু মখুৎ ওই-য়েৎতা হাপচিল্লগা উচেক ওল্লদুনা মখোয় ইংখোলগী মনিংদা হৌরিবা হৈনৌ মশাদা তোংদুনা পল্টৌ মপাবু লাকপা ঙাইদুনা লৈখি। অয়ুক অঙনবদা মমা অতোম্বীনা মপামদগী লাক্লগা ইমুংদা চংলগা কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংঙি। লৈকাইদা চত্তুনা হংবদা কনাসু খংঙি হায়্বিরক্কে। নোংদংনু লৈত্রবা অদুদা ''ফনদুম ফরে নুংঙাইরে মহাক্ লৈরম্দবসিদি. ফরেদা খুয়া তুশিৎনা পাল্লগে।'' হায়রগা ইমুং মনুংগী থবক্ ইনখাং লোইশিল্লিঙে. চাক্ থোংবা মতম য়ৌরকপা অদুদা ইমুংদা য়েঙ্গাং শেমলুগে চঙলকই।

মতম অদুমক্তদা মপাসু থুংলরদুনা. ''ইবেম্মা। ইপাগী ইবেম্মা নোংদংনু, ইপা লাক্লে. পোৎ থারো। ইপানা ইচাগী ফজ ফজরবা নফি নবোল লীক কোন লৈরক্লে য়েংলো লাউ'' হায়্না কৌরক্পদা মমা অতোম্বীনা ''হো ইবুংঙো! নচা ইবেম্মা অদু চেন্খ্রবরা থিবা খঙদ্রে। নচানুপী শঙবদা থবক অমা ওইরবনি ঐদি চৎখিবসি ফনদুম ফরে হায়রকই।

মপাদুনা খল্লি, মমা অতোম্বীনা মচানুপীদা ওৎপী নৈবীরমগনি অদুনা মপুক্লিং নুংশিদুনা ইমুংদা লৈতবনি খঙদুনা শুমাঙদা লেপ্লগা ''ইপাগী ইবেম্মা ইপা লাক্লে লাউ'' হায়্দুনা কৌবদা মচানা হৈনৌ মথক্তগী,

" পম্মৌ ইপা ইবুংঙো!
নমোম্ লাইবক্ থীবীদি
পলেম্ ইমা পোক্তবীগী
মীওং মীনৈ খাঙ্ঙমদা
নমু তাইবং ওইররোই
চেক্লা লাংমৈদোং শাইয়োন্না
নমোম্ পুন্সি লেন্খ্রগে
কোয়না তান্না পাইখ্রগে
পম্মৌ ইপাবু ঙায়রম্বনি,
নমোম ঐবু হ্লারৌরগনু। "

মপানা খাম্বা য়াদনা নোংদংনু অদু মমিৎত্র মপি শিন্থদুনা মপাবু খুরমজরগা মশা শাগল অনী খপ্তুনা পাইখ্রে। মপানা থম্মোই শোক্লা নিংঙমদনা মচানা পাইখিবা মায়গৈ য়েংলগা মমীত্তগী মপি শিন্থনা লৈহৌরে ।❑

# সার মচি য়োন্‌বা

থাযনা মমাঙ্‌ঙৈদা য়াম্না লাইরবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক তৌরু তৌরুবা থবক্‌ খুদিংদা মায় পাক্তে, খরুং মথুন্‌ চাদবা হায়বদু হেক্‌ থোক্‌ই। অদুনা নোংমা নোংমগী লাইরবা হায়বা অদু ওইরক্‌ই। নোংমদি মহাক্না খল্লি, মহৈ মশিং হৈতবনা তৌবা ওইরম্বা তারে। মহৈ মশিং তমদবা য়াদে হায়দুনা মখোয়্‌ লৈকাইগী অহল্‌ ওইরবা নিপা অমদা ওজা গুরু খনবা তারে হায়দুনা খল্লম্মী।

নোংঙানবগা ইরুজদুনা অহল্‌ অদুগী মনাক্তা লাক্লগা মখোঙ মখুৎ শাংনা তিংথোক্‌লুনা খুরম্মী। অহল্‌ অদুনা 'ইবুংঙো! করিগীনো নঙনা থৱায়্‌ শোক্লা ঐঙোন্দা খুরল্লিবা অসিবু'' হায়না হংলবদা লাইরবা অদুনা ''মহৈ মশিং খরদং তমজনিংবদগী ওজা খঞ্জগে হায়দুনা লাক্‌চবনি, ঐবু নচা ননাই, সেবক্‌ পবুৱা ওইনা তাক্‌পি তম্বীয়্‌।'' অহল্‌ অদুনা হায়রক্‌ই ''ইবুংঙো! ইপাদি করিস্‌ হৈতে, করিবু ঐনা নঙোন্দা তাক্‌পি তম্বীগনি'' লাইরবা নিপাদুনা ''ওজাবু, ওজানা তাকপিবা খুদিংমক ঈশ্বর মহাক্না তাক্‌পিবনি হায়না খঞ্জগনি'' অহল্‌ অদুনা ''ফরে, ফরে ঐনা খঙবা খরা অদু তাকপা হায়বদুনি।''

লাইরবা অদুনা ওজাগী ময়ুমদা শুবা নোম্বা য়াবা থবক্‌ কয়ামরুম্‌ শু নোম্লগা য়ুমদা লাকই। নুমিৎ খুদিংগী নোংঙানবগা ওজাগী য়ুমদা, নুমিৎ তারক্‌পদা ময়ুমদা হল্লি । অসুম্না ওজাগী মবুক্‌ পেন্নবা তৌরক্‌পসি চহি অমা ফাজিল্লক্লে।

নোংমদি ওজা অহল অদুনা মাগী মতৌদুদা পেন্‌বিরদুনা ''ইবুংঙো! নঙনা ইপাদা ওজা খন্‌বনি লাক্লিবসি চহি অমা ফাজিল্লক্লে। ইপা পেল্লে, অদুবু ইপানা নঙোন্দা করিস্‌ তাকপিদ্রি অদুনা ঙসিদি ইপানা নঙোন্দা তাক্কদবা হায়‌ববু সার মচি অহুম্‌খক্‌ তাক্কে, মসি নঙ্‌ মুন্না তারো তাক্লগে।

অহানবা - ঘী চাবা সার মচি অমা ।

অনীশুবা - অহিং তুমদবা সার মচি অমা ।

অহুম্শুবা - নুপী ফুবা সার মচি অমা ।

ইপানা তাক্লিবা সার মচি অহুম্ অসি থক্ কাউগনু । ইপানা তাক্কদবা হায়্ব্বু অসিমঙাইরে হায়্রম্মী। ওজাগী পাউতাক্ ফংলবদা লাইরবা অদু মথব্রায় নুংঙাইজদুনা ওজাগী মখোঙ্ কোন্না খুরুম্জরগা হায়্রক্ই "অদুদি ননাই ঐসু ওজাগী পাউতাক্ ফংজরবনিনা নুংঙাইরে। অদুদি ননাই ঐ চৎচরগে" হায়্বদা ওজানা ফরে ফরে চৎলো হায়্রে। লাইরবা অদুনা ওজাদা অমুক হন্না খুরুম্জরগা ময়ুম্দা হল্লকখি। মহাক্না ময়ুম্ য়ৌরগা ৱাখল্ তৌরক্ই, "ঐনা তম্লুরিবা ইহে অসি য়ুম্দা অদুম্ ফম্দুনা লৈথোক্লবদি কান্নফম্ খঙ্দবা তারে। অদুনদি ওজানা তাক্লক্পা সার মচি অসি য়োন্বা চৎলগে নিঙলদুনা চয়োম্ চেঙ্-জেন্ থৌরাং তৌরগা মহাক্ ময়ুম্দগী অসুম্ লাক্লে। অসুম্ অসুম্ লাক্পনা মহাক্কী লৈবাক্ অদু লাম্থোক্নুনা অতোম্পা লৈবাক্ অমদা থুংলরে । লৈবাক্ অদুগী অচৎ অওক্ মীশিংদা মহাক্না "ঐ সার মচি য়োন্বা নিপানি, কনা কনাগুম্বনা ঐগী সার মচি অসি লৈবিগে হায়্রবসু লৈবিবা য়াগনি।" মাগী ৱা তাবদা লৈবাক্ অদুগী মীশিংনা ইঙক ঙক্লখি । নিপা অমনা হংলে "নঙগী সার মচি হায়্ববু কদায়্নো অমুক্তা য়েংগে।" হায়্বদা "ঐগী সার মচি অসিদি পোৎ ওইনা লৈবা নত্তে ৱাহৈনি" হায়না খুম্লে। অতাবশিং অদু অমুক্তা হেন্না ঙক্লখি। অসুম্না মথং মথং শন্দোক্খিবা পাউনা লৈবাক্ অদুগী নিংথৌগী মনাকোং য়ৌখ্রে।

নিংথৌনা পাউ অদু তাবদা মনাইশিং থাদুনা সার মচি য়োন্বা নিপাদু কৌদুনা পুরকউ হায়্রে। নিংথৌগী মনাইশিংনা সার মচি য়োন্বা নিপাদুগী লৈফম কোইথি থিরে। মমৈথংদা নিপা অদু থেংনর্গা নিংথৌনা মহাক্পু কৌরি হায়্দুনা নিপা অদু পুদুনা লাক্লে। নিংথৌনা নিপা অদুদা হংঙি,"নঙলা সার মচি য়োল্লি হায়্বদু ?" নিপা অদুনা মখুৎ অনী লোন্না "ইনিংথৌ ননাই ঐনি।" নিংথৌনা, "অদুদি নঙগী সার মচি হায়্বদু কদায়্নো য়েংলগে" হায়রকই। নিংথৌগী ৱা অদু তাবদা লাইরবা নিপা অদুনা "ননাই ঐনা য়োঙ্গরিবা সার মচিদি পোৎ ওইনা নত্তে, ৱাহৈনি। মদু লৈবিগদবশিংনা পীবিনিংবা পিবিবদা ঐনা য়াম্মী য়াম্দে হায়্জরোই।" ৱা অদু তাবদা নিংথৌদু করম্বা করি ৱাহৈনো হায়্বদু খঙনিংবনা ঙায়ঙম্দনা "নঙগী ৱাহৈ অদু হায়্রো তারগে" হায়্রবদা নিপা অদুনা "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই ঐগী ৱাহৈ অসি অহুম্নি।

অহানবা --- ঘী চাবা সার মচি অমা ।

অনীশুবা--- অহিং তুমদবা সার মচি অমা ।

অহুমশুবা--- নুপী ফুবা সার মচি অমা ।

মসিনি ননাইনা য়োঞ্জবিবদি । নিপা অদুগী ৱাহৈ অহুম অদু তাবদা নিংথৌনা "ফরে নিপা নঙগী সার মচিশিং অসি চাং-য়েংবা তারে। কান্নরবদি মতিক চাবা মনা পীগনি, করিগুম্বা চুমদবা তারবদি নরু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈবগা লৈবাক মমাঙদা খুঙ্গোইনগনি। অদুনা নঙ নয়ুমদা হনখিবা য়ারোই। ঐগী অসিদা চা-থক্কুনা লৈরো" হায়না হায়রবা মতুংদা নিংথৌনা সার মচিগী ৱাফম অদু মথং মথং চাং য়েংবা হৌরকই। অহানবা ঘী চাবা সার মচিগী চাং-য়েংবদা নুমিৎ খুদিংগী ঘী চাদুনা য়েংলকপদা থা অমগী মতুংদদি নিংথৌ অদু মশা মউ য়াম্না ফগৎলকপা উবদা মসি মদি চুম্লে হায়না খল্লে ।

মথংদা অনীশুবগী অহিং তুমদবা সার মচিগী চাংয়েং য়েংবা হৌখি। নিংথৌ অদু অচম্বা ফিজেৎ শেত্তুনা অহিং তুমদনা মাগী কোনুংগী অকোইবদা কোয়চৎ চৎলম্মী। অসুম্না নোংমগী কায়দনা চৎলকপদা নোংমদি অহিং অথেংবদা কোনুংগী থা থংবা সনথোঙদগী থরা চৎলগা কৈথেল অমা লৈবা অদুমক্তদা নুপী অমা কম্পগী খোঞ্জেল তারম্মী। নিংথৌ অদু নুপী অদুগী মনাক তান্না লাক্কুনা হংখি। "ইমা। নহাক্না অসুক থেংলবা অহিং অসিদা নথন্ত্রা মফম অসিদা কপ্পুনা লৈরম্লিবদি করি অৱাবা তারবগে।" নুপী অদুনা ইবুংঙো। "ঐহাকসি কৈথেল লাইরেম্বীনি, হয়েংগী অহিংমক্তদা লৈবাক্ অসিগী নিংথৌ অসি শোয়দনা শিবা তাবে অদুগীদমক ঐহাক নুংঙাইতদুনা কপ্লম্লিবনি।" লাইরেম্বীগী ৱা তাবদা নিংথৌ অদু তুজুংখি, নুংশা থিবনা লোইরে। অদুগা হংলকই "ইমা! লৈবাক অসিগী নিংথৌদুনি ঐসি, ঐবু হয়েং অহিংদা শিগনি হায়না ইমানা তাকপিবা, করি মরম লৈদুনা অমদি ননাই ঐগী অৱানবা করি লৈখ্রবগে তাকপিয়ু। লারেম্বীনা নিংথৌদা "নঙনা অকাইবা অমদি অৱানবা করিসু লৈখিবা নত্তে, নঙগী লাইবক্তা অসিগুম্বা অৱাবসি নংঙ হায়বা লৈবননি। হয়েংগী অহিং নোংয়াই হেক্ য়ৌরকপদা কাল্ কৌবা লাইনা লিন ওইনা লাক্লগা নঙবু চিক্লগনি।" নিংথৌনা অদুদি ইমা! কাল্ কৌবা লাই অদুদগী কন্‌বা ঙম্লরোইদ্রা অমুক্তা তাকপিয়ু। নিংথৌগী ৱা তাবদা লাইরেম্বীনা "মহারাজ নঙগী থৱায় কননিঙলবদি খা থংবা সনথোঙ ময়াদা পুখ্রী মচা অনী তৌরো । অমনা শঙ্গোম থন্না হৈরো, অমনা চুহী থন্না হৈরো, অদুগা মনাক্তা নিংথিরবা শঙ মচা শারগা মনুংদুদা ফম্মুং অমা ফজনা নান্না থাদুনা

থম্মু অদুদগী নঙনা মনাক্তা লাই নিঙ্‌দুনা লৈরো, অদু ওইরবদি নঙ্‌গী থৱায় কন্‌বা ঙম্বা য়াই " হায়রল্লগা কৈথেল্ লাইরেম্বী অদু মাঙ্‌খোক্‌খ্রে ।

কৈথেল্ লাইরেম্বীনা হায়রম্বা মতুং ইন্না নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পিদুনা থৌরাঙ পুন্নমক্ অদু অমতা চিথদনা শেম্ শাহল্লগা ফমুং মনাক্তগী খরা চৎথোক্লগা মৈগী কুন্দা অমা শেল্লগা মনম্ নুংশিরবা লৈ-শু চেং থোইদিং তিংথৌনচিংবা লা মতোন্দা হাপ্লগ ধুপ থাওমৈ থারগা চাদ থক্তনা (ব্রত) তৌরগা লাই নিংদুনা লৈখ্রে। অসুন্না অসুম্ মতম চৎখিবগা লোয়ননা অহিং নোংয়াই চবুক্ য়ৌরকপা মতম্ অদুদদি নিংথৌ অদুনা মমিৎ কুপ্তনা খা মায়গৈদা য়েংদুনা লৈরম্মী। নোংয়াই মতম চপ চানা হেক্ য়ৌরক্‌পদা কাল কৌবা লাইনা লিন্ অমগী শক্তম্ লৌরগা খা থংবা সনথোঙ অদুদা চঙশিল্লক্‌পদু নিংথৌনা উরে। অহানবদা শঙ্গোমগী পুখ্রি উবদা লিন অদুনা শঙ্গোম থকই। মথংদা চুহীগী পুখ্রি উবদা চুহি অমুক থকই। মতৌ অসুন্না শঙ্গোম চুহী মবুক থন্না থক্লবনিনা তুম্নিংলক্রে। লিন অদুনা নান্না থাদুনা থল্লিবা ফমুং অদুদা ঙহাক পোথাখিগে খন্দুনা ফমুংদা কাখৎখ্রে। অসুন্না কাল কৌবা লাইনা তুল্লুবদগী হৌগৎলকপদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরম্লে। কাল কৌবা লাইনা লিনগী শক্তম থাদোক্তুনা লাইগী শক্তম লৌবগা নিংথৌদা হায়বকই। "হে নিংথৌ ঙসি নঙগী অরোইবা নুমিৎ ওইহল্লগে তৌবনি, অদুবু নঙনা তৌরম্বা অসিনা নশানা নশাবু কঞ্জরে। ঐ পেল্লে নঙনা নিনিংবা বর অম নিজরো ঐ চৎলগে" হায়বকই। লাইগী ৱা অদু তাবদা নিংথৌনা খল্লি, ঐ শিবদগী কনবিরে। অদুনদি সনা লুপাদি ঐঙোন্দা ৱাত্তনা লৈ। অদুদি মীনা ঙম্লোইদবা অমা নিরগে হায়দুনা মখুৎ অনী লোন্নদুনা "হে কাল কৌবা ইবুংঙো! ননাইনা পামজবদি পৃথিবীদা লৈরিবা জীব শা-উচেক, তীল-কাঙ পুন্নমক অসিনা ঙাঙনরিবা মবোলশিং অসিতদি খঙজনিংঙি" হায়না হায়রে। লাইনা "ফরে অদুমক নঙগী ননীঙ থুংজরো, অদুবু ঐনা নঙোন্দা তাক্লিবসি কনাগুম্বা অমত্তদা হায়দোকপা য়াদে, নঙনা হেক হায়দোকপদা নহাক খুদক অদুদা শিবা ওইয়ু" হায়বল্লগা কাল কৌবা লাই অদু চৎখ্রে। অসুন্না "অহিং তুমদবা সাব মচিদগী নিংথৌ অদু শিহৌদে হাযবা খঙলদুনা সার মচি য়োনবা নিপা অদুবা থাগৎখি।

মথংদা নুপী ফুবা সাব মচিগী চাংয়েং অসি করম্না য়েংগনি খল্লিঙৈদা নোংমা নিংথৌনা লুক হাবিঙৈদা চাক মরু অমখক লৈবাক্তা তাখি। ককচেং অমনা উরদুনা চাগে চঙলকপদা হযিং অমসু পাইশিল্লক্তুনা মখোয় অনী চাক

মরু অদু কন্না মুন্নরে । কক্চেংনা হায়,"নঙদি নশা পান্‌বনি কোয়্‌না পাইদুনা অতোম্পা চিঞ্জাক্ থিরুবা ঙম্মী অদুনা চাক্ মরু অসি ঐগী ওইরগে।" কক্চেংগী ৱা তাবদা হয়িংনা হায়্‌রক্‌ই,"কক্চেং নঙসু নখোঙ্ য়াংবা জীবনি, কোয়্‌না চত্তুনা নঙদুম্ অতৈ চিঞ্জাক থিরুচো, মসিদি ঐগী ওইরগে।" হয়িং কক্চেং অনীমক্‌না খৎনরিবদু উবদা নিংথৌ অদু নোক্লিংলম্মী, নোক্ল নোক্লদুনা চাক মরু অদু তঙখায়্ খায়দোক্লগা অনীদুদা য়েন্‌বিরে। নিংথৌনা তৌরিবা মতৌ অদুদা মহারাণীনা ইঙক ঙক্লদুনা "করিনো ইনিংথৌ! ঙসিদি নিতী নুমিৎ খুদিংগা ইমান মান্নদে, করি মরম্ লৈবগে তাক্‌পিউ" হায়্‌না কন্না তক্‌শিল্লক্‌ই মদুদা নিংথৌনা তাক্‌পা য়াদে, হায়্‌দুনা তাক্লে। হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ হায়রবা ফাওবদা নিংথৌনা শুক্তাক্ তাক্লবা অদুদদি মমৈথংদা য়াম্না ৱারৌনা হায়রক্‌ই, "ইনিংথৌ! মতম্ অসুক্ কুইবসি ননাই নুবী ওইদুনা লৈরক্লগা ঐবু নুংশিবিদদুনা ৱাফম্ অদু তাক্‌পীনিংদ্রবনিনা ঐ লৈরুদুনা কান্নদে, ঈশিংদা চোংথদুনা থৱায় থাজখ্রগে" হায়রম্‌লগা তুরেল অমগী মপাল তম্‌না চৎখি । নিংথৌসু নিঙমদনা রাণীগী মতুং ইন্নরক্‌ই। নিংথৌনা রাণীদা "কান্নদে হল্লক্‌উ লাক্‌ও, ঐগী ৱাফম্ অদু নঙোন্দা তাক্‌পা য়াদবা ৱা ওইদুনা তৌবনি।" রাণীনা "তাক্লবদি চৎলরোই হায়," নিংথৌনা "তাক্‌পা য়াদে হায়," অসুন্না মখোয়্ অনী খৎনদুনা লৈরিঙৈদা লমহুই মতৈ মনাউ অনীথক্‌সু তুরেলদা ঈশিং থক্‌পা লাকই। মখোয়্ অনীনা ঈশিং থক্‌লিঙৈদা অরাম্পদা করিগুম্বা পোৎ অমা তুরেলগী ঈশিংদা হংগৎনা তাউথরক্‌পা লমহুই অমোম্ অদুনা উরে। মদু উবদা হায়রক্‌ই "ইবুংঙো আদা করিগুম্বা পোৎ অমা তাউরক্লে, মসি অমুক্তা লোক্‌শিন্‌বিয়ু অদুগা ঐ ইবুক্ থন্না চাজগে।" লমহুই অমোম্‌গী ৱা অদু তাবদা লাবনা খল্লি, পোৎ অসি অশিবা জীব নত্তে, মরম্‌দি অশিবা ওইরবদি হম্বনা তাউথগদবনি, মানা হংগৎনা তাউরকইবা অসিনদি অহিংবা জীবনি। অদুনা অমোম্‌দা লাবনা হায়রক্‌ই "ঐদি মসি লোক্‌পা ঙম্‌লোই।" মদুদা লমহুই অমোম্ অদুনা "ঐ শিরনি হায়্‌দুনা ফ্রং ফ্রং চোংলে। মতৌ অদু উবদা লাবনা "শিনিংলবদি শিজখো, ঐবু নঙনা হেক্ হায়্‌রিবমখৈ ইনগদৌবা য়াগদৌবা নিপানি নিঙব্রা ? য়েংঙু তুরেল লৈরাই মথক্তা লৈরিবা রাণী অমদি নিংথৌ অনীগী মতৌ অসি, ঐবু অপঙবা নিংথৌ ওইরবোই নীঙব্রা ? হায়্‌দুনা লমহুই লাবদুনা অমোমদা তান্না তান্নদুনা পঙচীক্তা চীক্লে অদুগা খুমাংগী মখোঙ অদুনা মমায়্‌দা পঙফুতা ফুরে। মমৈথংদদি লমহুই অমোম্ অদু

শাউদুনা কান্নদ্রে থন্দুনা শাউবা তোক্খ্রে।

নিংথৌনা লমহুই লাবগী ব্রা তারুবগা ইকাইবনা চোম্পা নংলেদো। রাণীদা তোক্লো চৎলসি কোনুংদা হায়রগে হায়দুনা থেল্লগা পুদুনা লাক্মিন্নরে। কোনুং য়ৌরগা নিংথৌনা রাণীবু কা অমগী মনুংদা থোঙ্ লোন্শিল্লগা চৈ অমা পায়রগা রাণীদা হংখিগদ্রা হংখিগদ্রা নঙোন্দা হায়বা য়াদে, তাক্পা য়াদে, হায়রবমক্তদা নঙনা নিংঙাই তৌবদি হায়দুনা পঙফুতা ফুরে। মদুদা রাণীনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা হংজরোই, ঐ লাল্লে হায়না হায়বদা নিংথৌ অদু ফুবা তোক্রে।

মতৌ অসুম্না সার মচি অহুম্ য়োনবা নিপা অদুগী ব্রাহৈ অসিদি ওম্লোক্লা চুম্খ্রেদা মমল য়ামখ্রবা পাউতাক্লি খঙলদুনা নিংথৌনা মনাই অমা থাদুনা সার মচি য়োন্বা নিপা অদু কৌরগা হায়রকই "হে সার মচি য়োনবা নঙগী সার মচিগী চাং য়েংলে, পুন্নমক্ অফবা ঙক্তা ওইরে। ঐনা নঙবু থেংনবদগী ঐ শিবদগী হিংলে। ঐনা নঙগী মচি অহুমগী মমল ওইনা সনা লুপা মপোৎ মপোৎ পীরবসু মতিক চারোই। ইশামক্ পীরবসু পেল্লরোই, ঐগী লৈবাক অসি তঙখায় অমা নঙোন্দা পীরবনি।" নিপা অদুনা "লৈবাক্ তঙখায় অমা পাম্জদে ইরৈবাক্তা হঞ্জখ্রগে ঐগী নুপী অঙাং পুন্নমক উনজবুবগে" হায়বদা, নিংথৌনা হায়রক্ই "নিপা ঐনা নঙবু থাদোক্পা ঙম্লরোই, অদুনা নঙগী নুপী অঙাং পুন্নমক লৌবুরো অদুগা ঐগীদা ঐগা চপ মান্ননা পানমিন্নগদবনি" হায়রক্ই। নিপা অদুনা ইনিংথৌনা হায়বা থুদিংমক ননাই ঐ য়াজরে। ব্রাফম অদু তাবদা নিংথৌনা হরাউদুনা "ঐ পেল্লে" হায়দুনা মফি মরোল হোংদোকহল্লগা চাক পুক থন্না নিংথিনা পীজরগা নিপা অদুগী ময়ুম্দা মনাই মশল লোয়ননা চৎলগা মাগী নুপী অঙাং পুন্নমক্ লৌবুরগা সার মচি য়োনবা নিপা অদু নিংথৌগা চপ্ মান্ননা নুংঙাইনা পান্খি।❑

# মরুপ অনী লম্ কোয়্বা

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মরুপ্ শানৈ। মখোয় অনী অসি মতম্ পুন্নমক্তা চামিন থকমিন্নদুনা নুংঙাইনা লৈমিন্নৈ। নোংমদি মখোয় অনী মহৈ তম্বা অমদি লম্ কোয়বা চৎসি হায়দুনা ময়ুম্ শঙ্গাই থাদোক্লুনা লাপনা লৈবাক্ কয়া লান্দুনা লাকপদা লমলোং অনী ফাংবা লম্বী অমা থেংনরে। মখোয় অনী তান্নরগা মফম অদুদগী কায়নরসি হায়রগা মখোয় অনী মায়গৈ অমমমদা চৎনখ্রে। নোংচুপ থংবা লম্বীদা নিংথৌ মচাদু অসুম অসুম লাকপদা নুমিৎ হুমনি শুবদা লৈবাক অমা থেংনরে। লৈবাক অদুদা মী অমত্তা লৈবা উদ্রবদা মহাক চিংনবা অমদি পোকই। অসুম কোয়না লাকপদা লৈবাক অদুগী কোনুং অমা থেংনরে। কোনুং মনুংদা চঙলকপদা মী অমত্তা লৈবা উদ্রে। কোনুং অদুগী মনাক্তা চাউববা উ পাম্বী অমা হৌরম্মী। উ পাম্বী অদুগী মতোন্দা য়োংনাউ অমা য়োৎহ্লিংনা পুন্দুনা লৈবা থেংনরে। উ পাম্বীগী মখোঙদা পুখ্রি অনী খক্ লৈবম্মী। পুখ্রি অমদা থম্বাল হৌরম্মী পুখ্রি অমদনা নাপী মকা অমা ফাওবা তাদে. তরু তরুবা ঈশিংনি। নিংথৌ মচানা উ মথক্তগী য়োংনাউ অদু লৌথবম্মী। য়োংনাউ অদুনা থম্বাল হৌবা পুখ্রি অদুদা চৎলগা মমিৎ মমাই তাবদা মশক্ মতৌ ফজরবী রাজকুমারী অমা ওল্লে। মদু উবদা নিংথৌ মচা অদুনা ঙক্লদুনা হংলকই "হে ইবেমা! তৌবিবা থৌদোক অসি করিনো?" ঐদি ইঙক ঙক্লে। রাজকুমারীনা হায়বকই "লেংবিরক্লিবা মতিক মগুন লৈববা ইবুংঙো ! ঐনা লৈরিবা লৈবাক অসিগী মীওই পুন্নমক হিংচাবীনা লোইনমক চাখ্রবনি। ঐর্তদি মাগী চাক থোংনবা অমদি সেবা তৌনবা থাক্লুনা থম্লিবা অসিনি। পুখ্রি অমদা হেক লুম্পদা মী ওল্লি. অদুগা পুখ্রি অমা অসিদা লুম্পদা য়োং হেক্তা ওল্লি। অদুগা উ মতোন অসিদা য়োৎহ্লিংনা পুন্দুনা থম্লিবসিনি।" অসুন্না রাজকুমারীগী ৱারী তারগা নিংথৌ মচানা "ফরে অদুদি হোরেন হিংচাবী অদুনা লাক্লগা নঙবু মী ওল্লগা চাক ঈশিং পিজরগা নঙ কপ্পু

করিগী কপ্লিবনো হংলগা অসুম্না হায়রু, ইবেনদি কোয়বা চৎপনিনা শিবা নাবা তম্বা ঙম্বা নত্তেদো. করিগুম্বা ইবেন্না কোক্ হেক্ শিদোক্খরো, অদু ওইরবদি ঐদি মাংজরেদনা উথক্ অসিদা অসুম্ কংদুনা শিবা তাবনি। অদুগা ইবেন্গী অশেংবা শক্তম ঐঙোন্দা তাক্পিয়ু হায়না কপ্পুনা কন্না তক্শিল্লু" হায়রগা পুম্বি অমদা অমুক্ লুপ্শিন্বদা য়োং ওন্দুনা উতোন্দা য়োৎহ্লিংনা পুনশিন্বিরগা থল্লে। নিংথৌ মচা অদু লাপ্তক্লা লোত্তুনা লৈখ্রে।

ঙহাক্ লৈরগা হিংচাবী অদু ঙংদুনা পাইদুনা লাক্লে। য়োংনাউ অদু মী ওনবা পুম্বি অদুদা লুপ্শিন্দুনা মী ওল্লে। হিংচাবীনা মীশা নম্মী মীনু নম্মী মীশা চানিংঙিদা হায়রক্পদা রাজকুমারীনা "ইবেন্ মী কনা অমত্তা লৈত্তে, লৈরিবদি ঐতনি ইবেন্না ঐবু চাগে হায়রগা চাথোক্পিরো; ইবেন্ লৈত্রগা ঐ ইতোমতা লৈহৌবসি নুংঙাইতে ৱাই" হায়না কপ্পদা হিংচাবিনা "ইশুবুদি করিগী চাদোরিবা চাবোই চারোই" অদু হায়রবা ফাওবদা য়াম্না কপ্লে। হিংচাবিনা থেল্লে, করিগী অদুক নুংঙাইত্না কপ্লিবনো ? হংলবদা রাজকুমারীনা "ইবেন্দি কোয়বা চৎপনিনা করিগুম্বা লম্বী লমখাঙদা শিবা নাবা থোক্লবদি নশুদি মাংজরেদনা উথক অসিদা চাদ থক্তুনা অদুম্ কংদুনা শিবা তারে। অদুনা ইবেনগী অশেংবা শক্তম ঐঙোন্দা তাকপিরম্মু।" হায়বদা হিংচাবী "এ অদুগী ওইরে, ঐসি মীনা লাইনা হাৎপা ঙম্বা নত্তে। ইবেন্না শিগদবদি আদা যাত্রা মতোন্দা য়াল্লিবা লিবুং অমদি তুমবা অসি লৈরিমখে, ঐ শিরোই। লিবুং অসিনা হেক তেক্লবা অদুগা তুমবা অসিনা কায়রবা অদু ওইরবদি ইবেন শিরে খঙঙু। মসি কনাদসু হায়দোক্কনু" হায়রগা রাজকুমারী অদু য়োং অমুক ওলহন্দুনা উতোন্দা থরম্লগা ঙংদুনা অমুক পাইখ্রে।

হিংচাবী অদুনা চৎখবা মতুংদা নিংথৌ মচানা উতোন্দা লৈরিবা য়োংনাউ অদু লৌথবে হায়রগা মী ওনবা পুম্বিদা চুপ লুপ্পদা বাজকুমারী অমুক্ ওল্লে। থুদক অদুদা যাত্রা মতোন্দা য়াল্লিবা লিবুং অমদি তুমবা লৌথদুনা থুদেক্কে হেক তৌবদা হিংচাবীদু তুজংখি তন্না অমুক হন্না পাইরকপা উবদা নিংথৌ মচানা লিবুং অদু থুদেকই। হিংচাবীগী মখ্যাও তেক্তুনা থরো থবো ওল্লিঙৈ, তুম্বা অদু অমুক পোপ লাউনা থুগাইবদা হিংচাবীদু শিরে। হিংচাবী শিরবা মতুংদা নিংথৌ মচাগা রাজকুমারী অদুগা পুম্বি অনী অদুদগী ঈশিং থরা থরা শোক্লগা পুদুনা লাক্লে।

অসোম্দনা মতাও মন্ত্রী মচাদি অৱাং লোম্দা অসুম লাকপদা নিপা অনীনা কামদুহা খুজাই অমা মুন্নদুনা লৈবা থেংনবুরে। মদুদা মন্ত্রী মচানা

খামদোক্নুা হায়রে "মরুপ অনী খৎনরন্ ঐ ৱা অমা হায়গে নখোয় অনীমক্ মুন্না তাউ। পোৎ অদু ঐঙোন্দা পীরকউ। ঐনা পোৎ অদু নখোয়দা হুল্লকপদা মদু অঙম্বা শক্তি পুথোক্নুা মুন্নৌ অঙম্বা অদূনা মাগী ওইরশনু।" ৱাফম্ অদুদা নিপা অনীদু য়ারদুনা মন্ত্রী মচানা কামদুহা অদুগী মহুৎতা লৈতুম্ ওইনা হুনখি, নিপা অনী মুন্নগদগী চেনশিল্লিঙৈদা মন্ত্রী মচানা থোকউ হায়বতা থোকপা য়াই ওইবা কামদুহা খুজাই অদু পুরগা চেল্লক্লে।

মন্ত্রী মচানা অসুম্ লাকপদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা থেংনরে। নিংথৌগী খরায় থোঙ্গান্দা ময়েক চাউনা রাজকুমারীগী লুহোং ৱারোন ইদুনা লৈবদু পায়, "মচা ইবেম্মনা নোংমগী অপাম্বা পোৎ পীয়ু হায়বা মখৈ পীবা ঙম্বা নুমীৎ মঙানি চাংয়েং তৌগনি মদুদা ঙল্লবদি রাজকুমারী অসি কন্যাদান তৌগনি। মদু ঙমদবা তারবদি রাজকুমারীগী মীনাই ওইগনি। মন্ত্রী মচা অদু মরাইবক য়েংলগে খন্দুনা কোনুংদা চংলক্লুনা রাজকুমারীদা মহাক্সু অপাম্বা পোৎ পীবা ঙমৱা য়েংগে হায়বদা, য়ারে। অহানবদা সনাগী লৈহাও অহুম পীয়ু হায়বদা মদু পীরে। অনীশুবদা সনাগী তাংবল অনী পীয়ু হায়বদা মদুসু পীরে। অহুমশুবদা সনাগী তেনৱা পীয়ু হায়বদা মদুসু পীরে। মরিশুবদা সনাগী শজি পীয়ু হায়বদা মদুসু পীরে। অসুম্না নোংমতা ঙায়বে মন্ত্রী মচাগী চাঙয়েং অদু লোইগদবা। অদুদা রাজকুমারীনা মন্ত্রী মচাসিদা মহাক শোয়দনা লৈবা তারে হায়বসি খল্লদুনা মনাই অমদা "মন্ত্রী মচানা ইরুজরিঙৈদা থোকউ হায়রিঙৈ থোকপা পোৎ অমা শোয়দনা লৈরমগনি, মদু হুদুনা পুরকউ" হায়বদা, মন্ত্রী মচানা ইবুজদুনা লৈরিঙৈদা কামদুহা খুজাই অদু হুদুনা পুরক্লগা রাজকুমারীগী মফমদা শীন্নরবে। মঙানি শুবা নুমিৎ অদুদা রাজকুমারীনা "সনাগী লৈহাও অহুম পীয়ু" হায়বদা মন্ত্রী মচাদু কামদুহা মাংখবদা পীবা ঙমদ্রে। নুমিৎ অসিদগী মন্ত্রী মচাদু মরু কোক্লগা রাজকুমারীগী ইরুজনবা ঈশিং হোনবা মীনাই ওইদুনা লৈরে।

মতম অদুদা নিংথৌ মচাদু মতাও মন্ত্রী মচাগী থোঙ্গুল লিদুনা লাকপনা কোনুংগী খরায থোঙ্গাল য়ৌরক্লে। মন্ত্রী মচানা মরু কোক্লগা ঈশিং হোল্লম্বা অদু থেংনরে। মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচা উবদা ইকাই নুংশি য়াম্না মমিত্তগী মপি তাদুনা কপ্লে। মরম খুদিংমক নখোয় অনী ৱারী শান্নরগা মন্ত্রী মচানা রাজকুমারীগী ইরুজনবা ঈশিং অদুদা নিংথৌ মচানা পুবক্পা য়োং ওন্নবা ঈশিং অদু খরা হৈবগা পুদুনা চৎখ্রে। ঙহাক্ লৈরগা রাজকুমারীনা ইরুজবদা রাজকুমারী অদু য়োং ওল্লে। নিংথৌ মচানুপী রাজকুমারী য়োং ওল্লে হায়বদু তাবদা মীয়াম

পুন্নমক্ ইলাং লাংঙি। মী খরা পেন্নবসু য়াউরি। খরনা ওম্থোকপনিদা শোন্নে। মপা নিংথৌ মথল্লায় ল্লানা য়াম্না নুংঙাইতনা মীয়ামদা "কনাগুম্বা অখঙ্ অহৈবনা ঐগী ইচানুপী য়োং ওল্লিবসি মী অমুক্ ওল্লহনবা ঙম্বা নিপাদা রাজকুমারী অসি কন্যাদান্ কৎকনি" হায়না লাওথোক্লে। মদু তাবদা নিংথৌ মচা অদু কোনুংদা চঙলক্লগা "ইনিংথৌ ননাই ঐহাক্ লাইবক য়েংজগে" হায়না হায়রগা মহাক্না পুরকপা মী ওন্নবা ঈশিং অদুদা মন্ত্রী শোনজিন্নরগা য়োং অদু ইরুথোকপীবদা রাজকুমারী অদু অমুক্ মী ওল্লে। মদুদা রাজকুমারী মী ওল্লে হায়দুনা মীয়াম পুন্নমক্ হরাউনরে। মী ওলহনবা ঙম্বা নিংথৌ মচা অসিদা রাজকুমারী কন্যাদান কৎলগে হায়রক্পদা, নিংথৌ মচানা হায়রে, "ইনিংথৌ নচানুপী রাজকুমারী অসি মরু কোক্লগা ঈশিং হোল্লিবা ঐগী ইতাও মন্ত্রী মচাদা পীবীয়ু।" হায়না হায়জরবদা নিংথৌনা, "ফবে নঙনবু য়ারবদি" হায়দুনা রাজকুমারীগা মন্ত্রী মচা অদুগা লুহোংদুনা পীরে। মতৌ অসুম্না নিংথৌ মচা অমদি মন্ত্রী মচা অনী অদু রাজকুমারী অমমম ফংদুনা মরৈবাক্তা হল্লগা নুংঙাইনা পান্খি। ❑

# সনাগী তেন্‌ব্রা অমদি সনাগী শজি

থাম্বনা মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মথোয় অনী অসি য়াম্না লুনা চান্না তিন্নদুনা মরুপ শান্নে। মথোয় অনী অসুম্না চান্না তিন্নরক্‌পনা চাওবা শারেপ ফাখিবা খঙহৌদে। পাথং মপুং ফারবদা, মপাবুং নিংথৌ অমদি মন্ত্রীনা মতিক মগুন লৈরবী মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যা অমমম লুহোংবীরে। অসুম্না লুহোংলবা মতুংদা মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচাদা "ঐখোয় অনী অসি ইপা নিংথৌ অমদি ইপা মন্ত্রীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা নোংমদি শেয়দনা নঙনা নিংথৌ ওইরগা ঐনা মন্ত্রী ওইদুনা লৈবাক অসি ঐখোয় অনীনা ভাক শেন্দুনা পানগদৌরিবনি। অদুবু ইতাও ঐখোয় অনীদি কবিগুম্বা মহৈ মশিং অমত্তা হৈত্রিদো। মরম অদুনা মহৈ মশিং তম্বা চৎলশি" হায়দুনা ময়ুমদগী লম্বীদা চানা থক্লবা অমদি সনা লুপা খবা য়োমশিল্লগা লাক্লে। অসুম অসুম লাকপনা লমলোং অনী ফাংবা লম্বী থেংনরে, "মফম অসিদগী মথোয় অনী কায়নরসি ইতাও ঙসিদগী চহি অমা ফাব নুমিৎতা মফম অসিদা অমুক উনসি" হায়নরগা মথোয় মরুপ অনী কায়নরে। নিংথৌ মচানা অসুম লাকপদা উমং অমা থেংনরে। হায়রিবা উমংসি হৈকোল লৈকোলনা মপুং ফানা হৌবা যেংখিবদা পুক্লিং হুরবা হৈ-লৈগী মনম্না নুংশিনা নম্বা উমং অদগী ময়ায়দা চাওখবা খোঙনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা লম্বোইবা অমা লাই নিংদুনা লৈবা অদু উরম্মী। নিংথৌ মচানা লাইনিংলিবা লম্বোইবদু ইচম চম্বা নত্তে, হায়বা খঙলদুনা মহাক গুরু খল্লগে হায়না খল্লিঙে লম্বোইবা অদু লাইনিংবা লোইরদুনা হৌগৎলকই। মতম অদুদা নিংথৌ মচা অদুনা মখোঙ পায়দুনা খুরম্মী। অদুগা হায়জরে," গুরুদেব ননাই ঐহাক্‌সি গুরুগী সেবক ওইজগে হায়রবদা গুরু অদুনা হরাউ হরাউ য়ারে।

অসোমদসু মন্ত্রী মচা অদুসু অহল ওইরবা গুরু অমা ফংলদুনা মহৈ

তম্বা হৌখরে। চহি অমা শুরবদা মহে মশিং মপুং ফানা হৈরবা মতুংদা মখোয় অনী অদু মাগী মাগী গুরুদা মানা মানা য়াওরক্পা সনা লুপা খরা অদু গুরু দক্ষিনা কৎলম্লবা মতুংদা নিংথৌ মচা মন্ত্রী মচা অনীদু হান্না হায়নখিবা মফম্ অদুদা থুংলরে। মখোয় অনী পুন্না অমুক হনমিন্নরক্পদা উমং অমা থেংনরে। উমং অদুগী মনুংদা চাওরবা উখোঙ্ অমদা ঙহাক্ পোথাসি হায়দুনা পোথাখি। মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচাদা হায়রক্ই,"মফম্ অসি য়ান্না মতা চারে, ঐখোয় অনীনা তম্লক্পা মহে মশিং করি করি তম্লক্ই হায়বদু উমংসিদা অমুক্তং চাংয়েং ওইনা উৎথোক্লরসি" হায়রকই। নিংথৌ মচাসু ফৈ কৈদৌবগে হায়দুনা অনী য়ান্নরবা মতুংদা মন্ত্রী মচানা হান্না উৎলগে হায়দুনা লৈমায়দা লোংনা হিপ্লগা মখুবাক্তা মন্ত্র শোল্লগা মমায়দা অমুক্তং নানবদা থব্রায় অদুনা ফজখ্রবা সনাগী শজি অমা মচিন্দগী চোংথোরক্লগা চেন্ চোংদুনা শান্নরম্লগা মন্ত্রী মচাগী মচিন্ মনুংদা শজি অদু পিশক্ পিক্লগা অমুক চঙখ্রে। মন্ত্রী মচাগী মহে উৎপা লোইরবা মতুংদা নিংথৌ মচানা অমুক্ লোংনা হিপ্লগা মখুবাক্তা মন্ত্র শোল্লগা মমায়দা অমুক্তং নান্বদা ফজখ্রবা সনাগী তেনৱা অমা নিংথৌ মচাগী মচিন্দগী তে, তে, খোঙদুনা পাইথোরক্লগা উশা অমদা তোংদুনা শান্নরিঙৈ ,তাঙ্গা অদুদা পুক্চেল্ ফত্তবা মন্ত্রী মচানা খল্লি, "ঐ সনাগী শজি ওন্দুনা মাগী লৈমায়দা তাদুনা লৈরিবা হকচাং মনুংশিদা চঙলবদি ঐ নিংথৌ মচা ওইগনি।" অসি খল্লগা সনাগী শজি ওল্লগা অশিবগুম্ তাদুনা লৈরিবা নিংথৌ মচাগী মচিন্ মনুংদা চংখ্রে। অদুদগী মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচা ওইনা হৌগৎলগা মাগী হকচাং পোলাং অদু শীং অকংবা খরা থিরগা মৈ থাদোক্লে। মবুক ফত্রবা মন্ত্রী মচানা তৌরিবা অদু নিংথৌ মচানা উবদা খল্লি "ইস! ইতাও নঙ অসিদি ওম্লোক্লা নবুক ফত্তেদা ঐবু অমুক তাইবং মী ওইদনবা নশাগী হকচাং পোলাং ফাওবা মৈ থাদোক্পা ঙম্মদা। ও! ঐগী পুন্সি অসিদি সনাগী তেনৱা ওইনা লৈবা তারেদকো।" হায়রকপা অদুদা মন্ত্রী মচানা ইতাও নথব্রায় মাঙনিংলবদি ঐগী ইনাক্তা লাকউ ঐনা পায়রিবা থাংসিনা কক্তুনা নশাগা নকোক্কা তোঙান্ তোঙান্না তাহনগে লাকউ। মন্ত্রী মচাগী ৱাহে অদুদা সনাগী তেনৱা ওইনা লৈরিবা নিংথৌ মচা অদু মমিত্তগী মপি শিন্থখি।

মন্ত্রী মচা অদু নিংথৌ মচা শাদুনা ময়ুমদা লাক্লে। ময়ুম্ য়ৌরগদি মন্ত্রীনা "নতাও কদায়দা লৈহৌরে?" হায়না হংবদা "ইতাও মন্ত্রী মচাদি ঐগা মহাক্কা লমলোং অনী ফাঙবদা কায়নরে।" হায়না খুমখি। অদুদগী নিংথৌ মচা শাদুনা লাক্লিবা অদুনা মতাও নিংথৌ মচাগী পোৎথাফম্ শঙ্গায়দা চঙদুনা

পোথাখি। তঞ্জা অদু নিংথৌ মচাগী নুপী রাণীদু নুমিৎ (সূর্য্যদেব) খুরুম্বা য়াদবা মতাং থোক্কুনা লৈরম্মী। রাণীনা নিংথৌ মচা অসি মহৈ তম্বা চৎলুবদগী হান্নগী মওংগা মান্নদবা অদুদা চীংনবা অমা পোকই। অসুম্বা নুমিৎ থরনি লৈরগা অহল ওইরবা নিংথৌনা নোঙ্গাখবদা মন্ত্রী মচানা নিংথৌ ওইনা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি। অদুগা লোয়নন্না কোনুংগী পাক্লবা লম্পাক অদুদা মানা নিংথৌ ওইবগী অচৌবা কুম্মৈ অমা পাংথোকই কুম্মৈ অদুদা মানা মানা ঙমজবা হৈজবা ঊংনরি।

অসোমদনা সনাগী তেনবা ওইদুনা নিংথৌ মচানা লৈবাক কয়া লান্না পাইদুনা লাকপনা নুমিৎ কুমনি শুবগী অহিংদা মাগী লৈবাক য়ৌরক্লে। নোংঙাল্লে অমুক মনঙবদা রাণী অদু ইবুঙোগে হায়দুনা তুরেলদা লাক্লগা ঈশিংদা কুমথদুনা তেক ইরুজগে তৌবদা উশা অমদা উচেক অমা তোংদুনা লৈবগা মমী অদু ঈশিংদুদা উবা অদুদা বাণীনা নৈংখৎলকপদা ফঙখবা সনাগী তেনবা অমা উশাদুদা তোংবা উখি। পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রিবা সনাগী তেনবা অদুদা ইঙক ঙভুনা লেংদুনা লৈখি। অদগা খল্লি ঐগী ইনাক্তা পাইরল্লগা ঐনা পমদুনা পাযদুনা শান্নববদি থাল্লৈ. নিংথৌ মচা সনাগী তেনব্রানা. মাগা নপী বাণীগী লেঙবান্দা তোংলগা মমিত্তগী মপি শিন্দুরগা হায়বকই. "হে মহারাণী নঙদি খঙদি নঙগা নপুরোইবা নিংথৌ মচা হৌজিক লৌববা অদু শ্যাজিন্নবা নিংথৌ মচানি. মহাক অশেংবা নিংথৌ মচা নত্তে। মনুক ফত্রবা ইতাও মন্ত্রী মচানি। ঐহাকসি নঙগী অশেংবা নপুরোইবা নিংথৌ মচাদুনি। ইতাও মন্ত্রী মচাগা মহৈ তম্লরগা হল্লকপদা উমং অমদা মানা মানা তম্লরা মহৈ উৎথোরুবদা ঐনা সনাগী তেনবা ওল্লিভৈদা পুকচেল ফত্তবা ইতাওনা সনাগী শক্তি ওল্লগা ঐগী অশিবগুম তাদুনা লৈবিবা হকচাং পোলাংদা চঙখিদুনা নিংথৌ মচা ওল্লগা ঙসি নিংথৌ ওইবিবা অসিনি। বাণী অদু হান্নদগী খরগা চিংনদুনা লৈরম্বগা সনাগী তেনৱানা তম্লিবদগা অমুক হেন্না চিংনখে। সনাগী তেনৱাদু মপুরোইবা অশেংবনি খঙলবদা বাণীনা "মতৌ করম তৌরগা হান্নগী নিংথৌ মচাগী শক্তম অমুক হন্না লাক্কদগে ননাই নুপীদা তাকপিয়ু " হায়বকই। সনাগী তেনৱানা ৱাফম খুদিংমক হোরেন মীয়াম মমাঙদা হায়গদবা তৌগদবা পুন্নমক রাণীদা হায়রে। রাণীনা সনাগী তেনৱা অদু যাম্না চেকশিন্না কনা খঙহনদনা কোনুং তম্না পুরক্লগা সনাগী পোন্দা থমখি।

নিংথৌ অমদি মন্ত্রী অঙম অথৌবনচিংবা মীয়াম্ চোনা তিল্লবা মতমদা ঙসাই সনাগী তেনৱাগা তান্নখিবা ৱাফম অদুগী মতুং ইন্না রাণীনা

নিংথৌদা হায়রকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো! ইনিংথৌনা চহি অমা চুপ্পা মীরৈবাক্তা মহৈ তম্লকপা অদু করি করি মহৈ তম্লকপনো ? ঙসি লৈবাক মীয়াম মমাঙসিদা ইনিংথৌনা তম্লকপা মহৈ অদু অমুক্তা উৎপিয়ু" হায়বদা ঙমলোই হায়দুনা য়ারম্দে, অদুবু লৈবাক মীয়ামনা "মহারাজ অমুক্তং উৎপিয়ু কৈদৌবগে." রাণীনা তকশিল্লকপনে, উত্তরা য়াদদুনা উৎলগে হায়দুনা মীয়াম মমাঙদা ফজবা ফিদা অমা থারগা মদুগী মথক্তা লোংনা হিপ্লগা মখুবাক্তা মন্ত্র শোল্লগা মমায়দা অমুক্তং নানথবদে। মচিনদগী ফজবদা সনাগী শজি অমা চোংথোবত্তুনা লম্পাক অদুদা চেন্না চোংনা শান্নবিঙে তাগো অদুদা রাণীনা পোন অদু লৌবুনগা মখুম হংদোকপদা সনাগী তেনবাদুনা পাইথোবক্তুনা তাদুনা লৌবিনা নিংথৌগী হকচাং অদুগী মচিন্দা পাইশিনখে, হান্নগী মতৌগুম হিংগৎলক্লে। অদুগা মবুক ফজবা মন্ত্রী মচা সনাগী শজিদুনা হুঞ্জিল্লকপদা হকচাং লোলাং অদু হিংগৎলম্বা অদুদা শাজা চঙ্কম লৈত্তুনা সনাগী শজি ওইনা উমং তানা চেনখি।

অশেংবা নিংথৌ মচানা তিল্লিবা মীয়ামদা অশেংবা বারী পুন্নমক লিদুনা তাহল্লে। অদুদগী নোংমা অমুক লৈবাক মীয়াম খাওনা নিংথৌ হাপ্লগা পুবক-চেল খোইজেল তিন্ননা লৈবাক মরা তপ্পা পুংভাই য়াইফনা পানখি। ❑

# লাইবক্কী লাই

থায়না মমাঙঙৈদা খুঙ্গং অমদা অহল্ অমা লৈরম্মী। মাগী মচানিপা অনীখক্ পোকই। মহাক্না অহল্ ওইরক্লবা অদুদা মচা নিপা অনী অদু কৌশিল্লগা,''ইপাদি শিরমদাই মতম য়ৌরক্লেদো হয়েং তুংদা নচিন্ ননাউ অনী খৎনা চৈনদনবা ইপাগী লন থুম, লৌ-ইংখোল লৈরিবা অসি চপ্ মান্ননা য়েন্‌বিরগে হায়্‌দুনা মচা অনীদা তঙখায়্ তঙখায় চপ্ মান্ননা য়েনবিরে । মতম খরা লৈরগা মপা অদু শিখ্রে।

অহল্ অদুনা শিরবা মতুংদা মচিন্ মনাউ অনী অদু মী ওইবা ঙম্নবা লৌ ইংখোল্ কন্না শু নোমদুনা হোৎনরম্মী। মনাউ নিপা অতোম্বদি তৌরু তৌরুবা থবক্ খুদিংদা ইকান্তা কানরদুনা ফৌ অমদি ইংখোল্‌গী পোৎথোক্ পঙফতা ফবনা মহাক্তি নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমা ওইরে।

ময়াম্বা অহল অদুসু মনাউনা শুরিবা থবক অদুগুম্না কন্না শুই। অদুবু তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংদা পুথবনা অসুম হেল্লক্কুনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম ময়েং তারক্কুনা লাইববা মী অমা ওইরে। নোংমদি চানবা চেং খুয়া অমা ফাওবা লৈত্রবদা অঙাংশিংনা ''ইমা চাক চাগে চাক্ পীয়ু'' হায়্‌না কপ্পুনা নিংঙাই তৌরকপা অদুদা তৌফম্ খঙদ্রদুনা মমা মচা মখোয় পঙকপ্তা কপ্লে। মখোয়না কপ্পা লাউনবা অদু তাদুনা মনাউ নিপানা লাক্লগা মতৈমদা হঙবদা, মতৈমনা, ''ইবুংঙো! নঙগী নয়াম্বসু শুবা য়াবা শুরে নোম্বা য়াবা নোম্লে, অদুবু লাইবক্লা য়াদবনা লাইরবা হায়্‌বদু ওইরে। অঙাংশিংনদি চাগে চাগে হায়্‌রকপা অদুদা ইতৈমনা তৌফম্ খঙলক্তদুনা ইমা ইচা ঐখোয়্ কপ্লিবনি।'' মতৈমগী ৱা অদু তাবদা তুমিন্না চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা চেং হৱাই, থাউ, থুম্‌নচিংবা খরা পুরক্কুনা মতৈমদা পীরে। ''ইতৈমা! অসি থোংলগা অঙাংশিংদা পীজরো। অদুগা হয়েং অসি অয়ুক্ ইতৈমগা তাদগা ঐগী লৌবুক্তা চৎলগা লৌ ফৈদোম্ অনীখক্ খাওবুরো, অদুনা হৌদোক্নৌ হায়রগা মনাউনিপা চৎখ্রে। মতৈমদা

মনাউনা পীরম্বা চেং, হৱাই, থাও, থুম্ অদু চাক্‌খুম্‌দা পুশিল্লগা থোংদুনা অঙাংশিংদা পীজরগা মখোয়সু খরা খরা চারগা অহিং অদু লেল্লে। নোং ঙাল্লগা অয়ুক্ ঙন্না হৌগৎলগা মতৌ মনাউদু মখুত্তা থাঙ্গোল্ অমমম্ পায়রগা লৌবুক্তা চৎলগা মনাউনিপাগী লৌফম্‌দা ফৌ থাওগে হেক্ তৌবদা মমিং লাওবা কুচুনা মৈতানমুক্ মুবা অকিবগী শক্তম্ ওইবা নিপা অমা লৌবুক্ ময়ায় অদুদগী হৌগৎলক্তুনা "হায়! মীগী লৌবুক্তগী ফৌ হুরাল্লিবা করিগিনো ?" হায়রগা মঙক্ পায়রগা ময়ুম্ য়ৌনবা ইল্লক্লে। থৌদোক্ অদুদা ময়াম্বা অদু ইকাইরে অমদি মনাউদা শাউরে। লৌবুক্তো মীনাই অমা লৌ শংনবা থমজিল্লগা ঐখোয়্ অনীবু ইকাইবা পীগদগী থৌরাং তৌরল্লিবা য়াৎনি মাদি। ওম্বোক্লা মবুক্ ফত্তেদা ইনাউসে।

লাইরবগী মবুপ লৈতে
নিংথৌনা ঙাই থিদে
ইনাখুন্‌বদি ৱা খঙদে
হায়্‌বদু হেক্ চুম্মীদা।

অসুন্না থল্লগা ময়ুম্ য়ৌরগা মনাউ নিপাদা শাউনা "অদুম্ হায়না তৌব্রা ? লৌবুক্তা ইনাউনা মীনাই থল্লগা নতৈমগা ঐগাদা ইকাইবা পীবদি করিগিনো ?" হায়বদা মনাউ নিপানা ইঙক ঙক্লা "করি তৌরবগে তাদা ঐদি করিসু তৌখিদেনা" মযাম্বনা লৌবুক্তা থোকপা থৌদোক্‌শিং অদু তম্বদা। মনাউ অদুনা, "অদুদি চৎশি লাউ ঐগী ইখুৎমক্লা ফৌ অদু থাউরগা ইতৈমগা তাদগদা পীজগে।" হায়্‌দুনা মখোয় অহুম লৌবুক তান্না লাক্রে। অদুগা মনাউ নিপানা লৌ থাওগে হেক তৌবদা ঙসাই ময়াম্বগা মতৈমগদা উহনবা অকিবগী মশক ওইবা নিপাদু অমুক থোরক্লে। অদুগা হায়্‌রক্‌ই ,"হায়! লৌ মপু শক্‌থিবা নঙনা ননিং পঙতৌ তৌবা য়াব্রা ? করিগীনো নঙনা অতোম্পদা ফৌ পীথোক্কদৌরিবদু ? অকিবা ফংলবা শক্তম্ অমুক্তসু উখিদ্রিবা নিপা অদুদা মনাউ নিপানা "নহাক্ কনানো নঙগী নথৌ করি লৈ ?" নিপা অদুনা "ঐগী ইথৌ লৈবনা হায়বনি । নঙনা নুংঙাইরিবা অদু ঐনা নোংজু নুংশা খাক্তনা লাঙ্গোল খোইরগা, য়োৎ তৌবগা, ফৌ থারগা ফৌগী চাথোক হেন্না পীরিবা নিপা অদু ঐনি। অদুদি ঐ অসি কনানো খংলব্রা ? নঙগী লাইবক্কী লাই অদুনি।" ৱাদু তাবদা মনাউ নিপা অদুনা "অদুদি ঐখোয়্ তাদগীদি " হায়দুনা হংবদা লাইদুনা "মাদি অা সমদ্রুগী ৱাংমদা তুমদুনা লৈহৌরি। ঐগা লাক্‌মিন্নবনি মাদি অদুম তুমদুনা লৈহৌরে । ৱাসি তাবদা ময়াম্বা অদু

কিরম্বদগী কিবা থরদি ফরে।ময়াম্বনা "অদুদি কদাই চৎলগা ঐগী লাইবক্কী লাই অদু ফংগনি, লাইদুনা ময়াম্বগী ৱা তাবদা হায়রকই "নমায় নোংপোক পাংনা চৎলু। নুমিৎ থা কয়া চৎলগা সমদ্রু থেংনগনি মদুগী ৱাংমা লাল্লগা চৎলু থরা চৎলগা চাউরবা চীং অমা ফংনগনি, চীং অদুগী ময়ায়দা চাউরবা উ পাম্বী অমা হৌরমগনি। মখোঙ্ অদুদা ঐগা শক্ চপ্ মান্নবা নিপা অমা তুল্লমগনি। মাবু হৌদোক্লগা নঙগা লাকমিন্নরো, অদু ওইরবদি নঙসি নুংঙাই য়াইফবা হায়বদু ওইরনি থঙঙু। অসি হায়রগা লাই অদু মাঙখ্রে। মখোয় অহুম ময়ুমদা লাকমিন্নরে।

নোংঙালবগা ময়াম্বনা মনাউনিপাদা "নতৈমা অমদি নচাশিং পুন্নমক অসি নঙনা থরা য়েংশিল্লু ইয়াম্বা লাইবক্কী লাই থিরুগে" হায়রগা মনাউদগী লমদা চানবা চেংজেন থরা লৌরগা মমায় নোংপোক পাংনা অসুম অসুম লাকপনা নুমিৎ থা কয়া ফাখ্রে। অহিং মতম ওইরগা উখোঙ্ ৱাখোংদা অহিং লেল্লি। চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ তৌদুনা লাকপনা সমদ্রু মপান যৌরক্রে। পাক্লবা ইপাক অদু উবদা অকিবা অমা পোকই। থল্লি ঐবু করম্না লানগনি, অসুক ৱানা লাক্লগা অরেম্বদা তারদ্রা ? থনবা মথৈ থল্লগা অসুক ৱানা হিংবগী মহুত্রা লাইবক যেংলগে, শিরে ফবে চংলে ফরে হায়দুনা সমদ্রু অদুদা চোংথদুনা ইরোইবে। অসুন্না থরা থরা ইরোইদুনা লাক্লগা ৱারবা মতমদা লোংনা তাউদুনা ঈচেলগী মতুংইন্না খজিক খজিক চেম্বরগা লাকপনা নুমিৎ থরনিগী মতুংদা সমদ্রুগী তোর্বান যৌরে। অদুদগী অসুম লাকপনা মখোঙ্ থাংবা ঙল্লক্তবা মতমদা মখোঙ অদু চিংল চিংলদুনা তুরোই ঙারোই তৌদুনা লাকপনা চাউখ্রবা চীং অদু ফংলে । অদুবু নুমিৎ কয়ানি চাদ থক্তবনা চীং অদুগী মথক্তা করম্না কাগনি থনবদা অৱাবা অমা ওইরে। অদুবু ৱারবসু ৱানা চীং অদুগী মথক্তা কাখৎলগা উ অদুগী মখোঙ্ যৌরক্রে। উগী মখোঙ্দা তুল্লিবা নিপা অদু উবদা মপুক্লিংদা থল্লি, অসিবু ঐগী লাইবক্কী লাইনিকো। মনাক্তা চংলগা হৌদোক্রে, "হায়! ঐগী লাইবক্কী লাই নঙবু তারিব্রা ? হৌগৎলো হৌজিক ঐ নঙবু লৌবা লাক্লিবনি" হায়না হৌদোকপদা লাই অদু মমিৎ খঙপাঙ পাঙথোক্লকই অদুগা হায়রকই "এ! ঐদি কুইনা তুম্লুরেদা, ফরে ফরে নঙ লাক্লবনিনা" হেক হায়বদা নিপা অদুগী মরাইবক্তো থরা ফরা মালে, উ অদুগী মতোন্দা কাক মতৈ মনাউ অনী মহুম শাদুনা লৈরম্মী। মচিঞ্জাক থিবুবদগী হঞ্জিল্লকপদা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা মচিন্না চেন্দুনা পুরক্লগা মচাগী মচিন্দা ইনবা অদুদা পোপ লাউনা লৈবাক্তা হেক তাবদা লাইদুনা খুল্লগা নিপা অদুদা "সে সে তম্ফা

খুদোপ্ অসি লৌশিল্লো, মসি থোক্উ হায়্বতা থোক্পা খুদোপ্ য়াইওইবনি। হৌজিক্তী ঐসু মিকপ্ থোক্লবনিনা নঙগী নরাইবক্ ফরনি। অৱাবা পুম্বা কোক্লনি লাউ চৎলসি হায়্দুনা লাইদুনা মমাঙ্ থাদুনা লাইরবা অদুগা লাক্মিন্নরে। অসুম্ লাক্পদা সমদ্রু মপাল য়ৌরে। লাই অদুনা নিপা অদুদা "নঙগী তম্ফা খুদোপ্ অদুদা হিজাও অমা থোক্উ হায়্না হুল্লো!" হায়্বদা লাইরবা অদুনা "হে খুদোপ্ হিজাও অমা থোক্ ও" হায়্না হুনবদা হিজাও অমা থোক্লে। মখোয়্ অনী হিথক অদুদা কাখৎলে। লাইদুনা "নঙদি নহানমখৈ ৱাবুরবনি হি অসি ঐ হোল্লগে হায়্দুনা হোনবিরে। অসুম হি হোন্দুনা লাক্পনা সমদ্রু মপাল য়ৌরদুনা মখোয় অনী হিদগী কুম্থরগা লাকখি। লম্বীদা পান লম্পাক্ অমা থেংনরে। পান্শিংদুনা "ঐখোয়্সু খরা পুবিয়ু" হায়্বদা লাইরবনা "ইশা ইতোমতা চৎপা ফাউবা ঙমদ্রবা মতম্সিদা" হায়্না খুল্লে। লাইদুনা "হেক পানাও অনীদং ওইরবসু পুজম্মু" হায়্বদা লাইরবনা পান মনাও অনীদং য়েপ্শিল্লে। খরা চৎলগা শীং অমুক্ থেংনরে, অদুসু মনাউ অনীদং য়েপ্শিল্লে। খরা চৎলগা অমুক্ লফুমুক থেংনরে, অদুসু অপিকপা পাম্বী মচা অনীখক্ পুদুনা মখোই অনীনা লাকপনা ময়ুম য়ৌরে। মতু মচা মচিন মনাউ উন্নদুনা হরাওখি।

নোংঙাল্লগা লাইদুনা নিপা নঙনা পুরকপা পান,শীং,লফু অদুগা ফৌ মরু খরগা পুরগা হৌজিক লৌবুক্তা চৎলসি হায়্দুনা মখোয় অনী লৌবুক্তা কুমখ্রে। লাইদুনা "ঐ লৌবুকসিদা হিপ্লগে নঙনা মবু মরাং পোৎ পুম্নমক ঐগী থবাক্তা পঙলংতা লংশিল্লকউ" হায়্না তাকপিরে। লাইদুনা তাক্পা খুদিংমক অমঙা চিথদনা থবকশিংদু পাঙথোক্লে। লাইদুনা "ফরে ফরে নয়ুমদা পোথাজবুরো" হায়রে. মদুদা লাইরবা অদুসু ময়ুমদা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরগা তম্ফা খুদোপ অদুদা "য়ুম ফজবা অমা শারো" হায়না হুনবদা ফজবা য়ুম অমা থোক্লে। "ষণ, শগোল, শামু, সনা, লুপা থোক ও" হায়বদা থোক্লনা অৱাৎ অপা লৈতবা মী অমা ওইরে। মতম্ খবা লৈরগা লাইবক্কী লাইগী থবাক্তা লংখিবা পান,শিং,ফৌ ,লফুনচিংবা মহৈ মরোং মপুং ফানা মহৈ য়াল্লে। মদু লোকচরগা লাইরবা অদু নুংঙাই যাইফনা পানখি। ❑

# অকন্‌বা নিপা

থায়্‌না মমাঙঙৈদা লাইরবী লুখ্রাবী অমা মচানিপা অনীগা মখোয় অহুম খুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। মচানিপা অহল্ অদুদি মমাগী থবক ইনখাং মতেং হেক হেক পাঙলম্মী। অতোপ্পা অদুদি থবক্ অমতা শুনিংদে, মাগী হায়ববু নোংঙানবগা চাবা থকপা লোইরগা কোয়বনা মাগী মথৌ ওইরম্মী। ময়াম্বা অমদি মমানসু ঙাংবা চৈবা তৌদে।

নোংমদি মহাক্না অসুম লৈকাইদা কোয়খিবদা মমান্নবা খরগা নিংঙাইশাংদানদুনা খৎনরে। ইকাইবা খরা নংলে, মীনা খরা লাকচখ্রে, অদুদা শাওমনখিদুনা মহাক ময়ুমদা হঞ্জিনগনি হায়বা ফাউবা কাউখিদুনা মানা অসুম কংঙাউনা লাকপনা তোংজৈমরিন লম্বীদা অসুম্ অসুম লাকপনা কাছাড় লৈবাক য়ৌরে। মহাক্ খনফম খঙদে, কনাগীদা লৈগনি, মাগা খঙনবা কনাসু লৈতবনিনা খুঙ্গং অমগী লম্বী মপান্দা হৌবা অচৌবা উ পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা লৈখি। চাদ থক্তবনা চোক্থরবা মশানিনা মমিৎত্রে উইরি উইরি উজাওদুদা ঙাদুনা লৈরিঙৈ মতমদুদা চা বাগানগী সাহেবকী উ শুবা অহল অমা থবক্তগী হল্লকপদা থেংনরে। অহল অদুনা পাখং মচা অদুদা ইবুংঙো!, ''নহাকপু কদায়দগীনো ঐনা অমুক্তসু নঙবু উখিদ্রি, কনাগীদা লাকপনো ?'' নিপামচা অদুনা খুড়াবু নচাদি মণিপুরদগী লাকপনি। ঐনা খঙনবা কনাসু লৈতবনা কনাগীদা চঙগনি লৈগনি মফম্ খঙদনা লৈরল্লিবনি। নিপা মচা অদুগী চমন্নরবা পুন্সি অদুদা অহল অদুনা নুংশিরদুনা ''লাউ চৎসি লাউ, ইপাগীদা চৎলসি নঙ করি অমত্তা চিংনগনু'' হায়দুনা নিপা মচা অদু অহল্‌গী ময়ুমদা পুদুনা লাক্লে। অহলদুনা নুমিৎ খুদিংগী চা বাগান্দা উ শুবা চৎপা অদুদা নিপা মচা অদুনা অহল্‌দুদা হায়জরে মহাক্‌সু উ শুবা খরা চৎচগে, মহৈ তম্বা হায়বসি, মহৈ খুদিংমক হৈরবদি কান্নে খন্দুনা অহল্ অদুগা উ শুবা য়াউমিন্নরে।

অসোমদনা মণিপুরদা লৈহৌরিবা মমা অমদি ময়াম্বনা মনাউ নিপা অদু মাঙখ্রে হায়দুনা থীবা হৌনবা মখে থীরে। মমান্নবা কয়াদা হংবদসু কনা অমত্তনা খঙঙি ?ায়বা ?ওখুম ফঙখিদে। মমা অদুনা মচা হল্লক্কবা নুমিৎ মশিং য়ামশিল্লক্কবা অদুদা নত্তবা ওইদবা ৱাখল্ থন্দুনা মচাবু কৌরগা কপ্লক্লে। চাবা থক্পা মফম্ খঙখিদে। ময়াম্বা অদুদি অৱাবগী মথক্তা অৱাবা ওইরে। নুংশিরবা মনাউ থীবদা চোকথরবা হকচাং অমদি ময়ুম্দা হল্লক্পদা মমানা কপ্পা লাওবদু উরগা থম্মোই পুবা ঙমদ্রে, তৌফম্ খঙখিদে। মমাদা থেম্মী কপ্তনবা অদুগা হায়রকই ''ইমা! ঐসু থিবা য়াবা থীরে মরীমতা পুন্নমক্তসু হংলবনি। ঐনা চিংনবা মফম অমদি লৈ, মহাক কাছাড় লৈবাক্তা চৎলমগদ্রা নিংঙি। মমানা অদুদি নঙ হৌজিক্মক্ চৎলো, ৱারবসু ৱানা মমানা মমিত্তগী মপি তানা ''ইচাদি লমশাং চৎপ'ন ৱাদবা নকোক ফাউবা চিক্তবা, নমান্নবগা থেংনবদা নঙনা মঙ্গল ওইবা ওইরু' হায়না মচাদা বর পীরকই। মমাগী বর অমদি য়াথং ফংলবদা অমুক থিন্নবা তৌদনা মমাদা খুরমলগা মচানিপা অহল্ অদু ময়ুমদগী থোক্লুনা লাক্লে। মানা অসুম অসুম লাক্পনা কাছাড় লৈবাক্তা থুংলে।

মানা মনাউবু থীদুনা লাকপনা চা বাগান অমা থেংনরে চা বাগানগী লম্পাক অমা লৈবিবা অদুদা মী-মশিং থিঙমদনা তিল্লিবা মীশিংনা ৱা ৱা নোক্লিবা, খুৱাক ফাবিবা মফম অদুদা চঙদুনা য়েংবদা মনাউনিপা অদুসু কুমৈ য়েংদুনা লৈবা থেংনরে। মনাউ উবদা তোম্বা হায়রগা মচিন মনাউ কোন্নদুনা কপমিন্নৈ অদুগা শোল্লবী মমাগী ৱারী লীরগা মখোয় অনী অহল অদুগী ময়ুমদা লাক্রগা অহল অদুগা ৱারী শান্নদুনা ময়াম্নগা শক খঙনহল্লে। চাক্ থোংবা লোইরে হায়বদা চাক ঈশিংনচিংবা চাবা থকপা লোইরগা অহল অদুগা ৱারী অমুক্ শান্নবদগী ময়াম্বা অদুনা খুড়াবু করিগুম্বা ৱাফম অমতং হংজগে ''ঙসাই ইনাউনিপা থিবা লাকপদা মীয়াম্না ইকোই কোয়শিল্লগা ময়ায় অদুদা মশা ফবা নোই পেনবা উবদা মীনা কিগদবা মানবা মখোয় খরা খৎনরিরা ফ?রিরা করিনো খঙদে, অদুবু খুড়া করি তৌনরিনো ?'' হায়না হংবদা অহল অদুনা ''ইবুংঙো। মখোয অদু অকনবা নিপা ঙক্তনি। মখোয় খাগি লৈবাক্তগী লাক্পনি, মালেম্সিগী অকনবা পুন্নমক জয় তৌবা লাকপনি। মালেমসিগী মফম্ অয়াম্বা জয় তৌরগা ভারত অসিদা লাকপনি। ভারতকী মফম কয়াদা অকনবা কয়া থেংনরগা মখোয়না জয় ওইদুনা কাছাড় লৈবাক অসিসু জয তৌরগা মণিপুর তারগা অকনবা ময়ামগা চাং য়েংনরগা আৱা লৈবাক্ তারগা

মখোয়গী লৈবাক্তা অমুক হন্‌খিগনি।" অহল অদুগী ৱাফম্ অদুদা লুখ্রাবী মচা ময়াম্বনা থম্মোই শোক্লা "খুড়াবু মখোয়না করিগুম্বা মফম্ অসিদা মায়পাক্তবা তারবদি মনিপূর য়ৌরম্‌দনা মখোয় খাগি লৈবাক্তা হনখিগদ্রা ?" অহল্ অদুনা "হোয়! মখোয় করিগুম্বা মফম অমদগী মায়থিরবদি মরৈবাক্তা হনখিগনি। ইবুংঙো মখোয়সে মাপা লৈতনা কল্লবা ঙক্তনি মখোয়না শোয়দনা ঙম্‌গনি। ফিভমশিং অদু নহাক্‌সু উরেদনা।" খুড়াবু মায়থিরবদি হন্‌খিগনি হায়বা মখোয়নসু মণিপুরগী অকন্‌বগা লম্বা তৌগনি হায়বা; ঐবু মায়থিবা পীবা ঙল্লবদি য়ারে মখোয়্। খুড়াবু মখোয়শিং অদুগা ঐগা চাং অমুক্তা য়েংনজগে খুড়ানা অমুক্তা শিনবীয়্।" অহল্ অদুনা "ইবুংঙো নঙনা হায়রিবদুবু নঙনা লাক্‌পদা নঙ্সু উরক্লবা নত্রা! অকিবা ফংলবা মশাশিংদু নুংমুক্ কল্লবা শিংদুগা নহাক্কা করম্না লম্বা তৌগদৌরিবনো ?" "খুড়া ইবুংঙোবু নচা লাইবক অমুক্তা য়েংজগে। করিগুম্বা মখোয়না য়াবিরক্লবদি নুমিৎ হুমনিগী মতম লৌবিরকউ।" "ইবুংঙো তৌগনু নঙগী পাখ্রবা হকচাং অদুগা" হায়না অহলনা থেম্বদা য়াদ্রবদা "ফরে ফবে অদুদি, য়েংলুখিগে" হায়দুনা অহলদু চৎখি। চা বাগানগী সাহেবতা হায়জরবদা সাহেবনা হরাউ হরাউ যাবিরক্লে। অকনবা মখোয মাপন অদু সাহেবনা নিংথিজনা পীজ পিথক তৌদুনা থমখি। অসোমদসু অহল অদুনা লুখ্রাবী মচা অদু পীজ পিথক তৌখি। নুমিৎ নিনি শুবকপগী অয়ুক্তা "খুড়া ইবুংঙো। করিগুম্বা ৱাফম অমতং হায়জগে ৱারৌবীবা য়াদে। ঐগীসি থৌগল্লোন কাইরদ্রা করিনো ?" অহল অদুনা হায়যু করি হায়নিংবা" হায়বদা লুখ্রাবী মচা অদুনা "খুড়াবু অকনবশিং অদুগী খ্বাইদগী কনবা নিপা অদুগী অমাংবা খজিত্তং ইনাউগা চৎলগা পুবিরকউ। ঐ করিগুম্বা অমতং য়েংজগে তৌবনি।" অহলদুনা চৎখিদুনা অকনবা নিপাশিং শেন্নরিবা অদুদা হায়বদা চেদা য়োল্লগা পুদুনা লাক্লে। লুখ্রাবী মচাদা পীবে, অমাংবদু পাযরগা মখুৎনা পেৎ পেৎ মেৎলগা য়েংবদা নিপাদু নুংদগী হেন্না কল্লি হাযবা খঙলে। অদুগা হায়রকই "খুড়াবু কল্লমগনি, অমাংবা খসিনা অমুক কল্লবদা মশাদি করি ওইরমগনি। অদুবু খুড়াবু করি অমতা চিংনবিগনু নুংদগীসু হেন্না কল্লবসু চাং য়েংনবা তারে।"

ঙসিদি নুমিৎ হুমনি শুবা অকনবগা চাং য়েংনবা নুমিৎনি। চাং য়েংগী মতম য়ৌরদুনা লৈবাক মীয়াম তিল্লে। অকনবা মাপন্ অদসু সাহেবকা লোয়ননা মায়গৈ অমদা ফমদুনা লৈরে। মশিং নাইদনা তিল্লবা মায়ামদুগী ময়াযদা লুখ্রাবীমচা অহলদু থুরু থুদক কুল্লগা ফমদুনা লৈখ্রে। মদু উবদা

অকনবশিংনা ফাক্ ফাক্ লাওনা নোক্ই, অদুগা লোয়ননা সাহেব অদুসু নোক্ই, তিল্লিবা মীয়ামসু নোক্পা য়াউরি। হায়নবা য়াউরকই, মালেমসিগী অকনবা কয়াবু জয় তৌদুনা লাক্লবশিংগা মশা পাম্ববা পিকখ্রবা মীতে মচা অসিগা করন্না থেংনগদৌরিবনো ? অকনবশিংনা নোকপা, সাহেবনা নোক্পা, মীয়াম্না নোক্পা অদুদা লুখ্রাবী মচাদুনা শাউদুনা হাযরক্ই "খুড়াবু মখোয়না নোক্লিবা অসি ঐবু উশিন্তদুনা তৌবনি নত্রা? ঐ খাংদুনা লৈবা ঙমদ্রে। ঐগা হেক্তা হাৎতোক্লসি হায়রো। অহল্ অদুনা সাহেবগী ৱাফম অদু হায়রে। অদু তাবদা খ্বাইদগী কনবা নিপাদুনা অমখক মঙক্ পাংদুনা ইপ্তোক্লে। মীতৈ নিপা অদুনা "খুড়াবু মসিরা খ্বাইদগী কন্বা নিপাদুরা ?" খুড়ানা হায়রকই "নত্তে অসিদগী কন্বা অতোপ্পা অমা লৈরি।" "অদু ওইরবাদি খুড়া ঐ মী য়াম্না হাৎনিংদে, খ্বাইদগী কনবা নিপাদু থোক্লকও হায়বিয়ু।" অহল্ অদুনা হায়রে, অহল্ অদুসু অৱাবা অমা ংংবে, হাযদোক্পা হায়জিনগা, অদুদগী খ্বাইদগী কনবা নিপাদু থোরক্লে। লুখ্রাবী মানা "খুড়াবু মখোয়না হান্না হৌফম্ থোকই, মরমদি ঐগীদি ইরৈবাক্নিদো, মখোযনা আ! লৈবাক অমদগী লাকপনিদো, অদুনা ঐ ধর্ম্ম কাইজরোই, মখোযগী অপাম্বা করি তৌগে হায়বা তৌনিংবা মওংদা তৌবা য়াগনি।" হায়বদা অকনবা নিপা অদুনা "মানা ফম্লিবা অসিদা মাগী লৱাইদা ঐগী খুদুম অসিনা মনুঙংং শুজগে" হায়বদা মীতে মচানা "ফগনি, ঐগীদি কাইদে," হায়বদা অকনবা নিপা অদুনা মাগী খুৎচাও অদুনা লৱাইদা খুত্তুম্না শুবদা মমিৎ, মনা, নাতোনদগী ঈ ৱা লাওনা তাবকই। মীতৈ নিপা অদু ঙহাক জ্ঞান মাংলুরে, অদুগী তোন লাক্লদুনা নিপাদুনা মমায়দা তৈরিবা ঈ অদু তৈথোক্লগা "খুড়াবু হৌজক্তী ঐগী পাক্ল পোরবানিনা ঐ হৌজবগে" হায়রগা খুনাক্তা হনুমানগী বীজ মন্ত্র শোন্নবা "পাসি ঐনা শুগদনা নত্তে, নঙনা শুবনি" হায়বগা অমুক্তং নিপা অদুগী লৱাইদা খুদুম্না শুবদা নিংথৌগী মকোক্তো মশা মনুংদা চংখিদুনা মঙক অদু তিংখংলকপা ঙমদনা মথবায় লাক্লে। থৌদোক্ অদুদা সাহেব অমদি মখোয় অকনবা নিপাশিং অমসুং তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক ইংক ঙক্লখি 'অদুগা হায়রকই "মীতৈ মচা লাইনি" নিপা অদুনা শিববদা মখোয় অকনবা নিপান্ অদু মরৈবাক্তা হন্নখি।

সাহেব অদুনা মীতৈ মচা অদুদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎখি। অদুগা সাহেবনা মনা ওইনা লুপা খাউজাও অমা পীরে। লুপা খাউজাও অদু পুরগা মণিপুরদা হল্লক্লগ" মচিন্ মনাউ অমদি মমাগা লোয়নন্না নুংঙাইনা পানখি। ❑

# অঙকপা ৱারী

থাযনা মমাঙঙৈদা য়াম্না মতিক মগুন লৈবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। লৈবাক অসিগী নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মখোই অনী য়াম্না লুনা তিন্নদুনা মতাও শান্নরম্মী। নোংমদি মন্ত্রী মচানা ৱাখল তৌরকই, ঐসি লৈবাক অসিগী মন্ত্রীগী মচানি। ঐসু নোংমদি ইপা মন্ত্রীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐনা শোয়দনা মন্ত্রী ওইরগনি। অদুনা ইপা মন্ত্রীনা লৈরিঙৈ অসিদা ঐহাক বুদ্ধি লৌশিং চাউথোক্লবগী অতৈ অতোপ্পা লমদা কোয়বা চত্তবা যাদ্রে হায়না খল্লকই। নোংমদি মন্ত্রী মচা অসিনা মতাও নিংথৌ মচাদা হায়রকই ইতাও ঐ লম্ কোয়বা চৎকে হায়না খল্লি। অদুবু ঐনা হন্দক কোয়বা চৎকদৌরিবা অসি হি-দা চৎপা তারে হায়রকই। নিংথৌ মচা অদুসু হবাউ হরাউ "চৎলু ইতাও" হায়রকই। অসুম্না মন্ত্রী মচা অদুনা লম কোয়বা চৎকনি হায়বদুদা লৈকাইগী মচে মচন মরুপ্ মপাং পুন্নমক হরাউদুনা, ঐগীদি খুজি লৈরকউ ঐগীদি লিক লৈরকউ খুদোপ লৈরকউ মহে মহে হায়নরকই। অসুম্না মাগী মাগী অপাম্বা লোইনা হায়নরক্লবদা নিংথৌ মচা অদুদি কবিগুম্বা অমত্তা পুরকউ হায়রমদে। মতৌদুদা মন্ত্রী মচানা হায়রকই, "মী পুন্নমক মাগী মাগী অপাম্বা তপ্পরে ইতাওদি করি অমতা পুরকউ হায়দে, করি নুংঙাইতবা লৈবগে" নিংথৌ মচা অদুনা "ইতাও ঐগীদি ইতাওনা পুরক্কে হায়রবদি ইতাওনা লম অসুম কোয়বদা ঐনা উদ্রিবা খ্বাইদগী অঙকপা ইতাওনসু ঙকপা পোৎ অমা পুরকউ" হায়রকই। "ফরে অদুদি" হায়রগা চান থক্লবা চেং হৱাই ফি-রোনচিংবা হাপচিন্দুনা মন্ত্রী মচাদু কোয়বা থোরক্লে। অসুম্না অসুম কোইরকপনা চহি অমা হৌখ্রে। মাগী মরুপ্ মপাংনা তপ্লকপা খুদিংমক লৈরগা মন্ত্রী মচা অদু কোয়গদবা কোয়বা লোইরদুনা ময়ুম্দা হল্লকপা হৌরক্লে। অসুম্না হী অদু হোন হোন্দুনা লাকপদা মন্ত্রী মচানা খল্লি ঐগী মরুপ্ মপাং ইচে ইচন্না হায়রকপা পোৎ পুন্নমক্কী পুরক্লে। অদুবু ইতাওনা পুরকউ হায়রকপা খ্বাইদগী অঙকপা পোৎ অদুদি পুদ্রি।

খুইদগী অঙকপা পোৎ হায়বসি করি পোৎ ওইগনি খল্লিঙৈ মতম্ অদুদা ফজখ্রবা উচেক অমা লাক্লুনা মচিঞ্জাক্ খুল্লি। মন্ত্রী মচানা উচেক্কু হেক্ উবদা ফজখ্রেদা হায়্না য়েংদুনা লৈরিঙেদা উচেক অদু মচু অমা অমুক্ ওলখ্রে। অসুন্না ঙহাক লৈরগা মচু অমা ওল্লিবা উচেক্ অদু উবদা মন্ত্রী মচাদু ইঙক্ ঙকখ্রে। মহাক্না খল্লকই, ইতাওনা হায়রকপা অঙক্পা পোৎ অদু উচেক অসি ওইনা পুরগে হায়্দুনা ঐ উচেক্ অসি ফাদবা য়াদে খন্দুনা ইন অমনা উচেক্কুদা উপশিল্লগা ফাগে তৌবদা উচেক্কুনা ইন্ অদু মচিন্না চিক্থৎলগা পাইখিদুনা উশা অমদা তোংখ্রে। উচেক্কু উশাদা তোংখ্রে হায়দুনা উ অদুদা কাখৎখিদুনা উচেক্কু ফাগে তৌবদা. মখাদা পাইথখিদুনা মচিঞ্জাক খুল্লি। অসুন্না উচেক্কু ফাগে হোৎনরকপদা নুমিৎ তাখ্রে। উচেক অদু ফাবা ঙমদদুনা উখোঙ অমদা ফমদুনা রাখল্ তৌরিঙে অদুদা উচেক্না উশা অমদা তোংলগা নোক্লগা হায়্রকই "হে মহাশয় নঙনা অসুক রানা ঐবু ফাগে হায়দুনা তান্নরিবা করিগীনো ? নহাক্না পুন্সি চুপ্পা হোৎনরবসু ঐবু ফাবা ঙম্লোই উচেক্কী মপোক্তা পোক্চরবসু নঙগী অরাবা অদ্ ঐ খঙডি। করিগীদমক অসুক্ রানা ঐবু তান্নরিবনো ?" হায়রকই। উচেক অদুগী বা অদু তাবদা মন্ত্রী মচা অদু ইঙক ঙকই অদুগা হায়রকই "হে উচেক্ ঐসি লৈবাক অমগী মন্ত্রী মচানি ঐগী ইতাও নিংথৌ মচাগী নঙবু ফাদুনা পুগে তৌবনি" অদদগী উচেক অদুনা হায়রকই, "অদুদি ফরে নঙগী নত্রে, নতাওগীদমক্তনি ঐবু ফাদুনা পুগে হায়রবনিনা ঐসু য়ারে, ঐ নঙগা চৎকনি। নঙগীদমক্তো ওইরবদি ঐগা নঙগা মফম অসিদা রা পুন্না ঙাংনদুনা লোইননা যাবনি। অদুবু নতাওগীদমক্তনি ঐগা নঙগা রা লোইনবা যাদরে। অদুমকপু ঐ রা অমদি হায়গে নঙগী নতাও নিংথৌ মচাদুনা য়ারবদি ঐ মাগা লৈগনি নত্রবদি ঐ লৈরোই চৎখিগনি" উচেক্কুগী রাদু তাবদা মন্ত্রী মচানা "কার রানো হায়্বিয়ু" হায়রকই। "করিগুম্বা নতাও অদুনা ঐবু নুমিৎ খুদিংগী শামু তরা তরা লেপ্পনা পীজবা ঙম্লবদি ঐ মাগা লৈগনি করিগুম্বা মানা পীজবা ঙমদ্রবদি নুমিৎ অদুদা ঐ মাবু থাদোক্লুনা চৎখিগনি।" উচেক্কুগী রাদু তাবদা মন্ত্রী মচানা হায়রকই. "হে উচেক ঐনা শুকশোয় শোয়দনা ঙম্লবা হোৎনগনি" হায়খি। "অদুদি ফরে" হায়দুনা রাশক রাতেন্নরবগী মতুংদা উচেক অদু হীদা কাখৎখ্রে। মন্ত্রী মচাদু অসুম লাকপনা ময়ুমদা থুংলরে। ময়াম পুন্নমক্সু হরাউ হরাউনা মাগী মাগী তপখিবা পোৎ খুদিংমক লৌনরে। মতাংসিদা নিংথৌ মচাদুসু মতাও লাক্লে হাযদুনা মানা হায়খিবা অঙকপা পোৎ হায়বদু পুরক্লবা য়েংগে লাক্লে। মতাও অনী মতম কুইনা কায়নবুবদগী

ফংনবদূদা হরাউদুনা কোনশিন্নরগা নিংথৌ মচা অদুনা হংলকই, "ইতাও ঐগী অঙকপা পোৎ হায়বা অদু য়াউরক্লব্রা অমুক্তা য়েংগে" মন্ত্রী মচানা খুল্লকই "ইতাও নঙগীদি উচেক্ ওইনা পূরক্লে। উচেক্ অদু য়াম্না ঙকপা উচেক্নি। ইতাওসু উরগা খঙগনি, ঙহাক্ ঙহাক্ মতুংদা মচু অমমম্ ওল্লি অমসুং মীরোল্‌সু থোক্ই । উচেক্ অদুনা হায়! করিগুম্বা ইতাওনা নুমিৎ খুদিংগী শামু তরা তরা পীজবা ঙম্লবদি ইতাওগা লৈগনি অদুগা করিগুম্বা ঙমদ্রবদি পীজবা ঙমদবা নুমিত্তুদগী মহাক্ ইতাওবু থাদোক্কুনা চৎখিগনি হায়্।" ৱাসি তাবদা নিংথৌ মচাদু ইঙক ঙকখ্রে। "অদুদি ইতাও উচেক্তু ঐ অমুক্তা য়েংগে" হায়দুনা মখোয় অনী লাক্কুনা উচেক্তু য়েংবা মতমদা উচেক্ অদুগী ফজরবা মখল্ মখলগী মচু ওনবা অদুদা নিংথৌ মচাদু অঙকপা ফংলে। উচেক্ অদু পামমনখ্রদুনা, হায়রকই, "ঐ নঙনা হায়বা ৱাফম্ পুন্নমক য়াগনি" হায়রবদা উচেক্ অদু নিংথৌ মচাগী মরেংবান্দা তোংদুনা কোনুংদা লাক্লে। কোনুং য়ৌরক্লবদা লৈরম্লীবা নিংথৌগী পাত্র মন্ত্রী ময়াম অদু ইঙক ঙক্লা য়েংনখি। অসুম্না ঙহাক্ লৈরবগী মতুংদা নিংথৌ মচাদুনা হঙলকই, "হে উচেক্ নঙনা শামু তরা চাগে হায়বদু করম্বা মতমদা চাগনি।" উচেক্তুনা খুল্লকই "ঐদি হৌজিক্ মতম্ ওইলক্লে, সন্ধ্যা খুদিংগী চাগনি। অদুনা হৌজিক্ চাবগী মতম অদু য়ৌরক্লে শামু তরা চারগে থৌরাং তৌরো হায়রবদা নিংথৌ মচানা মনাইদা হায়খিদুনা শামু তরা পুরক্লে। শামু তরা অদু উচেক্তুনা মচিন কাথোক্লপদা শামুশিং অদু পিশক পিক্শন্দুনা উচেক্ অদুগী মচিন্দা অমমম্ পাইশিন পাইশিন্দুনা চংখি। মতৌ অদু উবদা নিংথৌ মচানা চিংলবা মনাই মশন পুন্নমক ইঙক ঙক্লখি। অসুন্না চহী মরি মঙা হৌখ্রে। উচেক অসিনা শামু তরা-তরা চারকপসিদা লৈবাক অদুদা শামু অমা ফাউবা লৈরকত্রে। অতোম্পা লৈবাক কয়াদগী লৈবদুনা পীজরকপদা নিংথৌ অদু শামু লৈনবা শেল্ লৈরকত্রে. হায়নিংঙাই লৈতনা ৱারে। নিংথৌতা নত্তনা লৈবাক প্রজা পুম্নস ৱারে। শামু তরাদি লায়রদুনা শামু অমা ফাউবা লৈদুনা পীজবগী পাঙ্গল লৈরকত্রে।

নোংমদি নিংথৌ মচাদু অৱাবগা লোয়ননা ফজখ্রবা উচেক্ অদুবু কাযনরগনি খনবদা উথোঙ অমদা ফমদুনা অৱাবগী মশক ওইরদুনা লৈরিঙৈ মতমদা উচেক অদুনা হায়রকই "হে নিংথৌ মচা ঐনা উচেক্কী মপোক্তা পোক্লবসু নঙগী অৱাবা পুন্নমক খঙঙি। নঙগা হায়নখিবা ৱা মতুং ইন্না ঐঙোন্দা শামু পীজবা ঙমদবা নুমিত্তা নঙ ঐ কায়নগনি হায়বদু নহাক্ করি অমতা ৱারুগনু। ঐখোয় অনীনা হায়নখিবা ৱাফম পুম্বা কাওথোকখরো ঐসু

কাউরগে মরম্ অদুগীদমক্ নহাক্ চিন্তা তৌরগনু। ঙসিদগী হৌবা ঐ শামু তরাদি লায়রদুনা অমা ফাওবা চাজররোয়্। নঙনা চাবা অদুগুম্না চাক্ চালুক্ অমম্মতা ঐঙোন্দা পীজৌ ঙসিদগী হৌরদুনা ঐখোয় অনী ইতাও শান্নরসি হায়খি।" উচেক্কুগী ব্রাদু তাবদা নিংথৌ মচাদু হরাউবগী ঙম্খে লৈখিদ্রে। মখোয় অনী মরুপ্ শান্নদুনা লৈমিন্নখি। অসুম্না লৈরক্পনা চহি কয়া হৌখ্রে। নোংমদি সমদ্রুগী ব্রাংমদা লৈবা মতিক্ মগুন্ লৈরবা নিংথৌ অমগী মশক্ মতৌ ফজরবী রাজকন্যা অমা লুহোংগদৌরি হায়্দুনা অয়েক্পা ফোতো অমগা কোন্ননা চিঠি অমা নিংথৌ কোনুংদা থুংলরে। নিংথৌ মচা অসিনা চিঠিদুগা লোয়ননা অয়েক্পা ফোতোদু উরুবদা ফজমনখ্রদুনা য়াম্না পাম্লুরে। অদুবু কনানা পাক্লবা সমদ্রুগী ব্রাংমা লান্না চৎতুনা লৌবুগনি হায়্দুনা ব্রাখল্ তৌরিঙৈ তাঞ্জাদুদা উচেক্কো মরুপকী অব্রাবদু উরদুনা হায়রকই "ইতাও নঙনা করিগীদমক্তা অদুক্ ব্রাখল নুঙাইতনা ফল্লিবনো," নিংথৌ মচানা খুম্লকই "ইতাও উচেক্ সমদ্রুগী ব্রাংমাদা লৈবা লৈবাক্ অমগী মশক্ মতৌ ফজরবী রাজকন্যা অমা লুহোংগদৌরি, হায়রিবা রাজকন্যাসি যুথক্ তরামরি ব্রাংবা য়ুম্গী অরোইবা যুথক অদুদা লৈ। য়ুমদুগী যুথক যুথক্ খুদিংদা শৈন্য চাম্ চাম লৈ হায়। শৈন্য চাম্ চাম্শিংগা লান্ শোক্লদুনা রাজকন্যা অদুগী মনাক্ য়ৌরক্পা ঙম্বা নিপা অদুদা রাজকন্যা অসি থাজগনি হায়না অয়েক্পা ফোতো অদুগা কোন্নবা চিঠিদুদা ইরকই।" ব্রারী পুম্বা তম্লবা মতুংদা উচেক্ অদুনা হায়রকই, "ইতাও নহাক্ করিগী ব্রারীবনো ঐ লৈরি সমদ্রু ব্রাংমা লান্না পাইদুনা ইতাওগী দমক্তা শৈন্য চাম চাম নত্তে লিশিং লিশিংসু ওইসনু ঐনা লানথেংনদুনা হায়রিবা মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যাগী মনাক য়ৌহনগনি। ইতাওনা ঐবু শামু তরা তরা পীজদুনা থাকপীরক্পগী লমন শিংগে হায়্দুনা ঙায়্দুনা লৈরিবনি। ঙসিদি তান চারে ইতাওগী লমন শিংগে এগী ইথকসিদা ফম্লো ঐ পাইদুনা পুরগে" হায়রকপদা নিংথৌ মচাদুনা হায়রকই "ইতাও উচেক নঙগী পিক্লবা মশাদুদা ঐনা করম্না তোংগনি ?" উচেক্কুনা খুম্লকই "ঐ চাওগেতা চাওবা পিক্কেতা পিকগা ঙম্বা উচেকনি" হায়রগা খুদক অদুদা চাওরবা উচেক অমগী শক্তম্ লৌখ্রে। মতৌ অদু উবদা নিংথৌ মচাদু ইঙক্ ঙকখ্রে। অসুম্না উচেক্ অদুগী মথক্তা তোংদুনা সমদ্রুগী ব্রাংমা লান্না পাইখ্রে। অসুম্ অসুম্ পাইরকপদা উচেক্কুনা লৈবাক অদুগী খ্বাইদগী ব্রাংবা য়ুম্ অমা উরে। "শোয়্দ্রে উরিবা য়ুম্ অসি ওইরম্লগনি ইতাও" হায়্দুনা য়ুম্ অদু তম্না পাইরক্কুনা ব্রাংলবা য়ুমদুগী মতোন্দা থুংলরে, অদুদগী উচেক্কুনা য়ুম্দুগী য়ুমথক্তো মচিন্না হোৎতোক্কুনা

য়েংলকপদা ফজখ্রবা রাজকন্যা অমা মনাই মশন্ কয়াগা লোয়্ননা উরে। উচেক্কুনা ইতাও শোয়দ্রে অসিদা লৈরে হায়রকপদা নিংথৌ মচাদুনা অহোবদুদা মকোক লিংশিন্দুনা য়েংলকপদা মহাক্সু রাজকন্যা অদু উরে। "ফরে অদুদি করম্না চংগনি" হায়রকই উচেক্না "ইতাও অহোবসিদগী চংথো, ঐদি চৎলগে" হায়রগা মহাক্কী মতু অমা শৎতুনা পীরগা হায়রকই "ইতাও নঙনা করিগুম্বা নয়ুমদা হন্নিংলকপা মতমদা ঐগী ইতু অসি মৈ থাবকউ ঐ শোয়দনা লাকনি ইতাওদি রাজকন্যাসিগা লৈহৌরো" হায়দুনা নিংথৌ মচাদুবু য়ুম্ মনুংদা থাজিল্লগা অহোবদু হান্নগী মতৌগুম্না চপ চানা মেনশিল্লগা উচেক্কু পাইদুনা চৎখে। অসোমদা নিংথৌ মচাদু চংখিদুনা রাজকন্যাদগী মনাক য়ৌবগা ফজরবা রাজকন্যা অদু উবদা ইঙুক ওক্তুনা য়েংদুনা লৈখে। রাজকন্যাদুসু মশক্ মতৌ ফজরবা নিংথৌ মচা রাজকুমার অদু উবদা ইঙুক ওক্তুনা মখোয় অনী য়েংনদুনা লৈখে। অসুম্না ওহাক য়েংনবনগী তুংদা রাজকন্যা অদু জ্ঞান লাকুনা মপুরোইবা ওইবদা মতিক চাবা বন অমা থুংলদে হায়দুনা মনাক্তা লৈরিবা পা অদু য়েখিবা মতমদা মপা নিংথৌগী মনাকো থৌখি। মপা নিংথৌদুসু ইথোন বন শোয়দনা থুংলম্লগনি হায়দুনা মনাই মশন কয়াগা লোয়ননা রাজকন্যানা লৈরিবা মফমদু পাংনা লাক্রে। মপা নিংথৌনা চৎখিবদা থুখাক খুদিংদা বনা লাকই হায়না হংবদা কনা অমত্তুনা থাওড়ি লাকই, কৌবা হায়দবদা নিংথৌনচিংবা মনাই মশন কয়াদু ইঙুক ওকখি। অসুম্না লাকপনা মচানুপী রাজকন্যাগী মনাক য়ৌবক্লে। মফমদুদা য়ৌরক্লবদা ফজরবা রাজকুমার অদুনা লৈরমদু উবদা ইঙুক ওকখি। অদুগা হংলকই "কে ইবুংঙো নহাকপু কনানা, কদাযদগী লাকপনো?" হংলকপদা নিংথৌ মচাদুনা হায়রকই, ঐ সমদ্রগী রাংমদগী লাকপনি। ঐহাক মতিক মগুন লৈবা লৈবাক অমগী নিংথৌ মচানি হায়রনচিংবা রারা পুথা লিরবগী তুংদা নিংথৌদুনা মহাকসি অচম্বা মচা নত্তে হায়দুনা কোনুংদা পুখিদুনা মচানুপী রাজকন্যাগা লুহোংবিখি। অসুম্না রাজকন্যাদুগী সেবাদা নিংথৌ মচাদু ময়ুমদা হনগনি হায়বা কাওখ্রে। অসুম্না নুংঙাইনা লৈরকপনা চহি অমা ক্লেনখ্রে, মতম অদুদা রাজাকন্যাগী খোইজি থাদা মিহুন তমখিবা লোইদাম থাবুম তবা ফাঙল্লক্রে।

অসোমদনা সমদ্র রাংমদা মপা নিংথৌদু নাদুনা লৈখিদ্রে। লৈবাক্কুগী পাত্র মন্ত্রীনা রাজকুমারগী কবিগুম্বা পাউ অমত্তা ফংদবদা চিঠি অমমম লৈবাক কয়াদা থাখি। অসুম্না চিঠি অমা সমদ্র রাংমা লান্না লাক্কুনা রাজকুমারদুনা লৈরীবা লৈবাক্কুদা থুংলরে। চিঠি অদু ফংবদা শোয়দনা রাজকুমারগী ওইরমগনি

হায়দুনা মনাই অমনা রাজকুমারদা পীরে। রাজকুমারনা চিঠি অদু পাবদা মপাবুং নিংথৌ লৈখিদ্রে তাবদা মমিৎতগী মপি শিম্থরকই, রাজকুমার অদু ময়ুম অমদি মপা নিংথৌবু নিংশিংলে। অদুদি ঐ চৎতবা য়াদ্রে, হায়দুনা রাজকন্যাদা ব্রাফমদু হায়রকপদা মহাক্সু লোয়নদুনা ইকুগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা য়াওবা চৎচগে হায়রক্লে। নিংথৌমচা অদুনা থেম্মী, য়াদ্রবা অদুদা উপায় লৈত্রদুনা ফরে অদুমঙাইরে হায়দুনা মতাওনা পীরম্বা উচেক্ মতু অদু মৈ থারদুনা মতাও উচেকপু কৌরক্লে। উচেক্কুসু "ইতাওসি মরৈবাক্তা হন্নীংলম্লে" হায়দুনা য়াংনা পাইদুনা লাক্পনা মতাওগী মনাক্তা থুংলরে। থুংলবগা নিংথৌ মচানা "ইতাও ঐ য়ুমদা হন্দবা য়াদ্রে, পাবুং মহারাজ লৈখিদ্রে ঐবু পুদুনা চৎলো" হায়রকই। ব্রাদু তাবদা উচেক অদু মমিৎতগী মপি শিম্থরকই, "চৎলসি ইতাও" হায়রগা উচেক্না রাজকন্যাদা য়েংথোরক্পদা থা কুম শূরবী রাজকন্যাবু উবদা উচেক্কুনা হায়রকই। "ইবেম্মা রাজকন্যা নহাক লৈহৌরো চৎপদা খুদোং কয়া চাররোই ঐথোয় ইপা নিংথৌগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম থবক পুম্বা পাংথোক্লগা নঙবু লৌবা লাক্কে" হায়রকই। ব্রাদু তাবদা রাজকন্যানা হায়রকই "হে উচেক ঐবু লৈহৌবা হায়বা অসিতদি হায়বিগনু কৈদৌবগে ঐদি নতাও রাজকুমারসি উদনা মীকুপ্ অমা ফাওবা লৈবা ঙমদে," ব্রাদু তাবদা "ফরে ফরে অদুদি" হায়দুনা রাজকুমার অমদি রাজকন্যা অনীবু মথক্তা তোংহন্দুনা পাইরক্লে। অসুন্না পাইরকপনা সমদ্রু ঈপাক্ ঈয়ায় য়ৌরকপদা রাজকন্যাদু মচানিপা অমা উনরে। উচেক্ অদুনা অঙাং উনরে হায়বদু খঙলদুনা য়াংনা পাইরকপনা সমদ্রু তোবর্বান য়ৌরক্পদা নুমিৎ তাখ্রে। নুমিৎ তাখ্রবদা উপায় লৈত্রদুনা সমদ্রু লৈঙোই চোর মথক্তা কুমথরক্লে নিংথৌ মচানা হায়রকই "ইতাও উচেক্ রাজকন্যাসি ইংবনা লোয়খ্রে। মৈ তিকহনদবা য়াদ্রে মৈ থিবুসি হায়দুনা মবুপ্ অনী মৈ থিবা থোরক্লে। অসুম্ পাইরক্পদা অথাম্পা থুঙ্গংগী য়ুম অমদা মৈ মুশি মুশি থানবা উই, মৈ অসিদা লৈরে লৌবুসি হায়দুনা য়ুম অদু তান্না লাক্কুনা য়ুমদুদা চঙখিবদা মালিনী লৈশেম্বী অমা লৈবা থেংনরম্মী। হনুবীদুগীনি হায়বা কনা অমত্তা লৈরম্দে। নিংথৌ মচা অদুনা হায়রকই, "ইবেন ঐ নিংথৌ মচানি মৈ খজিক্তং লৌগে হায়দুনা লাকপনি হায়না ব্রারী পুম্বা লীরবদা হনুবীদুনা শীং খরা চমবীদুনা পীরে। মৈদু পুদুনা মবুপ্ অনী পাইরক্পদা মৈদুদা নুংশিৎনা ফুদুনা নিংথৌ মচাদু মৈনা চাক্কুনা সমদ্রুগী ময়ায়দা তাখিদুনা ঈশিংদা লুপখি। চাক্লিবা মৈদুনা উচেক্ অদুগী মথক্তা তাদুনা উচেক্কুসু মৈনা চাক্লা চাক্লা পাইরকপনা রাজকন্যা অদুগী মনাক্তা মৈ অদু

অদু মৈশা ফংলবদা তুমথখ্রে। মতম্‌দুদা সমদ্রুগী মপান্দা তাবা খুঙ্গং অমদা মতৈ মনাউ অনীখক্‌ লৈরম্মী। মখোয়্‌ অনী মতম্‌ কুইনা মচা অমতা পোক্তনা লৈরমবদগী নুমিৎ অদুদা মচানিপা অমা ফংজরম্মী। অঙাং অদুগী মমাদু তুম্বদা য়াহিপ্‌ য়াম্না থীরম্মী। নুমিদাং তুম্বদা মপুরোইরদুনা অঙাং অদু ঈক্‌ লাওবা মখোল্‌ অমা তায়্‌ হায়্‌দুনা মমাবু হৌদোক্‌পদা নুপীদু তাবা কৌবা লৈখিদ্রে। মপাদুনা চংশিনখিদুনা য়েংবদা অঙাংদু মমানা ননশিনদুনা শিরল্লে। অঙাংদুনা শিরবদা মপানা কপখি, অদুগা মমাদু উদ্রিঙৈদা সমদ্রুদা হুন্দোক্লুরগে হায়দুনা অঙাংদু পুদুনা লাকপদা রাজকন্যাগী মনাক্তা চাক্লিবা মৈ অদু উরে। চাক্লিবা মৈদুগী মনাক্তা চংদুনা য়েংবদা নুপী অমা অঙাং অমগা তুমদুনা লৈবা থেংনরে। অশিবা অঙাং অদু থরল্লগা অহিংবা অঙাংদু পুদুনা লাক্লগা মমাদুগী মনাক্তা কনা খংহন্দনা থমখি। মতৈ মনাউ চংদুনা অঙাংদু লুনা চান্না য়োকখি। অসোমদনা নোংঙাল্লকপদা রাজকন্যাদুনা অঙাংদু য়েংবা মতম্‌দা শিরল্লবা অদুদা সমদ্রুদা হুঞ্জেল্লুল্লগা মফি মরোল তুমথোক্তুনা ঈরু মায়্‌জরগা কারক্লে। সমদ্রুগী মপানদা লৈবা খুঙ্গংদুদা লাক্লগা কনাগী মফমদা চংদুনা লৈনবদি হিংগনি খল্লি। মফম্‌দুদা ব্রাহ্মন মতৈ মনাউ অনীখক লৈরম্মী, মখোয়গীনি হায়বদা কনা অমত্তা লৈজদে। রাজকন্যা অদু ব্রাহ্মনদুগী ময়ুমদা লাক্তুনা ইপু ইবেন্‌ ঐগীনি হায়্‌দুনা তাইবংপান্‌সিদা কনা অমত্তা লৈজদ্রে। ইপু ইবেনগী য়ুম্‌সিদা ঐহাক্‌ লৈজরগে ইপু ইবেন্না হায়বা থবক খুদিংমক শুজগে অদুবু ননাই ঐঙোন্দা ইপু ইবেন্না চাবা লুখাক্‌ অদুতদি শেংহনবীনু হায়্‌রল্লবদা কনাসু লৈজদ্রবা ব্রাহ্মন মতৈ মনাউনা হরাউনা রাজকন্যাদু মচা ওইনা য়োকখ্রে। অসোমদা লাইরবা মমা মপাদুনা অঙাংদু চাওরক্লদুনা চহি মঙা তরুক্‌ শুরবা অদুদদি কোয়চৎ চৎপা ঙল্লবদা ব্রাহ্মন অদুগী ময়ুমদা রাজকন্যা ইবেম্মাগা নুতী নুমিৎ খুদিংগী শান্নমিন্নৈ। মখোয়্‌ অনী কনা অমত্তা খঙনদে, কনানা কনাগী মচানো ? রাজকুমারী ইবেম্মাদু হান্নগুম্না মশক্‌ মতৌ অমত্তা কায়্‌দনা ইনৌ নৌবী লৈশাবী মচা অমগুম্না লৈ। অসুম্না অসুম্‌ লৈরক্‌পনা অঙাংদু চাওরকপনা চহী তরাতরেৎ তরানিপাল শূর্‌দুনা লুহোংবা য়ারক্লে। মমা মপানা মহাক্কী অপাম্বা কনাগুম্বা লৈবরা হায়্‌দুনা হংঙকপদা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা য়োক্‌চদুনা লৈবী মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যা অদু পাম্মী হায়রক্লে। মচাগী অপাম্বা লৌগনি হায়দুনা মমা মপানা ব্রাহ্মণগী মফম্‌দা হায়জরবদা ব্রাহ্মণ অহল অদুনা "মদুদি ঐনা ঙম্বা নত্তে নুপীমচা অসিদা হংদনদি" নুপীমচা অদুদা হংবদা নুপীমচা অদুনা হরাউ হরাউ য়ারক্তুনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লখ্রে।

লুহোংবা নুমিৎকী বর যাত্রাগী মতম্ যৌরদুনা বরদু যাত্রা তৌরকপা মতমদা আকাশবাণী লাওরক্লে। "হে নিপা অপঙবা নহাক্না লুহোংগদৌরিবা নুপীদু নহাক্কী নমানী।" ঋাসি তাবদা বরদু ইঙক ঙক্ই। কন্নানা হায়রিবনো মহাক্ খঙদে, আকাশবাণী লাউরক্ইবা অদু কন্নাসু তাদে, বর ওইরিবা নিপাদুতনি তারিবা। অসুম্না লাকপনা লুহোংফম্ যৌদুনা বরদু চঙলক্লুনা ফমগে হেক তৌবদা অমুক্ আকাশবাণী লাওরক্লে "হে নিপা অপঙবা নহাক্না লুহোংগদৌরিবা নুপীদু নহাক্কী নমানী।" ঋাসি তাবদা নিপাদু ইঙক ঙক্ই। অসুম্ মতম্ হৌখিবনা নুমিদাং ঋাইরম ওইরক্লুনা বর ফান্দা হেক্ ফমগে তৌরকপদা অমুকসু আকাশবানী লাওরক্লে। "হে নিপা অপঙবা নহাক্না লুহোংগদৌরিবা নুপীদু নহাক্কী নমানী থাজদ্রগা আ! কুনাদা ফমদুনা লৈরিবী মালিনী লৈশেম্বী হনুবী অদুদা হঙঙু। ঙসিদগী চহী তরাতরেৎ তরানিপাল, মমাঙদা নুমিদাং অমা নিপা অমগা উচেক অমগা মৈ লৌবা লাকলমগ্রা হঙঙু, অদুদগী নহাক্কী হেক অপোক্পনি হায়দুনা যোক্লিবা নপাবুংদা নঙসি মাগী অশেংবা নপারা হায়দুনা হঙঙু। নঙগা লৈমিনরিবা অদু নঙগী অশেংবা নমা নত্তে, নঙগী অশেংবা নমাদি নঙনা লুহোংগদৌরিবা নুপীসিনি। নুপীসি অচম্বা নুপী নত্তে সমদ্রুগী ঋাংদা লৈবা মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌ অমগী মচা রাজকুমারীনি, নঙগী নপাদি মৈ পুরকপা মতমদা মৈনা চাক্লুনা সমদ্রুদা তাদুনা শিখ্রবনি।" অসিনচিংবা ঋারী কয়াসি তারবদা মহাক্ ইঙক ঙক্খি অদুদগী নিপামচা অদু ফানদগী ফুক হৌগৎলগা কুনাদা ফমদুনা লৈরিবী মালিনী লৈশেম্বী হনুবীদুদা হংবদা ঋা পুন্নমক্ অশেংবা ওইরম্লে। অদুদগী অমুক্ মাবু যোক্পা মপাদুদা হংবদা মপাদুনা অশেংবা ঋারী পুন্নমক অদু হায়রবদা নিপামচা অদুনা রাজকন্যাগী মনাক্তা চংখিদুনা ইমা হায়দুনা কৌরকপদা লৈরিবা মী পুন্নমক্ লোয়ননা রাজকন্যাদুসু ইঙক ঙক্লা যেংখি। অদুদগী নিপামচা অদুনা হায়রকই "ইমা নঙসি সমদ্রুগী ঋাংমদা লৈবা নিংথৌ অমগী মচা নুপী রাজকন্যানি হায়, পাবুংগা লোইননা লাকপদা নখোযনা তোংদুনা পাইরকপা উচেক্লুগী মথক্তা সমদ্রুগী ময়ায়দা ঐবু পোক্পনি নুমিৎ তাখিদুনা সমদ্রুগী মপান্দা লৈঙোইগী মথক্তা ইংম্নখিদুনা লৈরিঙৈদা পাবুংগা মতাও উচেক্কা মৈ লৌবা চৎখিদুনা মৈ পুরকপা মতমদা পাবুংদু মৈনা চাক্লুনা সমদ্রুদা তাখি হায়। অদুদগী উচেক্ অদুসু মৈনা চাক্লবদা সমদ্রুদা চোংথখি হায়। অহিং অদুদা ইমানা তুম্লিঙৈদা ঐবু যোক্লিবা পাবুংসিনা ঐবু হুরান্দুনা পুরক্লগা মাগী অশিবা মচা অদুনা ইমাগী মনাক্তা থরম্লগা ঐবু মচা শক্লা যোকখিবনি। নঙনা পোকবা নচাদু ঐনি, ঐবু লান্না লৌবিগনু" হায়দুনা

থাদরল্লগা পাইখিদুনা মরুপতুনা তাখিবা মফমদুদা লুপখ্রে। অসোমদা রাজকন্যা মমাগী মখোঙ পাল্লুনা খুরম্লবা মতম অদুদা মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যাদু ইখঙ খঙহৌদনা খোল্লাং অমৃত ইহৌরবদা মাগী অশেংবা মচানি খঙলদুনা মমা মচা কপমিনখি। থৌদোক্তো অদুদা তিল্লিবা মীয়াম খুদিংমক ইঙক ঙক্লুনা করিনো অঙকপা থৌদোকনি হায়না খন্নখি। অসুন্না মীয়াম পুম্বা ৱারী অসি খঙনরক্লবদা লুহোংবদু তোকখি।

মমা মচা অনীদু লৈখিদ্রবা মপাগী কোনুংগী খোঙ্গুল লীরক্লুনা মপাগী লৈবাক্তা লাক্লুনা মচাদুনা নিংথৌ ওইরগা মমা ইবেম্মানা পাতেশ্বরী ওইদুনা মচানিপা অদুগী মমৌনুপী মশক মতৌ ফজরবী রাজকুমারী অমগা লুহোংলগা মহারাণী হাপ্লুনা লৈবাক মরা তপ্না নুংঙাই য়াইফনা পানখি। ❑

## মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী

## ( অহানবা শরুক )

লোইজরে।



১৪-১.০ ৪

# অইবগী মরমদা



| | | |
|---|---|---|
| মপুঙ ফাবা মিং | ঃ | করমম্ নীলকান্ত সিংহ। |
| পোকপগী তারিখ | ঃ | ফেব্রুবারী তাং ৭, ১৯৫১ইং |
| পোক্লফম | ঃ | সিঙ্গেরবন্দ মনিং লৈকাই। |
| লৈফম | ঃ | ময়নাববন্দ। |
| অপোক্পা | ঃ | শ্রীগৌরমোহন্ সিংহ। |
| অপোক্পী | ঃ | শ্রীমতী থম্বাল দেবী। |

## মরী লৈনবা লূপশিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| লাইফ মেম্বর | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম্। |
| লাইফ মেম্বর | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয়্। |
| নোমিনেটেড মেম্বর | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম্ সি,ই, সি। |
| জেনরেল সেক্রেটরী | ঃ | পাম্লোইবী পাব্লিকেশন, আসাম্। |
| সেক্রেটরী | ঃ | মণিপুরী লিটারেরী সোসাইটি, আসাম্। |
| ডোনর | ঃ | মীতৈ ইমা পুকৈ লূপ্ । |
| স্পেসিয়েল ডোনর | ঃ | মীতৈ পুকৈ লূপ। |
| কমিস্যান মেম্বর | ঃ | ইম্ফাল্ ৱেস্টান থিয়েটার। |
| মেম্বর | ঃ | মণিপুরী মিল্লেনিয়াম্ সোসাইটি। |
| মেম্বর | ঃ | ইসকোন্। |
| জীবন্ পেট্রোন্ | ঃ | নহারোল্ সাহিত্য মন্দপ, আসাম্। |

## অইবগী ফোঙ্গ্রবা লাইরিক্শিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১। ঐদি লায়রবা [illegible] | ঃ | উপন্যাস ১৯৮৬ ইং। |
| ২। থমথরে পিরা[illegible] | ঃ | শৈরেং ১৯৯৩ ইং। |
| ৩। নীংতমহৌরবা [illegible] | ঃ | শৈরেং ২০০০ ইং। |
| ৪। বরাক্ তুরেল্ তোক্কন্দা | ঃ | শৈরেং ২০০[illegible] ইং। |
| ৫। মনীংতমলে পৃথিবিদা | ঃ | শৈরেং ২০০৩ ইং। |
| ৬। শান্তিগী লৈরাং | ঃ | শৈরেং ২০০৪ ইং। |
| ৭। করম্না হিংগনি? | ঃ | শৈরেং ২০০৪ ইং। |
| ৮। ঐ অমুক্ পোক্লকই | ঃ | শৈরেং ২০০৬ ইং। |
| ৯। মণিপুরী ফুঙ্গাবারী (অহানবা শরুক) | ঃ | ফুঙ্গাবারী ২০০৬ ইং। |

শিলচর
১২, ১০, ২০০৬ ইং

কে. [illegible]াসিনী দেবী।
ময়নাববন্দ।